# খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোগী

## ড্রামা অনি

"ঐখোয় পাবুঙ পেঙ চোইহরে"

"অরোনবা মৈরী"



রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল।

ꯈꯨꯟꯗꯣꯡꯕꯝ ꯏꯇꯣꯆꯥ,

খুন্দোংবম ইতোচা,
লাইরৈবাক তানখ্রবা নুংশিজরবা পম্বৌগী মফমদা
তমজরি
নচাগী তরেৎশুবা সাহিত্যগী খুদোল

“ঐখোয় পাবুঙ পেঙ চোইরে”
“অরোনবা মৈরী”



ফোংজবী ঃ
খুন্দোংবম ওংবী লৈনা (রাইনা),
ৰাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপাল, ইম্ফালদা লৈবীনা
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক লময়ানবা প্রিন্টর্স,
কোনুং লম্পাক ইম্ফালদা নম্লগা ফোংজবা।

কোপি মশীং ঃ ১০০০

মমল লুপা ৫০/-
ফোংবা চহি মার্চ্চ ২০০১ ইং।

কনাগুম্বনা শান্নবীনিংলবসু শান্নবীদ্রিঙৈগী মমাংদা অইবদগী অয়াবা লৌবিয়ু।

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল সেপ্টেম্বর ১৯৮৮ দা মণিপুরগী মাঙজিন থাবা অইবা খরনা পুন্দুনা লিংখৎখি। পান্দমদি অইবশিংনা মশাগী লাইরিক ফোঙদোকচবদা তেংবাংবনি। মায়কৈ অসোমদা ফনা নীংথিনা মায় পাক্লা চথরি হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোই। হন্দক পুং ৎকচরিবা শ্রী খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোগী দ্রামা অনীনা পূনশিনবা লাইরিক অসিনা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী ৫৮ (য়াঙ্খৈনিপান) শুবা লাইরিকনি।

ফোরম অসিগী পান্দমদি মপূংদা লাইরিক ফোঙদোকপা ওইজরবসু মসিতনা লোইদ্রি। মতম মতমগী ওইনা নৈনবা, ৱর্কশোপ, প্রোজেক্ত কয়া পায়খৎলি। মতম ইকুই কুইদনা 'মণিপুরী অইবশিংগী পুন্সীগী ৱারোল' (মণিপুরী রাইটর্স দিরেক্তরী) অমগা লোয়ননা 'মণিপুরী পোয়ত্রি', পার্ট ১ ফোঙদোক্লবগী থৌরাং তৌদুনা লৈজরে। অমরোমদা 'সাহিত্যগী পাউ' কৌবা চহীদা মরিরক ফোঙবা ফোরম অসিগী চেফোঙ অসিমসু য়াম্না মরুওইবা অমনি। চেফোঙ অসি 'দোক্যুমেন্তেসন' তৌবদা য়ুম্ফম ওইবা মরম্না মণিপুরী সাহিত্যগী, মনূংদা হায়রগা, পুন্সী খোঙচৎকী দায়রী অমা ওইরিববনি। অপাবশিংনা পাবগী চাংসু লেপ্তুনা হেঙ্গৎলক্লি।

ফোরমনা হন্দক অনৌবা মেম্বরশিং— অচম্বা অমসুং পুন্সীগী অনীমক লৌশীনবগী খোঙথাং অমা লৌখত্তুনা মেম্বরগী মশীং পাকথোক-চাউথোকহঞ্জরে। অমুকসু লাইরিক ফোঙবগী স্কিমদা অনৌবা 'ফেজ' অমগা হাপচিঞ্জদুনা S-I/IV কৌবা মীওই ২৮ না শাবা কাংলুপ অসিসু হৌদোকচখি। শ্রীব্রোজেন্দ্রোসু অনৌবা কাংলুপ অসিগী মেম্বর অমনি। অইবা অসি রুপমহল থিয়েটরগা খূৎশম্নমা চৎলিবা লৈবাক্লা শকখঙনরবা দ্রামা ইবা অমনি। মহাকপু নৌহৌনা শক তাকচদ্রবসু য়ারবনি। হন্দক মরক মণিপুরী সাহিত্যদা দ্রামাগী লৈচল অসি ফোঙদোকপগী চাং খরা হন্থরকপগুম তৌরক্লবা মতমসিদা অইবা অসিনা মমল য়াম্লবা খুদোল অমা তম্বিরকপা অসি য়াম্না থাগৎনীংঙাইনি। রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী মায়কৈদগী লাইরিক অসিবু মীয়ামগী খূত্তা থম্মোয় শেংনা খূৎশিন্নজরি।

বি এস রাজকুমার
সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল।

ইম্ফাল
১৫ মার্চ, ২০০১

# থাগৎ ৱাহৈ খরদং

"ঐখোয় পাবুঙ পেঙ চোইরে"
"অরোনবা মৈরী"

ঐগী ড্রামা অনি অসনা পুনশিল্লগা 'ঐখোয় পাবুঙ পেঙ চোইরে' হায়না মিংথোঞ্জদুনা মীয়ামগী মফমদা লানথোকচবা ঙমজরিবা লাইরিক অসি রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী মতেঙদগীনি। অইবনা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা ফোরম অসিনা মতম শাংনা সাহিত্যগী সেবা ফংবা ঙম্নবা ঈশ্বরগী মফমদসু নীজরি।

লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌব্বীরিবা ঐগী নুংশিজরবা ইনাও শ্রীমঙ্গি সিংহ, লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল অমদি প্রেস অসিমক্কি ইচিন ইনাওশিংবুসু অইবনা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

অইবা

## "ঐখোয় পাবুঙ পেঙ চোইরে"

**মহারাজ গরিবনিৱাজ মেমোরিয়েল থিয়েটর,**

**ৱাঙ্খে নিংথেম পুখ্রি মপাল, ইম্ফালনা**

**অহানবা পুথোকখিবা**

নবেম্বর তাং ৮ শক ১৯৯১।

**ড্রামাসিদা শক্তম লাংবীখিবা**

**থিয়েটর অসিগী কলাকারশিং**

*নুপা ঃ*

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মাধব | ইবোমচা ৱাং |
| ২। | বীহারী | অঙৌতোম্বী লৈখা |
| ৩। | বীরেন | তুঙ্গেশ্বর শর্ম্মা |
| ৪। | রাজেন | যানেশ্বর |
| ৫। | কুমার | শরৎ চবুংবম |
| ৬। | নীংথেম | ব্রজেশ্বর শর্ম্মা |
| ৭। | মনি | গীৎকুমার শর্ম্মা |

*নুপী ঃ*

| | | |
|---|---|---|
| ১। | তোম্বী | অমুসনা সরাংথেম |
| ২। | রানি | জয়মতি |
| ৩। | সনাহনবী | সোবীতা |

*ক্রিডিটসঃ*

| | |
|---|---|
| মেক অপ | খোলচন্দ্র |
| মিউজিক | তুঙ্গেশ্বর |
| ডাইরেক্তর | লোইতোংবম দোরেন্দ্রো |

খুন্দোংবম
ব্রোজেন্দ্রোগী

# ঐখোয় পাবুঙ পেঙ চোইরে

(ড্রামা)

## ড্রামাসিদা য়াওবা চরিত্রশিং

নুপাঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | বীহারী | অহল অমা |
| ২. | মাধব | বীহারীগী ময়াম্বা |
| ৩. | বাজেন | বীহারীগী মচানুপা অহল |
| ৪. | বীরেন | বাজেনগী মনাওনুপা |
| ৫ | কুমার | পাখঙ অমা |
| ৬. | মনি | ডাক্তর অমা |
| ৭ | নীংথেম | হুরানবা অমা |

নুপীঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১. | তোম্বী | বীহারীগী নুপী |
| ২. | রানি | মচানুপী |
| ৩ | সনাহনবী | কনাসু লৈজদ্রবী অমা |

# অহানবা তাঙ্কক

## অহানবা উৎপা

*ময়ায়রপ ওইবা কা অমনি, থোয়দোকপা লৈতেংগী শরুক য়াওদে। করিগুম্বা মফম খরদা ফক্লাং নীংখায়খিবগী মফম লৈ। ফক্লাং ময়া নক্লা ঙাথনবা য়াওদ্রবা উগী চৌকি অমা লৈ। মনাক নক্লা মখোং পৈথরবা মোরা অমসু লৈ। বীহারী খুদৈ অমা মরেংবান্দা য়ান্দুনা চংঙকই, চৌকিদা ফম্মী, খুদৈদুনা মমায় মমিৎ তৈথোকই।*

বীহারী ঃ (তপ্না) মমা, তোম্বী

(তোম্বী থোরকই)

তোম্বী ঃ ঙসি নুমিদাংগী চেং লৈরিরোইনে?

বীহারী ঃ (ফুরিৎখাওদগী লুপা ৩০ পুথোরক্লগা) সে, মসিনা কোন্ননবা শিল্লো। উপায় লৈতেহে পেম্মা। লুপা ৫০ ফংঙকপনি, লুপা ১০ দি চরা হেল্লবসু রাখলদি নুংঙাইথোক্কে হায়দুনা নহাল নোংমা বসন্তদগী লৌরুবদু পীথোকখ্রে।

তোম্বী ঃ ভীমগুম্বগী চাকখাও ময়ামসিদা লুপা ৩০ খক্কী চেংগী চাক থাদগদৌরবিসিনা হেন্না লুখ্রে।

(পৈশা লৌশিল্লি)

বীহারী ঃ বা মখা তারনু সিদগীদি হুরানবা চৎকদবদা মঙায়বে।

মাধব ঃ (মপান্দগী) কনা কনা লৈ? অঙাংশা নপা লৈবরা? (চংঙকই) এ! বীহারী, নঙ লৈরম্বা ফরেদা।

বীহারী ঃ করি হায়গে তাদা?

(তোম্বী মকোক খুম্লগা মোরাদু থায়, ইমুংদা চংখি।)

মাধব ঃ (ফম্মগা) খোন নৌথনু ইবুংঙো। নঙ ইনাওনি, ঐ ৱা য়াম্না ঙাংনিংদে। ভাব খরা খরা তানবা ফৈ।

বীহারী ঃ তাদা ননাওসু ভাব তাদবদি নত্তে, অদুবু উপায়দি লৈতে কমদৌনি?

মাধব ঃ হৈমা! উপায় লৈতে হায়রগা হেক্তা য়ারবরনে নঙনা হায়রিসিবো? নঙনা ঐঙোন্দগী লৌখিবা শেলদুবু থা কয়া শুরবগে নঙবু পাদুনা অমুক্তা য়েংঙুনে? মীঙোন্দগী শেল পুরগা উপায় লৈতে হায়রগা শিংঙরোই সিরনে নঙনা হায়রিসিবো? (শাওনা) হায় বীহারী, ঐবু শাওহনগনু, অঙাংগী গাড়ি মচা অমা হয়েঙ লৌননি হায়রি, শেন্দোয়দু তোকও, শেল্লেপতু হৌজিকমক পীয়ু, পুথোরকও, চৎলগে, থেংঙে।

বীহারী ঃ (শাওনা) নত্তে, তাদা, বীহারী পৈশা পায় হায়বসি কনানা তাদদা হায়জিনবা য়াওই?

মাধব ঃ (ঙক্লা) হৈমা! পৈশা অপুবা মানা ঐঙোন্দা শাওজিল্লকইনহে।

বীহারী ঃ তাদদবু কনানা হায়জিনবা য়াওবগে হায়বা? হোরেল নুমিদাংগী চরা কদায়দগী লাক্কদগে খংদ্রিবা ননাওদা তাদনা তাকপিবিদুবু কবিনো? বীহাবীনা অতোনবা পৈশা শিংদ্রিবসি পৈশা লৈতদনা শিংদ্রিবনি, লৈনা লৈনা শিংদবা নত্তে।

মাধব ঃ নঙগী ৱাদুদি লৈরগা শিংগে লৈত্রগনা তোক্কে হায়বা ৱানিনে?

বীহাবী ঃ তাদগীনা স্কুটর লৈনবা চীনবনি, ননাওগীনা চানবা লৈতবগী বাবনি, অৱাবা অনিসি কবম্বনা হেন্না লুম্বগে খনবীয়ুনে তাদসু।

মাধব ঃ ঐনা মদু খনফম থোক্তে বীহারী। নঙনা ঐঙোন্দগী লৌখিবা পৈশাদু পীয়ু। পীবোই হায়রগনা অৱৈবা মান অমা পীয়ু।

বীহাবী ঃ তাদনা পুবীখিগে হাযরগা এলুমিনিয়মগী পুখম অকোপ্পসি পুবীখিদৌ মঙায়রে।

মাধব ঃ (শাওনা) বীহারী!! নঙ ঐবু লক্করিবরা? অসুক কুইবসি ঐনা নঙবু ইনাওনি হায়দুনা য়েংবীরকপনি। ঙসিদি অরৈবা অমা পীদবা সুকয়া য়াররোই।

বীহারী ঃ ঐহাক অসি তাদগা হেক পোকমিন্নবা ননাওনিকো?

মাধব ঃ পোকমিন্নরবসু ঐহাক অসি নঙ নত্তে ভাব তাউ বীহারী। নঙ-ঐ ঙসি তোঙান তোঙান্নবনি। ঐনা ঐগী খনবা তায়, নঙনা নঙগী খনবা তায়। ঐনা ৱানা তানবা শেলবু নঙনা লৌরগা নঙগী ওইগে হায়বদি য়ারোই। নঙনা ৱানা তাল্লুবা শেলদুসু ঐঙোন্দা লেম্না পীয়ু হায়বদা নঙসু পীনিংঙোয়দা।

বীহারী ঃ ইচা ময়ামসিগী নোংমগী চরা তান্নবা হোৎনবদা ইকাই ইকি হুন্দোক্লবা, মসিমক্তদা পুক থন্না চাবা ফংদ্রবা ফিবমসি য়েংবীদুনা মতম খরদংগা ঙায়বীবা ঙম্বীদ্রবনিনে?

মাধব ঃ অসুক কুইবসি ঙায়রক্লবফাওবদা শিংবা ঙমদ্রবা নঙনা অমুক্কা ঙায়রগা কদায়দগীনো নঙনা শিংবা ঙমগদৌরিবসিবো?

বীহারী ঃ শিংবা ঙম্মবোই খংঙগা করিগী থৌবীরিবনো?

মাধব ঃ ঐগী শেলদি মাংবা য়াদে, নঙগী ইংখোলসিরা করিনো অমা পীয়ু।

বীহাবী ঃ মীগী অৱাবা উরগা ৱাবীবা ঙমদবা থম্মোইনিনা ননাওগী ইংখোলসি লৌরগা পেনগনি সিনিনে?

মাধব ঃ হে অঙাং, মিৎনা উবা ঙমদবা থম্মোইদুগীদমক করিগী ৱাজরুনি? ইশাগী খুদোংচাদবা অৱাবা ময়াম অমা লৈবনিনা মীগী অৱাবা খুদোং থীবা য়েংবা শংদে, ভাব তারবরা?

বীহারী ঃ পোকমিন্নবা মনাওনা ময়ুম ইংখোল লৈজদদুনা ঙাওচৎনবদু উরগা তাদনা মিৎ পেন্না য়েংবীয়ু। খাক্লা খাক্লা থম্মোই পেন্না নোকপীয়ু।

মাধব ঃ বীহারী, পৃথিবীসিদা ঐখোয়না মীনুংশি উত্তুনা মতেং পাংবা ঙম্মরোইদবা লাইরবা নঙগুম্বা মশীঙ খংদবমখৈ লৈ হাযবসি নহাকসু খংঙু। নঙনা ঐবু নয়াম্বনি হায়দুনা মীনুংশি উৎননবা হায়রি, নৎত্রা? নঙ নত্তবা লাইরবশিংদো নঙগুম্বা ঙাক্তনি। ঐনা মতেং পাংবা ঙম্মবোইদবা ইনাও ঙাক্তনি। ইনাকখুনবা তরানা লাইরবা অমা

শৌগৎপা ঙমদে হায়নরিবদুনি। ঈরাক্লবা মী কনবা য়াম্না লুবনি। নঙ-ঐ পুন্না ঈরাকমিন্নদুনা শিমিন্নবদি ঐদি পামদে।

বীহারী ঃ শিবীনু, ঐগীদমক তাদনা ঈরাক্লদুনা শিবা ঐসু পামদে। ঐনা শিখ্রগা তাদনা নুংঙাইবীহৌবনা হেন্না ফৈ। লৌবীয়ু, ইংখোল লৌবীয়ু। হৌজিকমক হোংদোকচৌ হায়বরা? (ইমুংলোমদা ওনসিল্লগা লাওনা) তোম্বী, নচা ময়ামদি? পোৎ চৈ ময়ামদু অমুক্তা হোন্দোকসিহৈ, ঐখোয় তাদনা ইংখোল লৌগে হায়রি। হৌজিকমক পুখিগে হায়রিমাল্লে।

মাধব ঃ বীহারী, নঙনা ইয়াম্ববু লান্না লৌরে। ইয়াম্বনা ইংখোলসি হৌজিকমক লৌরোই। নখোয়না মফম চাবা লৈফম অমা ফংদুনা হোংদোকখিদ্রিবফাওবা ইয়াম্বা ঙায়গনি। তৌবতবু হয়েংলা হংচিৎলা ইচিন ইনাও চে-চাং ইনরুসি। মেন তানরবনিনা ইয়াম্বা য়ৌরগেকো।

(মাধব থোকখি)

(বীহারী ঙক্লা য়েংদুনা লৈহৌই, তোম্বী থোরকই)

তোম্বী ঃ করিনো ইতৈনা হৌজিক হায়রম্মীদুবো?

বীহারী ঃ করি ওইনি, মাগী পৈশা খরদুগীনিদনা। ইমাগা পাবুঙগনা থম্বীরম্বা ইংখোলদুসু মথন্তগী ওইহৌরবা, মদুমক্তদা পেন্দদুনা ৱানা লৈজখ্রবা ইংখোল মচা পীশক অসিমসু পামদুনা চক্রি তৌবকইবনি। নুঙাই (নোক্লিংদনা নোকই) নোংমদা চরা অনিদং শুনা চাবা ফংদ্রবা ইমুংসিদা, ইচানুপা অনিগী মীনা পুবা থাংবা ঙম্মরোইদবা নিংঙাই, ইচানুপীগী কা-হেল্লবা ঈরাঙ--মরকসিদা পোকমিন্নবা ইয়াম্বগী ইংখোলগী মিকাবা--হা হা হা (কন্না নোকই)

তোম্বী ঃ করিনো মোইপাবুঙনা তৌবীরিসিবো? তশেংনা ঙাওগদৌরবরা তৌরিসিবো?

বীহারী ঃ তোম্বী, ঐগী সিগুম্বা ফিবমসিদা কনানো ঙাওদনা জ্ঞান তানা লৈগদবা মী? ঐ ঙাওগদবা নত্তে ঙাওরবনি। ঐ তশেংনা ঙাওরবনি। লৈকায় লৈকায় ঐ ঙাওরে। (লাওই)

তোম্বী ঃ করিনো তৌবীরিদুবো? মীনা তারগা ঙাওই হায়খিরোইদরা?

বীহারী ঃ অঙাওববুদি ঙাওই হায়দদি। (লাওনা) হো লৈকায় লৈকায় ঐ ঙাওরে।

(বীরেন চংঙকই)

বীরেন ঃ (শাওনা) করিগীনো পাবুঙনা অঙাও অফেদৌনা লাওরিদুবো?

বীহারী ঃ (নোকই) বীরেন, নঙনা ঐবু অঙাও অফেনি হায়রিনে। হায়য়ু হায়য়ু।

বীরেন ঃ করিগীনো পাবুঙনা কোয়লাও লাওবীরীদুবো? লৈকায় তানবা ঙাওরে হায়দুনা লাওনবসিবু অঙাওবা নত্তনা কনা কনানবু লাওনবগে? লৈকায়না তারগা পাবুঙবু ঙাওরে হায়নখিরোইদরা?

বীহারী ঃ ইচানুপা চাওথোক চাওবা অনি লৈবা ঐনা মীগী মরল তোল্লুবদগী লৈজবা ইংখোল মীনা মুনশ্রবদসু জ্ঞান তানা ইংনা লৈখো হায়রিবরনে ইপাগী ইবুংঙো। নোংঙানবদগী নুমিত্তাবা ফাওবা নোংমগী চরা অনি অনিদং ফংননবা হোৎনবদা ইপুম থীৎলবা নপা ঐগী মতেং পাংবীবগী মহুত্তা নোংঙানবদগী নুমিত্তাবা ফাওবা কোয়দুনা চৎলুরগা হঞ্জিল্লকপদা নপা ঐঙোন্দা নৈরবা, নখোয় ময়ামগী মপা ওইরুবা ঐদি ঙাওদুনা চৎখিবনদুম হেন্না ফরবনি। তোম্বী নঙদি নচা ময়ামগী পেন্ননবা হোৎনবা ঙম্বরা য়েংহৌখো, ঐদি চোয়রোল পারোল পংলোন লোন্দুনা লম্বীদা চৎখ্রগে।

(থোকখিগে তৌই)

তোম্বী ঃ (খাম্মগা) কদায়দনো করিগীনো মফম মরাং খংদনা পংঙাংদা ঙাংবীরিদুবো? তৌহেসু খংদে, তৌহেদেসু খংদে, অহন্নবু ভাব অসুব য়াম্না তাদবদি।

বীহারী ঃ কদায়দগী ভাব তারুনি। ঐনা ঙাওদুনা চৎখ্রবদি ইচাশিংনসু ঐবু মপানি হায়নিংঙরোই। মখোয়গী অপাম্বদুসু ঐঙোন্দা পীয়ু হায়দুনসু ঙংঙরোইদনা।

বীরেন ঃ পাবুঙনা ঙাওবীনিংঙিসিদি ঐখোয়না পাবুঙদা করিগুম্বা অমত্তা হায়রক্তনবনিনে? মপা অমা ওইরগা নচাশিংগী মনিং থুংহনবা ঙম্বীদ্রিসিবু পাবুঙবু ইকাইবীদবরা?

বীহারী ঃ করিগীনো নখোয় ময়াম্না ঐগী ইচা ওইনা চংবীরকইসিবো? ইনাকখুনবা খন খন্দুনা চংবীখিবা য়াদ্রা? মশা মশানা চাওরিদি কৈ ৭ না খুবাক খুদুনা চারবসু লোয়বা ঙম্মরোই। অদুগা ঐনা পুশিল্লকপা

ঙায়দুনা লৈরিনে। ইপানা নখোয়বু চাওননবা য়োকপীরক্লেদনা, হৌজিক্তী নখোয় নখোয়না থোকপা তাল্লগা চানরো, ইপাদি ঙমদ্রে।

(রাজেন ফিংনা চংঙকই)

রাজেন ঃ পাবুঙ ঐগী খোংউপ শেগায়রে, তু য়েংঙু। হয়েং অমা লৈবীয়ুকো।

বীহারী ঃ নুংশিদা, ইচাগী ৱাশি তাবদা ইপাদি কপতুম কপ্নীংই। রাজেন, নঙগীদু ঐসি নপানি হায়দুনা হায়রিবনিনে? লৈনি, ইচাগী খোংউপ লৈদবা য়াবরা? লৈনি। নুমিদাংগী শামু চাকখাও ফুন্ননবা চেং ৱাননবা পৈশা ফাওবা লৈত্রিঙৈসিদা করিগীনোনে ইচাগী খোংউপ তৎলকইসিবো? ফত্তেদকো লাই ইবুংঙো।

রাজেন ঃ ইমা, ঐখোয় পাবুঙসি ঙসিদি কৈদৌরুরে?

তোম্বী ঃ কৈদৌরুনি, হৌজিকৱাইদা নপাবুঙ অহল লাকঅম্মী, অতোনবা শেলদু শিংবা ঙমদ্রবদি ইংখোল পীয়ু হায়রম্মী। ঐখোয় লৈফম লৈরোইদৌরি।

বীরেন ঃ করিনোনে ইমানা হায়বিরিসিবো? পাবুঙহন্নবু ইংখোলসি পীয়ু হেক হায়রম্বরনে?

তোম্বী ঃ থাজদ্রগা নপাবুঙসিদা হংঙু।

রাজেন ঃ লুপা খজিকখক অদুগীদমক পাবুঙহন্না ঐখোয়গী ইংখোল লৌবা মতিক লৈতে। মখাইদুম মাংদুনা তোক্কনি। পৈশাসু পীরোই, ইংখোলসু পীরোই।

বীহারী ঃ ইচানুপা মরিল লৈবা, থৌনা লৈবা পোকচবা ঐ কয়াদা লাইবক ফখ্রবা! থবক্তি শুনিংদবা ৱাজাওদমক ঙাংবা ইপাগী রাজেন, নহাকথক্তা ইপা জেল অমুক্তংদি চংগেকো।

(রানি চংঙকই)

রানি ঃ ইমা, ইমা, ঐখোয় ইমান্নবীখোয়গী মমানা ঐনা নহান লৌরকপা ফিদুগী পৈশাদু হয়েং খরা পীয়ু হায়রকই। লৈরবরা পীথোকখ্রসি। ইমান্নবী ময়াম মমাংদা থৌরকপদা ইকাইজবনা।

বীহারী ঃ ময়াম মমাংদা ইচাদা শেল থৌরকইবা?

রানি ঃ ঔ পাবুঙ।

বীহারী ঃ করিগী? ইকাইবা খংবী ইচাদবু ময়াম মমাংদা শেল থৌরকপা। মচোং পাক নায়দ্দেদা।

রানি ঃ পাবুঙ অদো, হয়েংদি পীথোকখ্রসি।

বীহারী ঃ কয়া পীবা ফিনোনে।

রানি ঃ মীঙোন্দদি ৭০, য়োল্লি, ঐঙোন্দদি ৬০, দা পীরবনি হায়হৌই।

বীহারী ঃ মাগী ৬০, খকতুগীরা ইচাদা ইকাইবা পীরকইবদো? ঙায়খো নুপীমচা, মখোয়না ফিদু ইচাদা নমদুনা পীরকপরা নৎত্রগা ইচানা পামদুনা লৌরকপরা?

রানি ঃ মখোয়দি মীঙোন্দা য়োঞ্জগে তৌবনি, ঐনা পামদুনা ঐ ওইনা লৈজরগে হায়দুনা পুরকখিবনি।

বীহারী ঃ নঙনা পামজদুনা পুরকইবা ফিদুগী পৈশানা কদায়দগী পীগদৌরিবা?

রানি ঃ করিনোনে ঐখোয় পাবুঙনা হায়রিসিবো? (মমাদা য়েংই)

বীহারী ঃ নমানা পীনি হায়বরনে? নঙনা নমাদা য়েংঙিদুবো?

রানি ঃ ঐখোয় পাবুঙসিদি মত্তামনিনে।

বীহারী ঃ মীগী মমাংদা শেল থৌরকপদা ইকাইবা খংবী নঙনা নরলদি লৈতনা করিগী মীগী ফিদু শোৎলকইবনো? কদায়দগী পৈশানা পীগনি হায়দুনা শোৎলকইবনো?

রানি ঃ (কপ্পা) ঐসিবু নচানুপী নৎত্রবরা? ঐনা পামজদুনা পুরকপা পোৎশক অমত্তবু ইচানা পামজরমাল্লে হায়দুনা হরাও হরাও লৈবীনিংদবসিবু করিগীনো? ঐসিবু লম্বীদগী তারমদুনা খুল্লকপরা?

বীহারী ঃ ঐ ইচাগীদমক্তা য়াম্না লৈবীনিংই। ঐ মপানি, ইচাশিংনা তোংননবা জীপ, কার, লৈননবা দলাল ফজবা শানিংই। অদুবু রানি, ঐদি লাইরবা মপানিনেহে। নখোয় ময়ামসি করম্না চরা হেলহল্লোয়দগে খন্দুনা নমাগা ঐগনা চরা কয়ারক হেন্দুনা নখোয়বু পীজরকখিবনি, নখোয়বু চাওননবা য়োক্লকখিবনি। হৌজিকসু নখোয়বু কদায়দা করিদা হায়দুনা য়াম্না ৱানা হোৎনরিবনি। অসি য়ৌনা হোৎনরিবসি ফাওবদা নখোয়না ভাব তাদবসি ইপা নুঙাইতে। নখোয় কনামত্তা অঙাং পীশক নৎত্রবনি।

**বীরেন ঃ ঐখোয় চাওরে, ঐখোয়বু করি তৌ হায়রিবনো? সরকারগী থবক তৌবসু শেল য়াওদ্রবদি য়াদে। করিনো ঐখোয়না তৌগদৌরিসিবো?**

রাজেন ঃ পাবুঙ ঐখোয়সু শেল থোকপা থবক য়াম্না তৌনিংইপোৎনিদা, উপায় লৈতবগী তৌবনি।

বীহারী ঃ উপায় লৈতবা নখোয়বু ঐনা খংহৌদনা শিখিবা থোক্লবদি নখোয় কমদৌনা হিংহৌগদৌরি? চরা হেন্দুনা কংদুনা শিবা ঙম্লগদ্রা?

রাজেন ঃ মতমদুদনা মতমদুগী থোকপা।

বীহারী ঃ মতমদুদনা কৈদৌদোরিবা? হায়য়ু তাসিনে, মতমদুদনা কৈদৌদোরিগে?

তোম্বী ঃ মোইপাবুঙ লোয়শিল্লসি। ঐখোয়সু ঐখোয়না হেক ঙম্মীবমখে হোৎনরম্বা তারেদনা। উপায় লৈরক্রবা মতমদনা মখোয়সু মখোয়না থোকপা তৌজহৌরেদনা।

বীহারী ঃ মদু য়াদেনে তোম্বী, ঐখোয়না শিশ্রবা মতমদদি ইপা ফত্তে, লৈননবা ইংখোল ফাওবা থম্বীরমদে, হায়দুনা ঐবু হুন হুন্দুনা ঙাংহৌগদৌরিবনি। মখোয় মখোয়গীদমক হোৎনবদা ইপাদুনা অসি য়ৌনা ৱাখিবোরে হায়বদি খক হায়বীরকলোয়।

বীরেন ঃ হয়েংদা ঙায়রে পাবুঙহন্না ইংখোল লৌখ্রনি। হংচিত্তি ইয়ুম ইংখোল লৈজদবা মী ওইরনি। মসি পুন্নমকসি পাবুঙ্না নত্তে হায়বদি ঐখোয়না করম হায়না হায়গদৌরিবনো?

(বীহারী নোক্লিংদনা নোকই)

বীহারী ঃ য়ুম ইংখোল ঐনা জ্বার শান্নবদা, য়ু থক্লবদা মীগী শেল শিংদোকখিনবা মীঙোন্দা বন্ধব থম্মুবরনে নঙনা হায়রিসিবো? নখোয়-নখোয়গী কলেজ মিং চন্নবা, লাইরিক লাইশু লৈননবা পুরুবা নৎত্রা? নখোয় নখোয়গীদমক পুরুবগা ঐনা অরেম্বদা মাংহনবদৌনা নখোয়না খল্লিদুবু, নত্তে ইচাশা, ইপাবু করি তৌ হায়রিবনো? ইপাদি অহল ওইরে। শোল্লবা ইপাগীপাঙ্গলনা তাল্লকপদুদা চারগা হিংগনি খল্লিবা নখোয়বু ফৈ ফৈ ইপাসু শিদ্রিবফাওবদি হোৎনরমগনি।

(চংখি)

তোম্বী : নখোয়নে খরদি হাকমল্লবনিকো। নখোয় মী খাইগী মচা মগুগা সুকমান মান্নদে। নপাসিনা নোংমা কুনখিবদা নখোয় লোয়না চরা হেনগদৌরিবনি নীংশিংঙু।

(তোম্বী চংখি। বীরেন তুমিন্না থোকখি)

রাজেন : (রানিদা) মসিগী অঙাংসিনা অফাওবী হেক শারদনা করিগীনো নরলদি লৈতনা মীঙোন্দগী ফি শোৎলকইবো?

রানি : নথৌ লৈবরা? ঐনা তামোচাদা পৈশা পীবীয়ু হায়জবরা?

রাজেন : হায়বা হায়দবা নঙগী ফি কোকথোং অমা লৈরিবদু ইনবা য়াদ্রো? ইন্নিংঙাই লৈতবসু নত্তে, ঐনা খোংউপ শেগায়বা অমা তোংইবসি পেল্লরিনিনে? চৎলো নঙগী ফিদু হন্দোকখো, ঐগী খোংউপ হান্না লৈখিগে।

রানি : ঐনা শোৎলকপনিনা ঐনা পিজখিবা তারেদনা।

রাজেন : নঙগীদি কদায়দে পৈশা? ফুরিৎখাও চল্লবরা নঙবো?

রানি : ঐবু তামোচাদৌনা বাজারদা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা মীগী ফুবিৎখাও য়েংবা মী মানবরা?

রাজেন : (শাওনা) নঙবু ইচন্নি হায়বদি ঐদি হায়নিংদেহে।

(শাওনা থোকখি)

রানি : হায়নিংদ্রগা তোকচৌদনা।

(তুমিন্না উংদুনা লৈ, কুমার চংঙকই)

কুমার : রানি, কবিগীনো নঙনা উংদুনা লৈরম্মীসিনা?

রানি : পংশাওদা শাওনিংই ঙসিদি।

কুমার : করিগী?

রানি : মরম লৈ হায়দোকপা য়াদে।

কুমার : হায়দোক্লিংদ্রবদি হংঙুবা ঐনা লাল্লে। ঐ অমুক য়ৌরগে।

(চৎখিগে তৌই)

রানি : হৈমা! মীনা ফাগী তৌবসু অওই য়াওনা খল্লমাল্লেনে। ওহোরুবু ৱারৌ চাওগনখ্রেনে। তুংদা য়াম্না ৱাদৌরিজাৎনিনা তৌরিসিদি।

কুমার ঃ অওইবনি, ফাগীনি হায়বদি মাইথোংনা তাকপনি ইবেম্মা। ঐনা ৱারৌবগী ৱা নত্তে, নঙনা ঐবু লমলানবনি হায়না খল্লম্বদুগী ইকাইজবনি।

রানি ঃ ঐনা তাম্মোবু লমলানবনি হায়না খনবগী ৱা নত্তে। ঐখোয় ইমুংগী লনাইগী ওইবদুদা হায়দোক্লীংদবগী তৌবনি।

কুমার ঃ নঙনা ঐবু লমলানবনি হায়না খন্দ্রবদি করি ৱানো হায়রকউ।

রানি ঃ কৈসু নত্তেদা, ঐনা য়াম্না পামজবা ফি অমা পাবুঙদা লৈবীয়ু হায়বদা পৈশা লৈতে হায়দুনা পাবুঙনা য়াদবগী ৱানিদা।

কুমার ঃ কয়া পিবা ফিনোনে?

রানি ঃ মমলবুদি য়ামপোৎ নত্তে লুপা ৬০ খক্তনি। অদুদা...

কুমার ঃ অদু অদা তৌরগুমসি ফিদুগী মমলদু ঐ পীরগে?

রানি ঃ করিনো হায়রিসিবো? ঐ শিখিবনা হেন্না ফরেদা।

কুমার ঃ শিবা হায়দি করিনো? ঐনা নঙবু নুংশিজবগী লুপা ৬০ পীবা ফি অমত্তংদি ঐনসু নঙগীদমক থোনবা য়াইনা। নঙনসু নুংশি খুদোলনি খন্দুনা হরাও হরাও লৌবীবা য়াইনা।

রানি ঃ য়াববুদি য়াবা অদুদা...

কুমার ঃ রানি, নঙগী অদু অদা হায়বা ৱাহেসি ঐ য়াম্না হৈনদে। নঙ ফিদু ইনগেরা ইল্লোয়রা হেক্তা হায়য়ু।

রানি ঃ হৈমা মত্তামনিনে।

কুমার ঃ ইনগেরা ইল্লোয়রা হায়য়ো।

রানি ঃ ইনগে কৈদৌরগে, গীরি গীরি হেক্তা তকশিল্লকই।

(তোম্বী থোরকই)

তোম্বী ঃ ইবুংঙো কুমার লাকইরা?

কুমার ঃ অহোই ইমা।

(মাধব ফিংনা চংঙকই)

মাধব ঃ বীহারী, বীহারীদু লৈরিবরা?

তোম্বী ঃ (মকোক্কী ফি চিংখৎলগা) করি তাকপিগদবা?

মাধব ঃ কদায় চৎকনি হায়রম্বী? মফমদু তাকউ ঐ থীরুগে।

রানি ঃ কৈদৌবা য়াওরবগে পাবুঙহল?

(কুমার থোকখি)

মাধব ঃ নখোয় কনামত্তা মফম খংদ্রবরা তৌরিসিবো?

তোম্বী ঃ খংজহৌদ্রে।

মাধব ঃ (মতোম্‌তা) কদায় চৎলমগনি তৌরিসিদি?

(বীহারী থোরকই)

বীহারী ঃ করি অমুক লৌগদৌবা কাউহৌরবগে তাচৌ? ইংখোল লৌখ্রবদি ননাওগীদি করিসু থোইদোকপা লেমহৌরম্মরোই।

মাধব ঃ ওম্থোকপনিদকো বীহারী নঙসিদি। নঙনা ইয়াম্ববু ওম্থোক্লা লান্না লৌরমাল্লে। ইয়াম্বনা লাকইবসিদি অতোপ্পা রাফম অমগীনি। বসন্তনা হায়ববু নঙ মণিপুরগী বম্পর লোট্টরীগী টিকেৎ লৌই , মাগা নম্বর অমত্তনি খেন্নবা হায়রকইনে।

বীহারী ঃ বসন্ত হায়বদুনা মদু হায়রকইবদুনা করিগী? মঙোন্দগী লুপা ১৫ খক পুরগা লৈবনি হায়দুনা পাউথোংঙিবরা? মাগী লুপা ১৫ দুদি ঙসাইনা শিংঙম্মবনি।

মাধব ঃ টিকেৎ নম্বরদু ইয়াম্বা অমুক্তা য়েংগে।

(রাজেন চংঙকই ঙক্লা য়েংই)

বীহারী ঃ করিগীনো তাচৌ য়েংবা য়ারোইয়ে।

মাধব ঃ হায় অপংবা চিঠিখেলাদুগী অহানবা মনা লুপা লাক্ষ কুনমাথোইদু (চেজেৎ অমা পুথোকই) মসিগী নম্বরসিদা ফাওরবনি। মসিগী নম্বরসিগা নঙগী টিকেৎ নম্বরদুগা মান্নবরা য়েংসি হায়বনিনে। বসন্তনদি নঙগী টিকেত্তু ওইরমগনি হায়রকইবনিনে।

রাজেন ঃ পাবুঙ পুথোরকউ য়েংসি।

(বীহারী চংখি)

পাবুঙহল নম্বরদু অমুক্তা য়েংগে। M 705611

*মাধব ঃ বসন্তনদি নপাবুঙগী টিকেত্তু শোয়দনা ওইরমগনি হায়হৌই।*

*(বীহারী টিকেৎ পায়রগা থোরকই, রাজেন্না পাক লৌরগা য়েংই)*

রাজেন ঃ M 705611 (হরাওনা) পাবুঙ, পাবুঙ লুপা লাক্ষ ২১ ফাওরে।

(লেকথরকই)

(বীহারী রাজেনগী মখুত্তগী টিকেত্তু তাপ লৌই)

বীহারী ঃ মাংবা য়াবা টিকেৎ নত্তে।

রানি ঃ (হরাওনা) ঐখোয় ইনাক খুল্লনি। নুংঙাই, ঐ নুংঙাই। (চোংই)

তোম্বী ঃ করিনোনে মসিনা তৌরিসিবো? ফাওবরা ফাওদবরা পংচোংদা হেক চোংঙদনা।

রাজেন ঃ পাবুঙ কার লৈসিকো। ঐখোয় পাবুঙহনগীদি ইংখোল পিথোকখ্রসি।

মাধব ঃ করিনোনে রাজেন নঙনা ঙাংঙিবদুদো?

রাজেন ঃ পাবুঙহন্না ইংখোল লৌনি হায়বদুদা হায়জবনি। মতম খরদংদি ঙায়বগী ঙায়বা ঙায়বীরো। মরকসিদা ঐখোয় খরা ফবা, খরা চাওবা ইংখোল অমত্তং য়েংলগা লৈননবা হোৎনখিগে। (মপাদা) পাবুঙ ঐনা হায়রিবসি অকাইবা য়াওদেনকো?

বীহারী ঃ তাচৌ হয়েংদি ইচিন ইনাও ইংখোলগী রাফমসি লোইশিন্নরুরসি। ইংখোলসি ঐগীদি ইচাশিং য়াম্বনিনা খরা পিক্লা থোক্কদৌরি। খরা চাওবা মফম চাবা অমা য়েংঙগা লৈরগে। মমলগী বাদি চীংনদে, লৌনিংবা মমল পীখিনি। মণিপুরদা লৈতবা দলাল মথোন শাগে।

রানি ঃ পাবুঙ ঐগীদি মারুতি কার অমত্তা লৈবীয়ু।

মাধব ঃ বীহারী, শাওনু নঙনা অদুক য়াম্না শাওগল্লিদুবু করিগীনো? ইয়াম্বনা ঙসাই ইংখোলগী ব্রা পল্লম্বদুদি ভাব মেন ইতা তাদনা হায়খিবনি। ইয়াম্বনা ইনাওগী লৈনরিবা ইংখোল মুনবা হৌনদে। আগীদুসু নঙগী শরুক য়াওরিবনি। নঙনা য়ুম শাগে হায়রবসু শারোলাও। নঙনা পুখিবা শেলদুদি অঙাংশিংগী লাইরিক লাইশু তম্বদা চংখিবনিনা শিংঙক্রবসু য়ারেদা।

বীহারী ঃ করিগী য়ারুগদগে। মতম ফনা শাংঙম্মনি, শেন্দোয়সু ফনা য়াম্মম্মনি। শেন্দোয় শেল্লেপ পুল্লগা ইংখোলসি ওইনা লৌবীরোদা তাচৌ।




মাধব ঃ হায়হৈদবা রানি বীহারী। নয়াম্বদা অদুগু[illegible] অনিরক[illegible] ফরে মসিগী রাফমসি তোকসি। নঙ হৌজিক[illegible]দৌরিবা পৈশা ময়ামদুনা করি করি তৌগে হায়না খল্লিবা?

বীহারী ঃ করিসু তৌরোইদা তাচৌ। য়ুম মচা অমত্তং শাবা, ইচা অহুমনা তোং জনবা কার মচা অমমম লৈবীবা, ইনশাং অহাওবা নিতিগী চাবা, সি মঙায় অতৈদি করি তৌরুনি।

রাজেন ঃ পাবুঙ, ঐগীদি Maruti 1000।

রানি ঃ পাবুঙ ঐগী মচু অঙৌবা পামজদেকো—অতৈ মচুদি ইয়া য়াই।

বীহাবী ঃ লৈনি, নখোয়না অপাম্বদা লৈনি। মমা নঙগীসু করিনো নঙগী অপাম্বদু হাযযুদনা।

তোম্বী ঃ অমত্তহেক পামজদে।

(ফেৎ হাইদোক্তুনা চৎখি)

বীহাবী ঃ (নোকই) ঐনা চিঠিখেলা ফাওই হায়বসি মাদি ফাগী ওইববোই নিংঙিমাল্লেনে।

(বানি চংখি)

মাধব ঃ তাও বীহাবী ইযাম্বা রা হাযগে। ইমাগা পাবুঙগনা নঙ ঐদনি পোক্লম্বা. ঐখোযগী কনামত্তা লৈজদে। ঐগী হাযববু নঙদনি, নঙগী হাযববু ঐদনি। নঙনা লুপা অদুক যাম্বদু অবেম্বদা মফম মবাং খংদ া মাংহনখিবা ইযাম্বা পামদে। নঙনা পামজবিবা মযামদু লোয়না পাংথোকখ্রবসু লুপা লাক্ষ ১০ গী মথক্তা হেল্লা লেমগনি। মদু নঙনা শেল অশিবদৌনা থম্বদি কান্নরোই। নঙনা অবেম্বদা থমগদৌরিবা শেলদু ইযাম্বা মচা পোকথোকহনগে কাববাব তৌনগে। ইযাম্বা থা খুদিংগী শেন্দোয় কাবক্কে।

বীহাবী ঃ তাচৌ, তাচৌনা মদু ননাওবু নুংশিবীদুনা তাকপিবিবনি খঞ্জবদা ননাও যান্না নুংঙাইজৈ।

(মাধব হরাওই)

অদুবু ননাওদি শেন্দোয় পামজদে।

(মাধব শকফম হঞ্জিল্লি)

ঐগী লেমহৌরিবা শেলফমদু বেক্কতা থমজিঙ্গরগা থা থাগী ওইনা তলব ফংবগুম দরকার ওইবা শেলফমদুদং লৌথোকচরগা ইপা ইচা ইংনা তপ্পা হিংননবা হোৎনজগে।

মাধব ঃ বীহারী, নঙ ইনাওনিনহে। ঐগী অমত্তা ঙায়রবা ইনাওনিনে। পৃথিবীনা নাকপাক নামদা লেপখ্রবসু নঙ-ঐদি নাইতোম তাবা য়াররোইদবা ঈ-মরি অমনা পুনশিন্দুনা থল্লীবনি, নঙ ভাব তাওনে। নঙ ইয়াম্বনা হায়রিসি য়াও। ঐনা নঙগী মাংননবা শিনবা হৌনদেনে।

বীহারী ঃ মচিন মনাও ওইবগী ঈ মরিনা পুনশিন্দুনা থম্বা মচিন মনাও কয়ানা থাঙ পায়নদুনা য়ান্নবা ননাও থেংনজরে, পৃথিবীনা নাকপাক তাবদি ননাও থেংনজদ্রি।

মাধব ঃ বীহারী, ঐনা নঙোন্দগী নুমিৎ থা উবা হাল্লিবনিনহে, খুদোংথীবা অৱাবসু থেংনবা ঐনা হেল্লি, খংবসু ঐনা হেল্লি। শেলদি থমজিনবগী মহুত্তা মচা পোকথোকহনগদবনি। নঙনা ঐঙোন্দা শেল ওইনা পুথোকপা পামদ্রগসু ইচিন ইনাও পুন্না কারবাব তৌমিন্নবদি যাইদনা।

বীহাবী ঃ তাচৌ ননাওবু ৱারৌবীরনু।

মাধব ঃ (শাওরপ্পা) করিনো নঙনা হায়রিসিবো? পৈশা হায়বসে মফম অমদা তুংদুনা লৈয়ু হায়বা খক য়াদবনি। শিজিন্নবা হৈরবতদা মচা পোকহনবা ঙম্বনি। নঙগুম্বা মীওই অমনা লুপা লাক্ষ ২১ বু শিজিন্নফম খংদনা মাংহনখিগদৌবদো ইয়াম্বা, খল্লবদা নুংশা স্বর মপী হোল্লি।

বীহারী ঃ হোনবীক্নু। ইরন্নি, মাংজখ্রবসু কায়দে।

মাধব ঃ মদু হায়নুনে বীহারী নঙবো।

বীহারী ঃ ফংগনি ফংঙোয় মফম খংদ্রিবা শেলফমদুগীদমক তাচৌনা অসুক য়াম্না মীপাইবীরিসিবু করিগীনো?

মাধব ঃ ফরে, ফরে, ইয়াম্বা চৎলগে। তৌবতদি শেলদু নখুত্তা য়ৌবক্তিঙৈদা নঙনা তৌগদবশিংদু হান্ননা শিন্দোকউ, নৎত্রবদি হেক ফংবগা লোয়খিবনা হানগদবনি, ভাব তারবরা? অদুগা ইয়াম্বগী ৱাফমসিসু

নখোয় নপা নচা ময়াম অমুক্তং তান্নৌ। য়ৌরে য়ৌরে।

(মাধব থোকখি)

বীহারী ঃ রাধে গোবীন্দ, অসুক মাই পান্দবসিবু ঐগী ইয়াম্বনিকো।

(মপান্দা "হুরানবা থৎলো, হুরানবা থৎলো" হায়দুনা ময়াম লাওনরকই। নিংথেম ফিংনা চেনশিল্লকই)

নীংথেম ঃ ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু, ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু।

বীহারী ঃ মপান্দা লাওনরিবসি নঙবুরা?

(কুমার ফিংনা চংঙকই)

নীংথেম ঃ (কিনা) মান্নি, ঐবু অমুক্তদি কনবীয়ু।

কুমার ঃ পাবুঙ, নুপাসি হুরানবনি, ফারগা ময়ামগী মখুত্তা শিন্নখিসি।

(রাজেন লীচৈ অমা পায়দুনা থোরকই)

রাজেন ঃ হুবানবা কদায়, মসিরা হাত্তোকসি, হাত্তোকসি।

(ফুগদবগী তান্নৈ, বীহারীগী তুংদা লোৎলি, বীহারীনা রাজেন্দা খাম্মী)

বীহারী ঃ হায় হায় ঙায়খো। মথোং মরমদি খংদনা করিগী ফুগদৌরিবনো? (নিংথেমদা) নুপা নঙবু তান্নরকইবসি নঙনা করি হুরাল্লুবগীনো?

নীংথেম ঃ সাইকল লাকউবগীনি।

রাজেন ঃ সাইকল লাকউরিবা!! পাবুঙ মসি হাত্তোকসিদা।

কুমার ঃ মখোঙ মখুৎ পুনশিল্লগা থানাদা পুরসি। স্বাইসি থৌরিগা লৈত্রা?

(কোয়য়েং য়েংই)

বীহারী ঃ (নীংথেমদা) নঙনে ময়ামসিনা লাংনরিঙৈদা মনিংথোঙলোমদা ফাওদোক্লগা চেনখ্রো।

রাজেন ঃ করিগীনো পাবুঙনা হুরানবসি থাদোকখিদৌরিবো?

বীহারী ঃ মহাক চৎচখ্রসনু।

কুমার ঃ কদায়দৈনোদা, হুরানববু সুম য়োকখৎপা হৌনদেদা।

বীহারী ঃ ইচাশা নখোয় শাওরনু। (নিংথেমদা) নঙ চেনখ্রো চৎলো।

(নীংথেম চৎখি, কুমারগা, রাজেনগনা তান্নগে তৌই, বীহারীনা থৎলি)

রাজেন ঃ (শাওনা) পাবুঙ হুরানবা য়োকখৎপিবরা হায়ববু মমৈদা জেল চংবা শোয়রোইকো।

কুমার ঃ পাবুঙ, হুরানববু অসুম হায়না য়োকখৎপা তারবদি মমৈদা হুরানবনা মনিঙ তম্মক্কনি। হুরানবদি হাত্তোক্কদবনি। হুরানবদি হাৎলি হায়বা খংহল্লবদতা হুরানবা কীনরক্কদবনি।

বীহারী ঃ ইবুংঙো সংসারসিদা হুরানববু কনানা ওইনিংবগেনে? লৈতবনা মরম ওইদুনা মহাকপু হুরানবা ওইহল্লিবনি হায়বসি নখোয়সু খংফম থোকই। নোংমগী চরা অমফাওবা ফংলক্তবদা ঐখোয় করি ওইরক্কনি? হিংনবগীদমক উপায় থীরকপা তাবনি। উপায় লৈরক্তগা মমৈদা হুরানবা ওইরকপা তাবনি।

(তোম্বী খাও অমা পায়রগা থোরকই তুমিন্না থোকখি)

রাজেন ঃ কদায়দৈনোদা পাবুঙগী ফিলোজোফিদু নাতৈ চাদেদা।

বীহারী ঃ কনানোনে পৃথিবীসিদা হুরানবা ওইনিংবা মীবো? মপুনা ফারগা ফুরক্কনি খংনা খংনা হুরানবা ঙম্মীবা করিগীনো নখোয় খংবরা? মপুরোইবা কায়নখ্রবী নুপীদুনা মচানা মপুক পায়দুনা চাক চখোম অমগীদমক রানা খাংলক্লবা, নীবদসু ফংদ্রবা মহাক্তুনা মচাগীদমক করি তৌরক্কনি নখোয় হায়বা ঙম্রা?

কুমার ঃ পাবুঙ হুরানবশিংনা মপুক লাম্বগীদমক হুরানবা নত্তে। মহাক্না হুরানবা ওইবগী হুরানবনি। মহাক্না মপুক্কীদমক হুরানবা ওইরবদি মহাক জেলদা থমজিনখিবনা হেন্না ফগনি। মপুক থন্নসু চাজবা ফংগনি। হুরানববু সমাজনা য়োকখৎপিগদবা নত্তে। নাগরিক অমগী মথৌদি আইনবু শৌগৎপগা লোয়নননা ইনবসুনি।

(রানি থোরকই)

বীহারী ঃ চুম্মী, চুম্মী ইচানা হায়বা।

রাজেন ঃ ওন্থোকপা শরনিনিদকো।

বীহারী ঃ ঐনা আইনবু শিংনবসু নত্তে, হুরানববু শৌগৎপসু নত্তে। চৎলু, জেলদা চংলগা অমুক্তং য়েংলু। ফাদোক তারিবা মীওইশিং অদু ঐখোয়গুম্বা মীওই ভাক্তনি। মখোয়শিং অদুগী অয়াম্বা মীশিংদি চাবা ফংদবদগী হুরানবা, পেন্দবদগী মীহাৎপা, নাম্থোকপা য়াদ্রবা ফিম্বমনা হীংচাবা ওইহনখিবনি। ইচম চমজবা মপা ঐগী থম্মোইদদি মখোয়শিংদু উরগা খাঙদুনা লৈথোকপা ঙমদে। অদুননি ইপানা সাইকল লাকপা নুপাদু চৎহনখ্রবসি। মখোয়সু মীনিনা হিংবা পাম্বননি।

## (মৈ মমখি)

# অনিশুবা উৎপা

মফম ঃ- হান্নগী অদুমক

*বীরেন চৌকিদা ফমদুনা লৈ। য়াম্না শাওনা চৌকিদা খুত্তুমনা থায়। হৌগৎলি। হঙ্গৎ হন্দা চৎলি।*

বীরেন ঃ (মতোমতা) করিনো ঐখোয় পাবুঙনা তৌরিসিবো ? করি হায়রিবনো ?

(তোম্বী থোরকই, বীরেন্দা মুন্না য়েংই)

তোম্বী ঃ করিনো নুপামচা নঙনা তৌরিবসিনা ?

বীরেন ঃ ইমা, ঐখোয় পাবুঙসি ঐ য়াম্না শাওনিংই। পৈশা ফংদ্রিঙৈদদি য়ুম শানি, ইচাশিংগী কার লৈবীনি, অদু তৌনি, আদা তৌনি হায়দুনা ৱাজাও ঙাংখ্রগা হৌজিক্লা পৈশা ফংঙবা মতমসিদনা ঐখোয়না ৱা অমত্তং হায়রুবদা মনানদি লাইরদনা মিৎচিনা ফাওবা য়েংবীদবা মসিবু-- নত্তে ইমা ঐখোয় পাবুঙনা হায়রিবসি করি হায়রিবনো ?

তোম্বী ঃ শাওখিনু নুপামচা, হন্দক মরকসি নপাবুঙগী ৱাখলসি করিনোমা তৌরি। অদুননি। নখোয়সু নপাবুঙনা পৈশা ফংঙকপদা মঙায়রি গীরি গীরিদি তকশিনগনুদনা।

বীরেন ঃ তকশিনবগী ৱা নত্তে ইমা, ঐখোয় পাবুঙসি মহৌশাগা ইমান মান্নদে। ঐ য়াম্না শাওনিংই। ঐখোয়সি মচা নৎত্রবরা হায়বা ফাওবা খল্লবনি।

(রাজেন চংঙকই)

রাজেন ঃ ইমা ঐখোয় পাবুঙনা তৌরিসি কৈদৌরিবা হায়দুনো? শেল পায়রমদবদগী খংপায় পায়রকপসিদা ইভাও ভাওরিবরা? পৈশা পায়বা হৈত্রগা অহৈবা ঐ পায়বীগে পীরকউ হায়য়ু।

তোম্বী ঃ করি হায়বা?

বীরেন ঃ ইমা প.বুঙদা মচাশিংগী কয়া কয়ানো ঐখোয় ঐখোয়গী পীফম থোকপদু পীথোকপিশ্রো হায়বীয়ু।

(রানি থোরকই)

ঐখোয়সু ঐখোয় ঐখোয়গী ফংবা শরুক্তুনা হিংননবা উপায় অমমম য়েংজখ্রগে।

রানি ঃ ইমা, ঐখোয় পাবুঙনা ঐ লুহোংবগী ৱাগা অমত্তা পনখিদ্রিবসি করিগীনো?

রাজেন ঃ করিনোহে, ফরক তুরক হেক তৌরদনা।

বানি ঃ নঙোন্দা হায়জরবরা, মীনা ইমাদা হায়জরগা। ইমা, করিগীনো হৌজিক ফাওবা অউনপোৎকী ৱা কা অমত্তা হায়নদবসিবো?

বীরেন ঃ ঙসি মসিগী অঙাং অসি শিরনি।

(বীহারী চংঙকই)

রানি ঃ পাবুঙ ঐ লুহোংবিররোইদরা?

বীহারী ঃ ইচাবু করিগী হোংদনেগেনে।

রানি ঃ অদু ওইরগা করিগী হৌজিক ফাওবা অউনপোৎ লাংশিনবীদ্রিবা?

বীহারী ঃ উন্দবসু য়াবা অউনপোৎকীদমক ইচানা করিগী অদুক লাংতক্লবগেনে? ৱারুনু ইচাসিদি অউনপোৎকীদমক করিমত্তা ৱারুনু।

রানি ঃ অউনপোৎ পীরোই হায়রগা পৈশা ওইনা খরা য়াম্না পীয়ু।

বীরেন ঃ করি অঙাংনোনে মসিবো, মমাইসিবু করিমত্তা ইকাইবা খংদেনে।

রাজেন ঃ মমাইসিদা পীশিল্লু হায়দনা তৌরিনি।

রানি ঃ নথৌ লৈবরা, নখোয়দা হায়জরবরা? পাবুঙদা হায়জবনে।

বীরেন ঃ পাবুঙদা হায়গে হায়য়ু হায়রোই তোকউ— নঙ নুপীনিনে, লৈশাবী, ভাব তারবরা?

তোম্বী ঃ নখোয়না ঙাংনরিবদো ইমা তানিংদে। লমলানবা কনামত্তা য়াওদে। নিংথী নিংথীনা ঙাংনৌ।

রাজেন ঃ পাবুঙ য়ুমসি য়াম্না চিল্লে, ঐখোয় তামোনা ইতৈমা পুরকঅবদি লৈফমসি চনগদবা মান্দ্রে, পংচাও চাওদ্রবসু কা ৭/৮ গী য়ুম অমত্তা শাসি।

বীহারী ঃ রাজেন, কনাগুম্বগী য়ুমগা য়েংনরুরবদি ঐখোয়গী য়ুমসি য়াম্না চাওরি।

রাজেন ঃ করিনো পাবুঙনা হায়বীরিসিবো? পাবুঙগী পৈশা ময়ামদু শিজিন্নদনা থমজিনবীগে হায়বীরিবরা? হয়েং পাবুঙনা শিরগা পুবসু যারোইদবদা।

বীহারী ঃ ইচাশা ইপানা ফংঙিবা পৈশাসে ইপাগীদি থোইদোক্না দরকাব লৈতে।

তোম্বী ঃ করিনোনে মোইপাবুঙনা হাযবীরিসিবো?

বীরেন ঃ ঐখোয় পাবুঙসে ঙাওরবনে।

বীহারী ঃ ঐখোয় হৌজিক হাতে হাতে তান্দুনা চাজরবসু চরা হেনবমক্তি নৎত্রি। অদুবু কনাগুম্বা খরদি হৌজিক হৌজিকমক্কী চাননবা লৈতদুনা ৱানরিবনি।

বীরেন ঃ পাবুঙ ঐখোয়না হিংলিবসি চরা হেনবশিং অদুগীদমক্তি নত্তেদনা। ঐখোয় হৌজিক শেল পায়রে, ঈনাকখুনবা হায়বদু ওইরে। অমুক হন্না লাইরবা মী ওইননবা লাইরবশিংদা পৈশাশিংদু পীথোকখ্রসি হায়রিবরা?

বীহারী ঃ মদুনি ঐনা খল্লিবসু।

রাজেন ঃ পাবুঙগী ৱাখলদু য়াম্না লাল্লেদা।

বীহারী ঃ অসুক য়াম্বা পৈশাসি ঐনা থমজিল্লুবগী কান্নবা লৈতে।

রানি ঃ অদু ওইরবদি, পাবুঙ, ঐঙোন্দা লোয়না পীথোকও।

রাজেন ঃ অঙাং নঙ ফরক তারক্কনুকো।

রানি ঃ পাবুঙদা হায়জরগা।

রাজেন ঃ (মতৌ তমদুনা) পাবুঙদা হায়জরগা। (শাওনা) নোই নুপাদা হায়রুচো চৎলু।

বীহারী ঃ করিনো ইচাশা, ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদেদা।

বীরেন ঃ হৌজিকপু পাবুঙনা পৈশা ময়ামদু করি তৌবীদৌরিবগে?

বীহারী ঃ (ইংন') ধর্ম্মগী লাইরিক কয়াদা হায়রি, "নশাগী লৈজবা লন থুম পুন্নমক য়োম্থোক্তুনা লাইরবশিংদা দান তৌথোকউ, অদুগা ঐঙোন্দা চংজরকউ, মদুনা স্বর্গদা নহাক্কী চাওরবা লনগৈ ফংগনি।" গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়, "পুন্নমক থাদোক্তুনা ঐঙোন্দা চংজৌ।" অদুনা হৌজিক্কী ইচাশা, ঐগী লৈরিবা পৈশাশিংসে ঐঙোন্দগী হেন্না দরকার ওইবা মীওইশিংদা পীথোকখ্রগে হায়না খল্লে।

(ময়াম ঙকনৈ)

তোম্বী ঃ করিনো মোইপাবুঙনা হায়বীরিদুবো?

বীরেন ঃ ঐখোয় পাবুঙ মাথা চোইরে। ইমা ঐখোয় পাবুঙসে তশেংনা পেঙ চোইরবনি।

তোম্বী ঃ মোইপাবুঙগীসিবু ফাগী তৌবীরিবরা নৎত্রগা...

বীহারী ঃ হৌজিক ফাগী তৌবা মতাঙ নত্তে মমা। নোংমগী চারা ফংদদুনা চরা হেল্লিবা মীওইশিংদা দান তৌথোকখিবনা ঐগী ধর্ম্মনি খল্লে।

বীরেন ঃ (শাওনা) পাবুঙগী লুপা খরদুনা মণিপুরগী লাইরবশিংদা য়েম্থোকপা হায়বসি লোক্তাক্তা থুম বোরা অমা থাদবগুম্বনি। মদুনা মখোয়দা থোইদোক্লা কান্নবা লৈরোই পাবুঙ। পাবুঙদগী হেন্না শেল পায়বা মীওই কয়া ঙসি মণিপুরদা লৈরি। মখোয়শিং অদুনফাওবা ভিক্ষারিশিংদা লুপা ১ ফানা দান তৌই হায়বা তাদে।

বীহারী ঃ বীরেন, ইনাকখুনবা মীশিংনা লাইরবশিংগীদমক করিগুম্বা অমত্তা খনবা শংদে, খনসু খনবীরোই। লাইরবতনা লাইরবগীদমক খনবনি। ইপাদি লাইরবা মীনি, অদুনা লাইরবশিংগীদমক খন্দবা ঙমদে।

বীরেন ঃ পাবুঙ, ৱাখল য়াম্না পীকথমনখ্রে। লাইরবশিংদু মখোয়বু কনানা লাইরনা লৈয়ু হায়খ্রবগে। থবক শুনিংদ্রবদি মশানা লাইরবা তাবনি। থবক শুবা ঙমদবা মীশিংদুদি পৃথি লুম্নবনি, শিজখিবনা হেন্না ফৈ।

বীহারী ঃ মদু হায়রিবা নঙবু থবক কয়া য়াম্না শুনিংঙবগেনে? থবক শুনিংদবা নঙনা নুংঙাইবা পাম্মীববু করিগীনো? নঙনা হিংঙিবসিদি পৃথি লুমদ্রিবরা?

বীরেন ঃ পাবুঙ অদু ফাওবদি হায়বীরক্কনুদা। পাবুঙখোয় ইমাখোয় লৈরি হায়দুনা নুংঙাইথোকপনি।

বীহারী ঃ হো, অদুনবু হায়বা ৱানি। সংসারসিদা কনাসু নুংঙাইনিংদবা য়াওদে, কনাসু লাইরনিংদে। কোবী, হঙ্গাম থাবদা লৈহাও লৈবা মফমদা থাবগা লৈহাও লৈতবা মফমদা থাবগা খক মান্নরোই, ফবসু মান্নরোই। অসিগুম্বনি লাইর-ইনাকখুনবসু, লাইবক্কী ৱানি।

বীরেন ঃ লৈহাও লৈতবা মফমদা হৌবা শুংগ্রং মাংগ্রংবা কোবী হঙ্গামদুদি থোইদোক্লা কান্নররোইদবনিনা ফুকতংলগা লংথোকখিবনা হেন্না ফৈ।

বীহারী ঃ মদুনা নঙগী ৱাখলনি। ঐগী ৱাখলদদি নিংথি নুংঙাইনা হৌবা ঙমজদ্রবা পাম্বীশিংদু মতিক চানা হার হাপ্পীদুনা মতম নাইনা ঈশিং চাইবীরবদি অফবা পাম্বী ওইরক্কনি হায়বসিনি।

তোম্বী ঃ (শাওরপ) নত্তে, মোইপাবুঙনা পাম্বীরিবসি পৈশাশিংদু মীঙোন্দা লোয়ন: পীথোকখ্রগা মোইপাবুঙনা ভীক্ষা নীবা লেংবীরগে হায়বীরিবরা?

বীহারী ঃ মদু নত্তে তোম্বী, ঐনা পাম্বদি পুক্নিংগী শান্তিনি।

বীরেন ঃ চরা হেল্লগবু কদায়দগী পুক্নিংগী শান্তিনো?

বীহারী ঃ শান্তি হায়বসে ঐগী পুক্নিংনা পাম্বা থবক্তু তৌবদা ফংবনি। পুক্নিংনা য়ানিংদবা থবক তৌরগা শান্তি খক ফংবা হৌনদে।

তোম্বী ঃ ফরে, ফরে, পৈশাদো মোইপাবুঙনা ফংবনি। ঐখোয়না ফংবা নত্তে। মোইপাবুঙনা ফংবনিনা মোইপাবুঙনা শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নবীয়ু। অদুবুনে মোইপাবুঙনা খল্লিবা ৱাখলদু থবক ওইনা পাংথোক্লিঙৈদা মুন্না বাখল অমুক্তদি তৌবীহৌ।

(শাওনা চংখি)

রানি ঃ পাবুঙনা পৈশাশিংদু লাইরবশিংদা লোয়না পিথোকখ্রবদি ঐগী লুহোংবদি তোকএনে।

রাজেন ঃ করি অঙাংনোনে মসিবো।

বীহারী ঃ নখোয় য়াম্না নীংবা কায়রে নৎত্রা? নখোয়না নীংবা কায়বগী মহুত্তা ইপানা চিঠিখেলাদু ফাওদে হায়না খল্লু। ঐখোয়গী পুন্সি হান্নগীদুনি। অহোংবা করিমত্তা লৈতে।

(রানি শাওনা চংখি)

রাজেন ঃ ফাওরিদুবু ফাওদে হায়না খনবদি ঐদি ঙম্মোই।

বীরেন ঃ পাবুঙগী রাখলদু শেরান্নবা রাখল অমনা লমজিংদুনা শেরান্নবা থবক তৌগে হায়না খল্লিবনি। হীন্দুশিংগী গীতা, খৃষ্ট্যানশিংগী বাইবল কনাগুম্বা লাইরিক হৈবা মীওই অমত্তনা অচুম্বনি অফবনি হায়না লৌজরবসু থবক ওইনদি পাংথোক্লদবনি। থবক ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনবা মীবু মীয়াম্না অঙাওবনিসু হায়নবনি পাবুঙ।

বীহারী ঃ বীরেন, ইপাদি লাইরিক লাইশু হৈবা মীওই অমদি নত্তে।

বীরেন ঃ পাবুঙগী পুক্নিংগী শান্তি, স্বর্গদা লনগৈ, অন্ধবীশ্বাশনি, অশিবা মী কনা হিংগৎলক্তুনা স্বর্গ-নরক অনিগী খেন্নবা তম্নবা য়াওখ্রবগে?

বীহারী ঃ য়াওদে, ইপাদা কনানসু হায়রদে। অদুবু বীরেন ইপাগী স্বর্গদি ইপাগী থম্মোইদনি, নরকসু থম্মোইদনি। থম্মোইগী অপেনবা অদুখক্তনি ইপানা পামজবদি। মসিনা ইপাগী স্বর্গগী লনগৈনি। ইপা মথোল ৫ গী দলালদা লৈরগা নুংঙাইরোই, কার তোংঙগসু পেনবা ঙম্মোই। ঙা থোংবা চারগা ইপাগী থম্মোইনা শান্তি ফংবা ঙমলোয়। ইপানা পেনগদবদি চানবা লৈজদবা মীশিংদা মপুক থন্না পীজবা, মফি লৈজদবা মীশিংদা মফি থোনবীবা, ময়ুম মকৈ লৈজদবা মীশিংদা লৈননবা মফম পিবীবা।

বীরেন ঃ অদু ওইরবদি তশেংনমক পাবুঙ পেঙ চোইরে। কনানো হৌজিক্কী মতমদা মশাগী ময়াদগী চখোমবু মীঙোন্দা দান তৌথোকপা ঙমগদবা? মশাগী লৈজবা লল থুম পুন্নমক মীঙোন্দা দান তৌথোকখ্রগা মশানা চরা হেনবা ঙমগদবা? মদুনা পুক্নিংগী শান্তিনি খন্দুনা নুংঙাইথোকপা ঙম্বা মী?

বীহারী ঃ মদু সংসারগী অপাম্বা, মীহৌবা, নুংশিবা ময়ানা পুনশিনখিদুনা ঙমদবনি। মসিদি ধর্ম্মগী ঝাংথ্রবা ত্যাগনি।

রাজেন ঃ ধর্ম্মগী ঝাংথ্রবা ত্যাগতুগী মরমদা লাইরিক ইরল্লীবা মখোয় অদুগী মরক্তগী মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা ত্যাগী ওইখিবা কনা য়াওখিবগেনে পাবুঙ?

বীরেন ঃ মহাভারত্তা ধর্ম্মরাজনি হায়নরিবা মমিং লৈরবা যুধিষ্টিরমক্না ত্যাগী ওইখিবগী মহুত্তা মহাভারতকী লাল শোক্লদুনা নিংথৌ ওইননবা লৈবাক হঞ্জিন্নবা হোৎনখ্রিবা করিগীনো? দুর্যধন্না চৌবোর শিংনরকপদা 'হোই' হায়দুনা চৌবোর শান্নখিবগী মরম করিগীনো পাবুঙবু হায়বীবা ঙম্বীবরা? চৌবোরদা যুধিষ্টিরনা মাই পাক্লম্লবদি মহাক করি ফং লমগনি? দুর্যধনগী লন-থুম, লৈবাক, কোনুং ফংলমলোয়দ্রা? অহেনবা পামদবা মীবু কনা লৈরিবগে? অদু য়ৌনা ধর্ম্মরাজনি হায়নরিবা যুধিষ্টিরমক্না অহেনবা পামখ্রবদা সোমদনা পাবুঙনা দান, মসিদবু ঐখোয় পাবুঙ ঙাওদে, পেঙ চোইদে হায়রগদবা মীবু কনানো?

রাজেন ঃ অঙাংদা অঙ্ক তম্বীবদা ফাওবা তিনশিনবদগী হৌনরবা মতর্মাসিদা খায়দোকপগী অঙ্ক হৌরক্লিবা ঐখোয় পাবুঙ ডাক্তর অমা য়েংহনবগী মথৌ তারে।

(তোম্বী চংঙকই)

তোম্বী ঃ মোইপাবুঙ মপান্দা মৌ নহা অমা মোইপাবুঙবু থীরকইয়ে।

বীহারী ঃ মাবুনি ঐনা ঙসাইদগী ঙায়রিবসি। (থোকখি)

(রানি থোরকই)

রানি ঃ কনানো লাকইবো ইমা?

তোম্বী ঃ খংদে খংদে, নখোয় পাবুঙনা কোয়বা নমা অতোম্বীরা কৈনো? ইচাশা ইমাগীদি করিসু হায়নিংঙায় লৈত্রে। নপাবুঙসি হন্দক মরকসি মহৌশাগা কয়া মান্নদে, খরদি চোকশিলহৌবা ফৈ।

বীরেন ঃ ইমা ঐ ডাক্তর অমা কৌরুরগে?

তোম্বী ঃ হীদাক চারগা ফগদবা অনাবরনে সিবো?

বীরেন ঃ অনাবা য়েংবা ডাক্তর নত্তে, অঙাওবা য়েংবা ডাক্তরনি ইমা। ঐ চৎলে, ঐখোয় পাবুঙ চৎথোকহনখিনুকো।

(বীরেন থোকখি)

রানি ঃ ইমা ঐখোয় পাবুঙনা তশেংনমক ঙাওরম্বা তারবদি ঐগী লুহোংবনা করম হায়না তৌবা?

রাজেন ঃ মসিগী অঙাং অসি, খোয়দৌনা খোয়দৌ লংখৎলকপনে খুৎপাক্লা হায়জিন্দনা হেক থাজিল্লবদি নমায়গা ইপৈ পৈজনি।

রানি ঃ থাজিল্লকওইহে ঙম্মগা।

তোম্বী ঃ করিগীনো নখোয়না খৎনরিসিবো? ইমানা মরোল অমা মৌ নহা অমা লাকপগী মাথা শারিঙৈসিদা।

(বীহারী, সনাহনবী চংমিন্নরকই)

বীহারী ঃ ইবেন্মা করিমত্তা হঙ্গোয়রব্নু, নয়ুমনি। য়েংঙু মাংদা লেপ্লীবসিনা ইচানুপা রাজেন, মসিনা ইচানুপী রানি, মানা নঙগীদি নচে হায়বা তারে, মিংনা তোম্বী। ইচাশা...

তোম্বী ঃ করিনো মোইপাবুঙনা হায়বীরিসিবো? নুপীসিবু কনানো?

বীহারী ঃ কনাসু নত্তে, ননাওনুপীনি, মমিংনা সনাহনবী কৌই।

তোম্বী ঃ নত্তে নত্তে, ঐগীদি ইনাওনুপীগা লৈজদে। ঐদি ইথন্তা পোকপনি।

বীহারী ঃ তোম্বী মীগী মমাংদা অদুম হায়না হায়গদবা নত্তে। (সনাহনবীদা) নচেনা হায়রিবসি নঙ শাওগনুকো।

সনাহনবী ঃ ঐবুদি শাওজদেদা।

তোম্বী ঃ করমনোনে তৌরিসিবো? মোইপাবুঙ ঐ করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে, সোমদা অমুক্তা।

(বীহারী তোম্বীগী মনাক্তা চংশিল্লি)

নুপীসিবু কৈদৌবা লাকপনো?

বীহারী ঃ ঐখোয়দা লৈগদৌরিবনি।

তোম্বী ঃ (শাওনা) অদু ওইরগা হান্ননা ঐঙোন্দা মাংজৌননা হায়বীবা য়াদবরা?

**ঐদি লোম্নবী নুপীগা লৈমিন্নবা ঙমজন্নরোই, চৎচরনি। (কপ্পা) চিঠিখেলা ফাওঙৈদগী পৈশা পায়রদনা অফাওবা শারদনা নুপীগা কোয়খৎপীরম্মী বা ওইরে। লাইররিঙৈ, চফু উয়ান্দা মিরাং কারিঙৈদা অৱাবা কয়া খাঙজরক্লবী ঐবুদি কাউথোকপীরগে খল্লবা বা ওইরেকো। নুপা হায়বা জাৎ অসি থাজনিংঙাই সুকলৈ লৈতেকো। ইচাশা, ইমাদি ঙসিদি পুক্লিং খরা নুংশি, নখোয় ময়াম নমা অতোনবীগা নুংঙায়না লৈমিন্নহৌখো, ইমাদি চৎলগে। (চৎকে তৌই)**

বীহারী ঃ তোম্বী। (তোম্বী লেপ্পী)

রানি ঃ পাবুঙনা হনুথংদা তৌরিসি য়াম্না কায়রেদা। নচাশিং পাখঙ লৈশাবী ফানরে হায়বসি করিমত্তা ভাব তাবীদ্রমাল্লেনে।

তোম্বী ঃ মোইপাবুঙসি হৌজিক্তদা পাখঙ ফারকইবনে।

বীহারী ঃ ইচাশা নখোয় ময়াম্না নপা ঐবু য়াম্না লান্না লৌরে। নুপীসে মাগীনি হায়বা কনাসু লৈজদ্রবী, শুফম চাফম খংদবনা অঙাওবীগুম লম্বীগী চাক্নীবী ওইরবীনি।

রানি ঃ অদুগা করিগী ঐখোয়দা লাকইবা?

বীহারী ঃ মহাকসু ঐনা য়ুমসিদা চাননবা অমদি লৈননবা মফম পীগনি হায়দুনা কৌরিবনি।

তোম্বী ঃ ঐখোয়দদি লৈননবা কা অহেনবসু লৈতনা।

বীহারী ঃ করিগী লৈতনি। কাংথোন অমনবা অমা লৈবদায় মদুদা ঐ তুমগে. মাঙ্গোন্দা থাসি। ঐনা হিপ্পবা ফমুংদুদনা মহাকপু তুমহল্লসি।

তোম্বী ঃ য়াদে য়াদে, মোইপাবুঙগী ফমুংদা মী তুমহনবা য়াদে। তৌ ঙম্মেদা। মসিগী নুপীসি য়ুমসিদা লৈহনবা সুকয়া য়ারোই।

বীহারী ঃ মদু হায়গনু তোম্বী। মহাকপু ঐখোয়না তুমফম পীদ্রবদা মহাক্না অহিং লেল্লুগদবসি কদায়দনো?

তোম্বী ঃ কাংজৈবুংদরা কদায়দনোমা মরাইনা লৈজরুনি।

রাজেন ঃ সুনিংদবা, মপাঙ্গল ৱানিংদবা অমবু পাবুঙনা লেমথাক থাকপীগদৌরিবসিবু করিগীনো?

বীহারী ঃ রাজেন, নহাক্কী পুন্সিদা নশাগী হুমাংমন্না পৈশা ৫ ফানা তানবা ঙমজগ্রবরা নঙবো ? নহাকপু তাইবংপানবসিদা নতোমতা থাদোকপা তারবদি নহাক করি ওইরক্কনি হায়বা খংবরা ? নহাক্লা নুপানি, মহাক্লা নুপীনি। মহাক্লা ঙসি ওইরিবা ফিবমসি মহাক্লা ওইনিংদুনা ওইখিবা নত্তে। ফিবমনা ওইদবা য়াদদুনা ওইখিবনি। মহাকপু মখোঙ শেম্বীয়ু, মতম চানা ঈশিং চায়বীয়ু। মহাক্কী মচানা জাতিগী য়ুম্বীরেল ওইরোই হায়নীংঙাই লৈবরা ?

(বীরেন, মনি চংমিন্নরকই)

বীরেন ঃ লেংশিনবীয়ু ডাক্তর।

মনি ঃ য়ানি, ঐ ফমজগে।

বীহারী ঃ ইবুংঙো লেংশিল্লু। ইবুংঙোবু কনানো ?

মনি ঃ পাবুঙ ঐ মনি কৌজে, ডাক্তরনি।

বীহারী ঃ ও — ঐ ইচাগী মমান্নবরা ?

মনি ঃ নচ্চদে, ঐ চুম্না পাবুঙগা ৱারি অমত্তা শাজনিংদুনা লাকচবনি।

বীহারী ঃ ইবুংঙো ঐগদি করি ৱারিনো ?

মনি ঃ ঐনা তাজবদা পাবুঙগী য়ুম ফজবা অমা শাগদৌরে হায়।

বীহারী ঃ ইবুংঙো ঐ শাররোই। হান্নদি খল্লম্বনি, অদুবু হৌজিক্তী শাররোই।

মনি ঃ করিগী ওইরবনো ?

বীহারী ঃ মরম হায়ববু করিসু লৈতে। শারুবগী কান্নদ্রে খনবননি।

মনি ঃ য়ুমসু শাররোই তাকপিরে। অদুদি পাবুঙ, পাবুঙগী শেল ময়ামদুদি বেঙ্কতা অসুম তাদুনা লৈহনবীগদৌরিবরা নৎত্রগা করিগুম্বা মখল অমগী কারবারদা থাদবীগদৌরিবরা ?

বীহারী ঃ ইবুংঙো, ইপাগী হায়ববু চাননবা লৈজদবা মীওইশিংদা চাননবা পীবীবা, শেৎননবা লৈজদবা মীওইশিংদনা শেৎননবা পীবীবা...

তোম্বী ঃ (শাওনা) ইবুংঙো মশাগী লৈনরিবা য়ুমসিনা ধর্ম্মশালা ওহ্লোকনি হায়রি।

(শাওনা চংখি)

মনি ঃ পাবুঙগী অৱাংবা থাক্কী ৱাখলনি, থাগৎনিংঙাইনি ফজে তৌহন্নিংই।

বীহারী ঃ (হরাওনা) অদুনি ইবুংঙো।

মনি ঃ অদুম্নদি ওইরগা পাবুঙ, পাবুঙগী অনিংবদু পাংথোক্লবগীদমক কনানা চাননবা লৈতবনো, কনানা শেংননবা লৈতবনো হায়বদু থীবা তাবনি। মীনা হায়রগা মদুনা অচুম্বনি হায়না খনবদি লানগনি।

বীহারী ঃ মদুদি চুম্মী ইবুংঙো।

মনি ঃ পাবুঙ নচাবুদি ব্বারৌবীগনু। পাবুঙনা পোৎ খুদিংমকপু মশা মশাগী অশেংবা মগুনগা কোন্নবা উবা ঙম্বীরিবরা?

বীহারী ঃ ইবুংঙোগী ব্বাশি ইপা ভাব তাদে।

মনি ঃ অতোপ্পনদি উবা ঙমদবা পোৎশক্তু পাবুঙনদি উবা ঙম্বীবরা?

বীহারী ঃ উই ইবুংঙো উই। ফত্তবা পাপ্পা মশা পান্দুনা মী অমদগী মী অমদা কোয়পাই পায়দুনা শান্নরিবসি ইপা উই।

(নীংথেম চংঙকই)

এ! নীংথেম চংঙকউ লাও। ঐ নঙবু ঙসাইদগী ঙায়রিবনি।

বীরেন ঃ পাবুঙ নুপাসিবু কনানো?

বীহারী ঃ নয়াম্বনি।

রাজেন ঃ তামো নুপাসি ঐ নিংশিংঙে. নোংমা সাইকল হুরানবনি হায়দুনা মযাম তান্নরকপদা ঐখোয় পাবুঙনা কনবীখিবনি।

বীরেন ঃ ঐখোয়সিদদি কৈদৌবা লাকইবা?

বীহারী ঃ মহাক অসি মপুক লাল্লবা মীনি। ঐনা চাননবা পীগদৌরিবনি। মহাক অসি ময়ুম লৈজদবা মীনি, ঐনা চংজফম পীগদৌরিবনি।

বীরেন ঃ কদায়দা পীগদৌরিবা?

বীহারী ঃ মফমসিদা, য়ুমসিদা, নঙগী ফমুংদা।

বীরেন ঃ ঐগী ফমুংদা !!! ঐনা কদায়দা?

বীহারী ঃ নঙনা ননাও রাজেনগা।

বীরেন ঃ (পাখৎনা) ডাক্তর।

রাজেন ঃ নুপা অসিদসু নত্তে, নুপী অসিসু ঐখোয়দা লৈগদৌরিবনি।

বীরেন ঃ অঙাওবী অমগা হুরানবা অমগা ঐখোয় য়ুমদা থমগদৌরিবনি।

বীহারী ঃ মখোয় অনি ঐগী অতিথীনি। নখোয় কনামত্তনা মখোয়বু তাম্থোকপা য়ারোই। (নীংথেমগা, সনাহনবীগদা) লাকও লাকও চংঙসি।

(নীংথেম, সনাহনবী, বীহারী চংখি)

বীরেন ঃ ডাক্তর, হৌজিকফাওবা ঐখোয় পাবুঙ ঙাওরে হায়বীদ্রিবা করিগীনো?

মনি ঃ ঐগী দাইগনোসিস মপুং ফাদ্রি, অমুক্তংগা ৱারি শাজখিগে অদুগা হায়জগে। তাঞ্জা চাবা মতম অমত্তংগা য়েংবীদুনা ঐবু অমুক্তংগা কৌবীনকউ। ঙসিগীদি য়ৌজরগে।

(মনি থোকখি)

রাজেন ঃ ঐখোয় পাবুঙসি হেঞ্জিনখিদ্রিঙৈদা লাযয়েঙহৌবনা ফগনি। নৎত্রবদি মমৈদা ঐখোয় লৈফম লৈরোইদৌরি।

বীরেন ঃ ঐনা কৌরুরিবা ডাক্তরসি কয়া হৈতবা ডাক্তর ওইরমাল্লেদা।

রানি ঃ ঐবু লুহোংদবা তাববরনে তৌরিসিবো? ঐখোয় পাবুঙসি ঐ য়াম্না শাওনিংইদা।

(মৈ মমখি)

## অনিশুবা তাঙ্কক

## অহানবা উৎপা

মফম ঃ- হান্নগী অদুমক

মতম ঃ- অয়ুক

*সনাহনবী লৈ হাপ্পা ষ্টিলগী প্লেট অমা পায়রগা চংঙকই, ফক্লাং ময়াদা প্লেটতু থম্মগা ইমুংদা চংখিগে তৌই, মাধব চংঙকই)*

মাধব ঃ ইবেম্মা, বীহারী লৈবরা?

সনাহনবী ঃ লৈতে চখোকখি।

মাধব ঃ অয়ুকসিদবো? কদায়দনোনে মানা চৎখ্রিবসিবো?

সনাহনবী ঃ থোইদোকপা খংজহৌদরে।

মাধব ঃ মানা হল্লকঅগা ঐ লাকঅম্মী হায়য়ু। য়াম্না লুবা ৱাফম অমা ঙাংনদবা য়াদে হায়রম্মী হায়না তম্মু।

সনাহনবী ঃ ফনি তমজগে।

(মাধব থোকখি)

(রানি শাওনা থোরক্লগা চৌকিদা ফম্মী)

কৈদৌরে ইবেম্মা?

রানি ঃ ঐ পংশাওদা শাওনিংই, খল্লু খল্লুরগা পংশাওদা শাওনিংই।

সনাহনবী ঃ অদুবু কৈদৌরগে ঐঙোন্দা হায়য়োবা।

রানি ঃ লুহোংগদৌরিবনি হায়দুনা মা-ঐ ব্না লোয়নখ্রবনি। অদুবু হৌজিকফাওবা মথোঙ মরম অমত্তা খংনদনা লৈরে। সিদবু শাওনিংঙোয়দবা কনানো?

সনাহনবী ঃ করি তৌববগেনে নঙনা হায়রিসিবো?

রানি ঃ মাসু নহালমখৈদি নোংমদা ৪/৫ রক লাকঅম্বনি, হৌজিক্তী লাকখিদরে। সোমদনা ঐখোয় পাবুঙনা ব্না ঙাংনবা য়াদ্রিবসিনি। মসিদনি ঐনা শাওনিংইবসি।

সনাহনবী ঃ তুংগীনা তুংগী থোকপা, থোকঅ থোকঅবা লাক্কনি, চেনগে হায়রগা চেনখ্রোদনা।

রানি ঃ অদুদা মাদি আশা য়াম্না চাওবা নুপানি। মা-ঐ লুহোংবদা য়ামদ্রবদা লুপা লাক্ষ ৩্ লোমগী অউনপোৎ আশা তৌজবা নুপানি। ইমানদি ঐঙোন্দা হায়, "কুমার হায়রিবা নুপা অসি মশাগীতা কান্নবা থীবা মীদানি, নঙবুদি নুংশিবা নত্তে।" ইমাগী ব্নাসি ঐ য়ানিংদে। মা-ঐ পাবুঙনা চিঠিখেলা ফাওদ্রিঙৈদগী নুংশিনরকপনি, খাংঙুথক্কীদি নত্তে।

সনাহনবী ঃ রানি, নঙনা নুপা হায়বা কাংলুপসি মুন্না মশক খংদ্রে। ইচে হায়গে তাউ। নুপাদি মীগী মমাংদা বাবু শাদুনা অখাকপা লৈতনা খরচ তৌগনি। কনামত্তনা উররোই খংলবা মতমদদি হৌদোংদগী হেন্না মশাগী ওইজবা থীগনি। নুপাদি মপাম্ভোংদা পুকচেল চাওবা মাল্লবসু খ্বাইদগী হেন্না পুকচেল পীকপনি। নুপানিদি হায়রগা মশাগী ওইজবা থীবদা কপশিন্নদুনা মপি শিন্থবা হৈবনি। মশাগী ওইজববু অমুক্তংবু ফংখ্রবা অমুক হল্লক্লরোই। নুংশিবসু মখোয়দদি অরুপ্পা সনাগুম মপাম্ভোংদা তৈবনি।

রানি ঃ অদুবু ইচে ঐদি তামো কুমারবু অসুক্কী মতিক নুংশিজে, মানা ঐগী পুন্নমক্কী। মানা ফনা লান্দুনসু মাবু কাউথোকপদি ঙম্মোই।

সনাহনবী ঃ চুম্মী, নুপাবুদি নুংশিগদবনি। অদুম ওইনমক অহেনবদি খক উখোকলোয়দবনি। মরমদি মখোয়বু তশেংনা নুংশিরে হায়বসি হেক খংখিবদা নুপীবু মখোয়না অরোয়বা, অয়োকপা হুইগুম খল্লকনি। (লাপ্তক য়েংলগা) হায়না হায়না লাকএসে। ঐ চংখ্রগে।

(সনাহনবী চংখি, কুমার চংঙকই)

কুমার ঃ নখোয়গী ইমুংসি মীথুংশঙ ওইবদু হৌজিকসু অদুম্মক ওইরিবরা?

রানি ঃ পাবুঙগী ৱাখল হোংদ্রি।

কুমার ঃ পাবুঙদি লৈবরা?

রানি ঃ লৈতে। তামোনা নহালমখে লাক্লিবদি করিগীনো? ঐদি শেরান তুরান য়াম্না খল্লুরে।

কুমার ঃ ঐনা লাক্লবসু থোইদোক্লদি কায়রম্মোইদা?

রানি ঃ হোই, অদুবুদি নুপাগী থম্মোইনিদনা। ঐখোয় পাবুঙনা চিঠিখেলা ফাওরমদনা হান্নগী অদুম হায়না অদুম্মক লৈজরম্লবদি ফরমগদবনি।

কুমার ঃ নখোয় ময়াম চংদুনা পাবুঙগী ৱাখল ফাওবা হোংহনবা ঙমদ্রবনিনে, নৎত্রা? মচানুপা অনি, লৈরিবা মচানুপী অমা ময়ামসিগী কবিমফাওবা খন্দ্রবা — নত্তে রানি, নখোয় ইমাদি করিমফাওবা হায়দবরা?

রানি ঃ ইমাদি হায়রুদুনা করি কান্ননি পাবুঙনা থওইনসু তাবীরোই হায়দুনা ঙাংঙু য়াদ্রে।

কুমার ঃ খংঙে, ওইররোই, নখোয় কনা অমত্তনা পাবুঙগী ৱাখল হোংহনবা ঙম্মরোই। ফরে রানি, নঙ ঐগী পুন্সি পম্বুং খংদবা পুন্সি ওইরগনি। মসি নঙগীদা নত্তনা ঐগীসু য়াম্না নীংবা কায়নিংঙায়নি।

রানি ঃ তশেংনা কায়নবা তারবরা হায়রিসিবো?

কুমার ঃ নখোয় পাবুঙগী পৈশা নঙগী নত্তে। নখোয় পাবুঙনা শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নখিবদা কনামত্তনা থীংবগী অধিকার লৈরোই। রানি, ঐসে লাইরজরবসু ঐগী ব্রেন লৈ, থৌনা লৈ, পুন্সিগী আশা ৱাংই। পুন্নমকসি অরেম্বদা মাংহনবা পামদে। পুন্নমক অসিবু নঙগা লুহোংদুনা নখোয় পাবুঙগী পৈশানা মতেং পাংবীগদ্রা খল্লম্বনি, অদুবু অরেম্বা ওইরে। করিসু নত্তবদা নঙ ঐ লুহোংদুনা ঐগী লৈজরিবা

থৌনা, থাখল, মাথা মাংহনবা ঐ পামদে। ঐ শেল তানখিগে, মতমদুফাওবা নঙনা ঐবু পাম্মগা ভায়য়ু। মসিমক্তং নঙোন্দা হায়রমগে হায়দুনা লাকপনি।

রানি ঃ (কপ্পা) নঙদি নশাগীতা শকনবা, শেলতবু মীহৌবা মীনি, নপুন্সিদু নুংঙাইবা য়ারোইকো।

(চেনশিনখি)

(কুমার চঙক্লদুনা লেপহৌই, সনাহনবী থোরকই)

সনাহনবী ঃ ইবুংগো লাকইবরা? ইবেম্মা রানিনা হায়বদি ইবুংঙোদি ভোৎ লেপ্পগা চিফ মিনিষ্টর ওইবগী আশা ফাওবা লৈ হায়নে।

কুমার ঃ লৈরম্মী, হৌজিক্তী লৈত্রে।

সনাহনবী ঃ ও খুরা বীহারীগী শেলদা ইবুংঙোনা ভাবকী দলাল শাগৎপীরুরিবা থা ওইরেকো।

কুমার ঃ অহোই, মসি মীওইবগী হৌনবনি। অদোমসু পাবুঙগী পৈশাগী মরুমদা আশা চাওবীরিবা মীশক অমা ওইবীরিদুনি।

সনাহনবী ঃ ইবুংঙোগী থাদো চুম্মমবা য়াই, লাল্লম্বসু য়াই। মসিদি অরাইবনি। লুরিবদি ঐখোয়গী রানিসে অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগা থারোইনখ্রে। অউনপোৎ লাংশিনবা হৌরে।

কুমার ঃ ঐবু করেম্নবীগনু।

সনাহনবী ঃ থাজদ্রগা রানিদা হংঙু।

কুমার ঃ মসি পুন্নমকসি নখোয় ময়াম্না য়েৎশিনবীরকপদগী থোকইবনি।

(শাওনা থোকখি)

সনাহনবী ঃ (মতোমতা) ফন্দুম নুংঙাইরি আশাজাওসে।

(নীংথেম চংঙকই)

নীংথেম ঃ খুরা লৈবরা?

সনাহনবী ঃ লৈতে করিগীনো?

নীংথেম ঃ কৈসু নত্তে, (ফম্মী) খুরা বীহারীনা তৌরিবসি করিনো? করিনো মানা পাম্মীবসে? য়াম্না ধর্ম্ম লৈবা মওংলা?

সনাহনবী ঃ ধর্ম্মদি নত্তে। ধর্ম্মগা খুরাগী ৱাখলগা য়াম্না খেন্নে। ঐনা ইয়ুম ইকৈ লৈতদুনা ঙাওচৎনরিঙৈদা লাইশং কয়া চং চংদুনা ধর্ম্মগী মিটিনশং কয়াদা চং চংদুনা ধর্ম্মগী পাউতাক কয়া তারক্লবনি। মতমদুদা ধর্ম্মগী গুরুনি হায়দুনা ময়াম্না লাইগুম্না মখোঙ শোক্লা খুরুম্নবা নুপা অমনা ইতৎ তত্তনা ধর্ম্মগী মরমদা ৱা কয়া ঙাংই, মীয়ামদা পাউতাক কয়া পী। ঙাংবা, পাউতাক পীবা লোয়রগা দান তৌবগী মহুত্তা ধর্ম্মগী মিংদা মীয়ামগী পৈশা নী। ফিজেত্তি মমল য়াম্লবা মুগাগী ফিজেৎনা লৈতেংই। কার তোংঙগা লাকই, কার তোংঙগা হনখি। ময়াম্না হায়নববু ময়ুমদু চ্যেক্কীনি, এলেক্ট্রিকী পংখা, অহাওবা ইনশাং, মীনাই মীশল য়াম্না নুংঙাইনা লৈ হায়।

নীংথেম ঃ মতমননি, অহেনবা তানশিনবনি।

সনাহনবী ঃ খুরা বীহারীগীদি অহেনবদি কদায় ? ঐখোয় ময়াম্না লেমচা চারিবসি মাগী অহেনবনি হায়গদৌরিবরা ?

নীংথেম ঃ ওইনিংবা অমা ওইরসনু। ঐদি য়ুমসিদা লৈবসি ওম্থোক্লা হৈনরক্রে, কদায়দনোমা চৎনিংলে।

সনাহনবী ঃ ঐগীদি নোংমদা চরা অমফাওবা চানিংঙায় লৈরমদবা, ফমুং অমফাওবা তুম্নবা ফংজরমদবা ঐনা মফমসিদা পুন্নমক ফংলবনিনা পুংপেন পেক্লে। য়াম্না নুংঙাইরে। ঐনা য়ুমসি থাদোক্লুনা চৎপদি লাইরদনা চৎপগী ৱাখলদং খল্লুবদা হুমাং অনপ্পী কাংই।

নীংথেম ঃ ঐদি সুকখনবু খনবীদে। (ষ্টিলগী প্লেটতুদা মুন্না য়েংই) য়ুমসিদগীবু চৎখ্রবদি নুংঙাইনিদুম খল্লি।

সনাহনবী ঃ ঙরাং নুমিদাংদি ঐনা করি তৌই খংবরা ? ঐগী মহৌশাগী শেগায়রবা ফিরোলশিংদু শেৎচিল্লগা ঐনা মহৌশা চৎলম্বা লম্বীশিংদু ঐগী মিৎসিনা লাকশিল্লুই।

নীংথেম ঃ মদু তৌবগী মহুত্তা য়ুমসিদগী থোকখিবা য়াদ্রা ? (প্লেটতা মুন্না য়েংই)

সনাহনবী ঃ চুম্মী, য়ুমসিদা ঐ শিবা ফাওবা লৈবা য়ারোই, নোংমদি শোয়দনা য়ুমসি থাদোক্লুনা চৎলগদবনি। অদুবু (মপি তৈথোকই, তাঞ্জাসিদা নীংথেমনা প্লেটতু মপুক্তা য়েপশিল্লি)

নীংথেম ঃ (মফি শেমজিন্নবা শারগা) খুরাদু হৌজিক হোরেল হল্লকদবা মান্দ্রে। য়েংঙোই, সনাহনবী, খুরা বীহারীদু হঙ্জিল্লকঅগা ঐ অশ্বাই ফাওবা চথোকখ্রি, য়াম্না থুনা হঙ্জিল্লকনি হায়য়ুকো।

(থোকখিগে তৌই)

সনাহনবী ঃ (ষ্টিল প্লেটতু উদবদগী) প্লেট তি? হায় নীংথেম ঙায়খো, নঙ সিদগী প্লেটতু পুবরা?

নীংথেম ঃ কদায়দগী প্লেটনোনে?

সনাহনবী ঃ সিদা হৌজিক্তা লৈহৌবনিনে।

নীংথেম ঃ ঐবু উদেদা সনাহনবী, নঙগী ভাবনা ওইরমগনি।

সনাহনবী ঃ কদায়দগী ভাবনোনে? হৌজিক্তা সিদা ঐনা থমখিবনি। হৌজিক্তসু লৈরম্বনি।

নীংথেম ঃ করিনোদা, নঙ তুমসু তুমদনা নমং মঙেঙদনা।

(চংখিগে তৌই)

সনাহনবী ঃ নীংথেম প্লেট থনম্মু।

নীংথেম ঃ (শাওরপ) সনাহনবী নঙনা ঙাংঙিবদু কনাদনো? ঐবু নঙনা অদুগুম্বা ঙাংবা য়াবা মীনি হায়না খনবরা? মচোংপাক নায়দবা শারদনা।

সনাহনবী ঃ য়ুমদা হঙ্জিল্লক্রবা নঙনা অমুক মপান্দা থোকপা থুমল্লি। মরম অমা শোয়দনা লৈফম থোকই।

নীংথেম ঃ হায় নুপী, নথৌ তৌকো, নথৌ মশক খংঙু। গধানা হুইগী মহুৎ শিন্দুনা অহিংদা খোংঙুবদা উতুপ চাখিবদো ভাব তাউ।

সনাহনবী ঃ নঙগুম্বা পুকচেল পীকপা, আনা শিকিদা চোপশিনবা মীদি উশিৎপিদে খংঙবরা। হায় হুরানবা প্লেটতু পুথোরকউ।

(চৎফম লম্বীদা লেপ্পী)

নীংথেম ঃ ঐগী লম্বীদা থৎকনু সনাহনবী। নঙগুম্বা করিসু লৈতবী লম্বীগী চাকনিবী অমগা মাই ওনশিন্নদুনা খৎনরগা ইশাগী ইজ্জৎ হম্থহনবা পামগনি হায়না খনবরা?

সনাহনবী ঃ প্লেটতু পুথোরকউ।

নীংথেম ঃ ঐ লৌদে, ঐ খংদে।

সনাহনবী ঃ নঙনা প্লেটতু থংনমড্রিবমখৈ নঙ কাসিদগী মপান থোকখিবা য়ারোই।

নীংথেম ঃ নঙনা লম্বী থাদোক্ত্রবদি নঙ ফুবা তারে।

(নীংথেম মখুৎ থাঙৎলি, বীরেন থোরকই)

বীরেন ঃ (ফিংনা) নীংথেম, করিনো নঙনা তৌরিবদো?

সনাহনবী ঃ মানা ষ্টিলগী প্লেটতু হুরাল্লগা পুগে তৌরম্মীবনি।

বীরেন ঃ কদায়দগী প্লেট?

সনাহনবী ঃ লাইগী লৈ হাপ্পবা প্লেটতুনি।

বীরেন ঃ নীংথেম নঙনা প্লেটতু কৈদৌনগে হায়দুনা পুগদৌরিবনো?

নীংথেম ঃ সনাহনবীনা হেক্তা হায়জিল্লগা থাজবিরিবসি করিগীনো? প্লেটতুনা তশেংনা মাংঙম্বা তারবদি সনাহনবীনা লৌরমফম থোকই। পুকচেল পীকপদা নুপী হায়নরিবনি। অদুগুম্বী পুকচেল পীকপী নুপী অমনা হেক্তা হায়জিল্লগা ঐঙোন্দা হুরানবা শিবিরিবা করিগীনো?

সনাহনবী ঃ মাগী মপুক্তা তোংঙিবসি য়েংবীয়ু।

বীরেন ঃ প্লেটতু পুথোরকউ।

নীংথেম ঃ পুথোকওই। ঐবু কনামত্তনা হুরানবা শিবা য়ারোই।

বীরেন ঃ নীংথেম, প্লেটতু পুথোরকউ। ঐনা নিংথীনা হায়রিঙৈসিদা পুথোরকউ, নৎত্রবদি ব্রায়োং চারোই।

(নীংথেম থোকখিগে তৌই হঞ্জিল্লক্লগা)

ঐঙোন্দা ধব তৌদুনা কীহনবা কনাগীসু অধিকার লৈতে। ঐ য়ুমশিদগী চৎলগদবনি, অমুক হন্না লাক্লরোইদবনি।

(থোকখিগে তৌই)

বীরেন ঃ নীংথেম। (চংশিন্দুনা লুশম পায়রগা চীংশিল্লকই) কদায় প্লেটতু পুথোরকউ।

(নীংথেম প্লেট পুথোরকই, বীহারী চংঙকই)

সনাহনবী ঃ মসি থানাদা পীথোকখিসিরা?

নীংথেম ঃ (পাখৎনা) নত্তে নত্তে, থানাদদি তাকপীগনু। ঐনা তৌরুরিবসি করিগীনো ঐ খংদে। ঐবু অমুক্তদি কনবীয়ু। (মখুৎ লোম্নে)

সনাহনবী ঃ অসুক য়াম্না খুরানা নঙগীদমক হোৎনবীরগা নঙনা বিশ্বাশঘাট ওইরিবসি নমাইদুবু ইকাইদবরা?

বীহারী ঃ নত্তে নত্তে, ঐনা নখোয়গীদমক করিসু তৌখিদ্রি। ঐনা তৌখিবা খুদিংমক ঐহাক ইশাগীদমক্কি।

নীংথেম ঃ পোৎপু মফম চানদি থমদনা কনানা হুরান্নিংঙোইদোইনো?

বীহারী ঃ নীংথেম, মসি সনা নত্তে, ষ্টিলগী পোৎনি, মমল য়াম্বা পোৎ নত্তে। ফরে, নঙনা পাম্মবনিনা সে লৌরো। (পী)

নীংথেম ঃ ঐ লৌরোই।

বীহারী ঃ অদুদি নঙনা করিগী য়েপ্লম্মী?

নীংথেম ঃ করিগী য়েপ্লুরিবনো ঐ হায়ফম খংদে। হেক উবদা হুরান্নীংঙুই। থীংবা ঙমহৌদে।

বীহারী ঃ (পীরগা) সে লৌশিল্লু, মসি ঐনা নঙোন্দা খুদোলপোৎ ওইনা পীরবনি।

নীংথেম ঃ নত্তে নত্তে, ঐনা মসিবু খুরাদগী খুদোলপোৎ ওইনা লৌবা পামজদে। খুরা পুন্নমকসিদা ঐনা ভাব তাদবা অমা লৈরে। খুরাগী ব্রাখল করিনো? পুন্নমকসি তৌরগা খুরাদা করি তোংজবগে? ঐখোয়বু খুরানা লেমথাক থাকপিবা, লৈনবা মফম পীবীবা, ঐ পুন্নমক পামজদরে। মীয়াম মরক্তা চংলগা ঐগী মফম কদায়দনো য়েংজরুরগে। ঐহাক ঙসিদগী য়ুমসি থাদোক্কুনা চৎলে, ঐ য়ুমসিদা অমুক হন্না লাক্লরোই।

(চেম্থোকখি, ময়াম য়েংদুনা লৈহৌই)

বীহারী ঃ নীংথেম...

সনাহনবী ঃ চৎখ্রসনু, মহাক চৎখিবনা হেন্না ফরে। হুইবু দোলায় তোংহনবগা অমহানি। হুরানবদি হুরানবদা হৈনবনি। খুরানা অফবগা ফত্তবগা চপ মান্ননা খনবদি তৌবীগনু।

(বীরেন থোকখি)

বীহারী ঃ অফবনা কদায়নো, ফত্তবনা কদায়নো ঐহাক খন্দোকপা ঙমদ্রে।

নীংথেম চৎখ্রে, মাবু অমুক হন্না য়ুমসিদা উন্নরোই খল্লুবদা ঐ নুংঙাইতে।

সনাহনবী ঃ চৎপগীদি মাদা নত্তে, ঐসু চৎলগনি।

বীহারী ঃ (ঙক্লা) করিগী? য়ুমগী অঙাংশিংনা নঙোন্দা করি হায়বগীনো?

সনাহনবী ঃ কনাসু করিসু হায়দে, ঐদনা চৎনিংবগী বানি। মতম খরা খুরাগীদা লৈবসি ঐ হায়ঙমদনা নুংঙাই। হায়ফম খংদে। অদুবু ঐনা সিদা লৈরগা খুরাগী কান্নবা করিনো? লুখাককোমদা তারবী ঐগীদমক খুরানা লুখাককোমদা কুমথবদি ঐদি পামজদে। ঐনা মরম ওইদুনা খুরাগী মিংচৎ থীহনবসু ঐদি পামজদে। খুরানা নচাবু মতম খরদংগী ওইরবসু চংজফম পীবীবগীদমক খুরাগী শিংবা ঙম্মরোইদবা লমন তোনশিন্দুনা নচা চৎলগেকো। (চৎখিগে তৌই)

বীহারী ঃ নত্তে নঙনা চৎকদৌরিবসিবু কদায়দনো?

সনাহনবী ঃ খুরা নচাগী চংজফম কনাসু লৈজদে ঐনা চৎকদৌরিবসি হান্নগী লম্বীদুদনি।

বীহারী ঃ সনাহনবী।

সনাহনবী ঃ খুরা।

বীহারী ঃ ফরে চৎলো নঙবু ঐনা ফাজিন্দুনা থম্বদি ঐগী পাঙ্গল লৈতে। অদুবু সনাহনবী, নঙনা চংনিংবা মতমদা চংবা য়াবা, নঙনা লৈনিংবা মতমদা লৈবা য়াবা য়ুম অমা লেংদনা লৈ হায়বসিদি নঙ কাউগনুকো।

সনাহনবী ঃ করম্না কাউবা ঙমগনি। নোংমত্তসু ঐগী পুন্সিসিদা মংদা ফাওবা মংবা ফংলক্রুবা য়ুম অমদা ইয়ুমগুম লৈরম্লগা — নত্তে খুরা ঐ চৎলে।

(সনাহনবী থোকখি)

বীহারী ঃ মীগী নুঙাইবা উরগা নুংঙাইগে খন্দুনা শাগৎচরুবা আশাগী ফুরাদি মতম চাদনা নীংখায়খরে। চৎখ্রে লোয়না চৎখ্রে, আশাগী ময়োন য়ৌনা থদত্তুনা ঙন্না চৎখ্রে। চৎখ্রসনু ঐদি ঐগী অরোইবা পুংজা ফাওবা লেপখিনি।

(চৌকিদা ফম্মী)

(তোম্বী থোরকই)

তোম্বী ঃ হকচাং ওস্বীদরবরা তৌবীরিসিবো?

বীহারী ঃ ঐনা হকচাং, ব়াখল নুংঙাইবা নুমিৎ নহাক থেংনখ্রবরা?

তোম্বী ঃ চাকসি চাথোকপীরবো। ইনশাংসু মোইপাবুঙনা য়াম্না পামজবদু থোংই।

বীহারী ঃ তোম্বী, ঐ ওসিদি চাক চাবা য়াররোই, চানিংবসু পোক্তে, চাগে হায়নসু খনদ্রে।

তোম্বী ঃ হকচাংদু য়াম্না নুংঙাইবীদ্রগা ডাক্তর অমা কৌহল্লুসিরা? হকচাংদুসু নোংমা নোংমগী অসুম অসুম শোনজিল্লকপগুম তৌরে।

(বীরেন, রাজেন, মনি চংমিন্নরকই)

মনি ঃ পাবুঙ খুরুমজরি। (মখুৎ লোন্নৈ)

বীহারী ঃ ইবুংঙো ইবুংঙো লেংশিল্লু।

(মনি মোরাদা ফম্মি)

মনি ঃ পাবুঙগী হকচাংসি হান্নগা মান্নদ্রে, য়াম্না শোকচিন্না উরে।

বীহারী ঃ ইবুংঙো ইপাগী শোকচিল্লবা হকচাংসে ঐগী ব়াখলগী মখা পোনবনি। ব়াখল হেক নুংঙাইরকপা নুমিত্তা হকচাংসু ফরক্কনি।

মনি ঃ পাবুঙনা তাকপীবা য়াম্না চুম্মী, হকচাংগা ব়াখলগা য়াম্না মরি লৈনৈ। ব়াখল নুংঙাইরগা হকচাং ফরকপগুম, হকচাং ফরবদি ব়াখলসু নুংঙাইরক্কনি।

বীহারী ঃ ইবুংঙো, ইপাগী হকচাংদি ডাক্তরনা খংবদগী ইপানা খংবনা হেল্লিকো।

((থোকখি)

মনি ঃ (ব়াখল হায়ফেৎ তৌরগা) বীরেন বাবু ঐগী ব়াখলদদি পাবুঙগী ব়াখলসি বেরা লৈবরা হায়না চীংনরে।

তোম্বী ঃ মোই পাবুঙবো?

মনি ঃ মাম্নি, য়াম্না থুনা লায়য়েঙশঙ অমদা পুদুনা লায়য়েঙনবা হোৎনবীয়ু।

তোম্বী ঃ ইবুংঙো য়ুমদা সুম লায়য়েঙবদি য়ারোইদরা?

মনি ঃ য়ুমদদি থম্বীনু। ব়াখল চোইবা হায়বসি লায়নানি। মসিন হেঞ্জিনখ্রবদি অচুম অরাল মশক খংলক্তে, লাল্লবসু চুম্মবসু মানা চুম্মী হায়না

খনবদুদা অদুম য়ুংদুনা লৈগল্লি। মী হাৎপা ফাওবা মানা চুম্মী হায়না খনখ্রবদি হাৎলক্কদৌরিবনি, অদুনা পাবুঙবু য়ুমদা থম্বীদবা ফে।

বীরেন ঃ ডাক্তরনা তাকপীরিবসি য়াম্না চুম্বা ৱানি। ঐখোয় পাবুঙসি হান্নদি ঐখোয়না হায়বদা য়ারম্বনি; পৈশা হেক ফংবদগী ৱা অমত্তা নিংথী নুংঙায়না ঙাংনবা য়াদ্রে। মানা নীংখিবদুদা ৱা অমত্তংগা হায়রু লাকউবা য়াখিদ্রে।

মনি ঃ মদু ৱাখল চোইবা মীগী হৌনশানি।

তোম্বী ঃ ইবুংঙো, মী অমনা মী অমবু মীনুংশি খজিক্তং উত্নুনা মখোয়গী অৱাবদা মতেং খজিক্তং পাংই হায়বগীদমক মোইপাবুঙগী ৱাখলসি চোইরে হায়বা তারবদি...

মনি ঃ নত্তে নত্তে, ইমানা ৱাখল শেরান্ননা খনবীরে। ইমানা তাকপীরিবা পুন্নমক্তু অফবা খুদম অমত্তা নত্তে। মী হায়বসিদি মহৌশানা মশাগী ওইজবা থীবনি। ঐগী ঐগী হায়বসিনা মাং থাদুনা থবক তৌনবা ঙাক্তনি। মশাগী কান্নবা খজিক্তং ওইরবসু য়াওদ্রবদি অফবা থবক ফনা ওইদুনসু তৌগনদে। অদুবু পাবুঙগীদি মযামসিগী ওন্নতৈনবনি। বীরেন বাবুনা হান্নসু তাকপিখ্রে, পাবুঙনা অহানবদদি দলাল শানি, কার লৈগনি অসিনচিংবা কয়া। মদু মী অমগী ৱাখলনি। মদু য়ৌনা ৱাংনা খল্লগা ৱাখলশিংদু তোকথোক্লগা মশাগী লৈজবা পুম্বা অতোপ্পা মীওইশিংদা দান তৌথোকপা হায়বসিমক মীওইবগী ৱাখলগা চান্নদ্রবা পেঙ চোইরকপগী খুদমনি।

রাজেন ঃ এ শোয়দ্রে, ঐখোয় পাবুঙ পেঙ চোইদবগী ৱা লৈত্রে। মীহাৎ মীপুন থোরক্ত্রিঙৈসিদা লায়েঙশঙ অমদা থমখিবনা ফরনি। তুংদা ইহে হায়গদৌ শরুক...

তোম্বী ঃ রাজেন নঙ ঙায়খো তুমিন লৈয়ু। মীবু ধর্ম্ম খবা লৈবগীদমক, মীগী অৱাবা উরগা ৱাবীবা ঙম্বগীদমক পেঙ চোইরে হেক্তো হায়বদি ঐ য়ানিংদে।

রাজেন ঃ পাবুঙসিবু মহৌশাদগী ধর্ম্ম হায়বা ৱাহৈসি ঐখোয় পাবুঙগী মচিন্দগী নোংমত্তং তাখ্রবদি ইনাসি পঙগে।

তোম্বী ঃ (শাওনা) কদায়দগী পল্লুনি। শুনিংদবা মচা ময়ামগী পুক থলহন্নবা হোৎনবদা স্বর ফাওবা নীংথী নুংঙায়না হোনবা ফংদবদা।

মনি ঃ ইমা ঐবু ৱারৌবীনু, ঐ অঙাওবা য়েংবা ডাক্তরনি, অঙাওবগা ঙাওদবগসি খেন্নবা নত্তে, খজিক্তদনি, ৱাখল খেন্নবা অদুখক্তনি। ময়াম্নসু নীংশিংবীরম্বা য়াই; ঐনা ইহান হান্না লাকখিবা নুমিৎ অদুদা পাবুঙনা হায়বীখিবদু, "ইবুংঙো ফত্তবা পাপনা মসা পান্দুনা মী অমদগী মী অমদা কোয়পাই পায়দুনা শান্নরিবসি ইপা উই।" মসিগী অর্থবু করিনো? মমিত্তা শেরান তুরান উরকপনি। মসিদগী হেঞ্জিল্লক্লুনা মমৈদগী অশোক অপন য়াওরক্কদৌরিবনি। ময়ামদা ৱাফম অমত্তংগা নীংশিংজগে — তশেংনমক পাবুঙসি ৱাখলগী লায়নানা নারবনি। পেঙ চোইরবনি হায়বসি শোয়দ্রবনি। পাবুঙবু য়ারিবমখৈ থুনা লায়য়েঙশঙ অমদা পুরগা লায়য়েঙবীয়ু। ঐ য়ৌজরগে।

(থোকখিগে তৌই)

ঐগী ফী লুপা ৫০ দং পীবীরো।

(রাজেন, বীরেন য়েংনৈ, বীরেন্না লুপা ৫০ পুথোক্লুনা পী, মনি থোকখি)

বীরেন ঃ ইমা হৌজিক কমদৌবা তারিবা?

রাজেন ঃ কদায়দনো লায়য়েঙশঙ অমদা থমখ্রসি। অদু ওইরবদি ঐখোয়না পৈশা ময়ামসি শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নবা য়ারনি।

তোম্বী ঃ (শাওনা) নঙনা পৈশা পাম্বদগী নঙবু হেক পোকপা নপা ফাওবা ঙাওহন্নিংঙবরা?

রাজেন ঃ ঐনা ঙাওহন্নিংবগী ৱা নত্তেনে ইমা। ডাক্তরনা ঙাওরে, পেঙ চোইরে হায়রম্মীদুদি।

তোম্বী ঃ ডাক্তরনা হায়রগা ঐখোয়না হেক্তা লৌগদ্রা? লাইরবা সেবা তৌববু অঙাওবা কৌগদ্রা? জ্বারদা অরৈবা লল থুম, ময়ুম মকৈ পুন্নমক মাংহনখিবা, থাদোকখিববুদি অঙাওবনি হায়দ্রগা, লাইরবা ময়ুম মকৈ লৈজদবা মীদা চানবা খরা, লৈনবা মফম পীবীববু অঙাওবনি হায়বদি নখোয়গী ডাক্তরদু ঙাওরবনি, ঐনা মৱা লৌদে হায়য়ু। নখোয়গী নপাবুঙসি য়ুমসিদগী সুংচৎ চৎলোয়কো।

বীরেন ঃ লুপা লাক্ক কয়াগী মপু ওইনা ওইনা লম্বোইবগুম পুন্সি লেনবা পাম্বা মীবু মাখা চোইদ্রি করম হায়না হায়গদৌরিবনো ইমা ? ইমানা পাবুঙগী মীচঙ চঙবীরিসিবু ইমাসু ঙাওবা য়াওগে হায়বীরিবরা ? ইমা নচানুপা অনি, নচানুপী অমনি লৈরিবসি কাউবীরবরা ? নচাশিংগী করিমত্তা খন্দবা মমা মপাসিবু ঙাওদে করম্না হায়গদৌরিবনো ? নচানুপা অনিমক পাখঙ ফারবা, য়ুম পানবা য়ারবা, নচানুপীসু লৈশাবী ফারবা থাজখিবা য়ারবা, ভাব খরা খরা তাবীয়ো।

রাজেন ঃ নত্তে ইমাখোয় পাবুঙখোয় লৈশাবী পাখঙ ওইবীরক্তবরা ? ইনখৎলকপা মতমসে পৈশা চংবনে। পাবুঙগী শেলয়ামদু অরেম্বদা দান তৌথোকখিবগী মহুত্তা নচাশিংদা খুৎপায়শেল ওইনা খরা খরা য়েম্থোকপীয়ো পাবুঙবু লাযয়েঙশঙদা থম্মোইসি হায়রবদি।

তোম্বী ঃ নখোয়না পৈশা পাম্বদগী নপাবু নমদুনা ঙাওহল্লগে সিনিনে নখোয়না খল্লিবসে ?

(মাধব চংঙকই)

মাধব ঃ ইচাশা কমদৌ কমদৌবা ? ডাক্তরদুনা লম্বীদা করি করিনো হায়রম্মী। ইপাগী বাখলদদি নপাসি য়ুমসিদা কুইনা থম্বা ফৎলোয়, লায়য়েঙশঙ অমদা পুনবা তৌসি।

রাজেন ঃ পাবুঙ, খরা লাপ্পা রাখিঙদা পুসি।

তোম্বী ঃ ইতৈহল, মোইপাবুঙবু ময়াম চংদুনা ঙাওহনবীগদৌরিবরা ?

মাধব ঃ করি বানোনে নঙনা হায়রিসিবো ? নঙসু খন্দুনা য়েংঙু মপানা মচাশিংগী খন্দনা লমলানবা মীগী খনবা হায়বসি মীওইবগী ইতিহাসতা অতাংবনি। শেলগীদমক মী শিনরিবনি, অদুগা মাদি মীঙোন্দা লেম্না দান তৌথোকলি, মদুনা মঙোন্দা থোইদোক্লা কান্নবসু নত্তে। অদুনদি মহাকপু য়ারিবমখৈ থুনা লায়য়েঙহৌবনা পুম্নমক্কী অফবা ওইগদৌরিবনি। মদু নৎত্রবদি শেলশিংসিনা লোয়খ্রবদা নখোয়না তৌগদবসি করিনো ?

তোম্বী ঃ মোইপাবুঙনা পৈশাশিংসি ফংঙমদ্রবদি মাবু ঙাওই হায়বীরম্মোইকো।

(কপ্পী)

মাধব ঃ ইহে, মানা ঙাওরিবসি পৈশাশিংসি ফংবদগীনিনে। ফংঙমদ্রবদি

কদায়দগী ঙাওরদগেনে। শেল মশক খংঙমদবা মানা শেলয়ামদু উবদগী কোক্তা মীচ্ছন হায়গৎখিদুনা মাখা চোইরকইবনি। ঐনা মাগী শেল ময়ামদু পুবীগে, ঐ কারবার তৌনগে হায়বদু য়ারম্মবদি ঙাওসু ঙাওরম্মোই।

বীরেন ঃ ঐখোয় পাবুঙনা ইখং খংহৌদনা ঐখোয় ইমুংদা থমজিল্লিবা মীতোপ ময়ামসি তাম্থোকখ্রবা, ঐখোয় ঐখোয়গী অপাম্বদু তৌবীরনি হায়রকঅবা, ঐখোয় ময়াম্না ঐখোয় পাবুঙ ঙাওই হায়খিগদ্রা?

(রানি থোরকই)

রাজেন ঃ অদুম হায়নবু তৌরবদি ঐদি ঐখোয় পাবুঙসি ঙাওই হায়রোই।

মাধব ঃ হো অদুনবু হায়বা রানি। হৌজিক্তী নখোয় পাবুঙনা নখোয়গী অপাম্বশিংদু তৌবীরনিসু হায়রকঅরোই, মীতোপ ময়ামসিসু তাম্থোকপা য়াররোই। অদুনদি মহাকপু অফবা লায়য়েঙশঙ অমদা নৌরিঁঙেসিদা লায়য়েঙহৌবনা ফৈ সিনি ইপানা হায়রিবদি ইচাশা।

রানি ঃ ঐখোয় পাবুঙহন্না হায়রিবসি ঐ য়ানিংই। ঐদি ঐখোয় পাবুঙসি য়াম্না থুনা ফহন্নিংই।

মাধব ঃ নঙদা নত্তে ঐখোয় লোয়নমক নখোয়গী পাবুঙসি ফহন্নিংই।

রানি ঃ অদু ওইরবসু ঐনা খরা হেল্লি। ঐখোয় পাবুঙনা অসুম ঙাওদুনা লৈখিবা তারবদি ঐগী লুহোংবগী আশা কায়খিগনি।

মাধব ঃ হোই, হোই, মদুসু য়াম্না লুরিবা থবক্নি।

রাজেন ঃ মসিগী অঙাংসি কমদৌশিগে, ঐদি ওম্থোক্না ফুনিংখ্রেদা।

মাধব ঃ ইচাশা হৌজিক খৎনবা মতম নত্তে। য়ারিবমখৈ থুনা লায়য়েঙহৌনবা নখোয় ময়াম চংদুনা নমাবু য়ানবা থেম্মু।

বীরেন ঃ করিগী থেমফম থোকপগেনে। ঐখোয় মচানি পাখঙ ফারবা। ঐখোয়গীসু মচা অমা ওইনা পাবুঙগী অফ-ফত্ত য়েংশিন্নবগী হক লৈ। অফবা তৌবনি, ফত্তনবা তৌবা নত্তে। হয়েংমক পাবুঙবু রাঞ্চিদরা তেজপুরদরা পুনবা তৌরনি।

রানি ঃ য়াই, ঐ য়াই।

মাধব ঃ ইচাশা মদুনি, অফবা থবক তৌবদি থীম্বা সুংফৎ ফত্তে। হয়েংমক পুন্নবা তৌরো, ইপাসু য়ৌরগে।

বীরেন ঃ ফনি পাবুঙহন।

মাধব ঃ য়ৌরে য়ৌরে।

(মাধব থোকখি)

রানি ঃ (তোম্বীনা কপ্পা উরগা) হেরা ইমা, ওম্বোক্সা নুপী মাঞ্জখিদ্রে। পাবুঙ শিগদবসু নত্তে, লায়য়েঙবা চৎকদববু।

বীরেন ঃ ইমা ঐখোয় পুন্নমক পাবুঙগী মচা ঙাক্তনি। ঐখোয় পাবুঙবু নুংশি। নুংশিবনা মরম ওইদুনা ঐখোয়না পাবুঙবু লায়য়েঙবা পাম্বগী ৱানি। ঐখোয় পাবুঙনা ঙাওদুনা কোয়চৎ চৎলক্লগবু ইমাবু নুংঙাইগদ্রনে?

রাজেন ঃ ঙাওরবসু য়ুমদগী মপান থোক্তবগী ফরিবনি। পুরা হেক ঙাওদুনা বাজারদা কোয়চৎ চৎলবদবু ইমাগীদি খংজদ্রে, ঐদি মীয়াম্না মপা ঙাওরে হায়নবদো তাবা ঙমজরোইয়ে।

রানি ঃ অদু ওইরবদি শিখিবনদুম হেন্না ফরে।

তোম্বী ঃ (কপ্পা) নখোয় ময়াম্না করিসু তৌজদবা নপা অসিবু নমদুনা অঙাওবা শেম্বীগদৌরিবসিবু করিগীনো?

বীরেন ঃ কদায়দনো ইমানা ঐখোয় পাবুঙ ঙাওদে হায়রিসিবো?

তোম্বী ঃ (শাওনা) অদুদি হায়য়ু, নখোয় পাবুঙ কদায়দা ঙাওই?

বীরেন ঃ হৈমা, ঙাওদনা তৌরিবা ময়ামসি ইমাসু উরবা নৎত্রা? মানা মরল মথুম অসুক য়াম্বসি হুন্দোক্লগা লম্বোইবগুম পুন্সি লেনগে হায়বসিবু হৌজিক্কী চাওখৎলবা ফুরা দলাল, জীপ কার মরকসিদা ঙাওদ্রিবরা?

রাজেন ঃ ইমা হৌজিকসে পৈশাগী য়ুগনি কাওরবরা? মীনা পৈশাগীদমক ৱানরি, পৈশাগীদমক শিনরি। মাগীদমক শিবা কিনদরিবা পৈশাদু লৈরবা পাবুঙনা করিগীনো লেম্না মাংহল্লিবসিবো? মীগী অরৈবফাওবা মুন্দুনা লৌনরবা মতমসিদা মমল য়াওদনা অরেম্বদা দান তৌথোকপা চাওখৎলবা মতমসিদদি অঙাওবা নত্তনা কনাসু তৌনদেয়ে।

রানি ঃ ইশাগী কান্নবা থীবা হায়বসি মীওইবগী পোক্লকপদগী লোয়নরক্লবা

গুন্নি ইমা। ইশাগী ওইজবা থাদোক্নুনা মীগী ওইজনবতা তৌবা হায়বসি মী অমা ওইবগী গুন ৱাৎলবা অঙাওবতনা তৌগদবনি। হৌজিকসি চাওখৎলবনি। মীনা থাদা খুন্দানবগী খন্নরকঅবা মতমসিদা থায়নগী পেরুক চারিঙৈ, চাওখৎপা করিনো মশক খংদ্রিঙৈগী ৱাখলদুগা চান্নররোইয়ে।

তোম্বী ঃ হোই ইবেম্মা, হোই, ইমাদি নখোয়দৌনা চাওখৎপা মশক খংদবা মতমদা পোক্লকপনিননে লাইরিকসু তম্মক্তে। চাওখৎপা করিনোসু মশক খংলক্তে। ইমানা খংলকপদি ঐখোয় মীওইবসে অশিবা মচা ঙাক্তনি, কন্নানা কন্নাদগীসু হেন্দে, অরৈ লৈত তাথোক তাশিন তৌদুনা হিংমিন্নগদবনি হায়বসিদনি। নপাসু চাওখৎত্রিঙৈদা পোক্লকপনিননে চাওখৎপা মশক খংদবা লাইরবশিংদা দান তৌজবনি। ঙাওবা নত্তে, চাওখত্তবনি। ঙাওদবা মাবু লায়য়েঙবা য়ারোই। নপাবুঙ য়ুম থাদোকপা য়াদে। নপাবুঙসে ঙাওদে।

রানি ঃ করিনোনে ঐখোয় ইমানা হায়রিসিবো?

তোম্বী ঃ নপা ঙাওদে, চাওখত্তবনি হায়বনি।

বীরেন ঃ অদু আদা খংদে, ঐখোয় পাবুঙ হয়েং লায়য়েঙশঙদা চৎকনি।

(থোকখি)

রানি ঃ ঐখোয় ইমাসু পাবুঙগী নুংশিৎ খরা ফংদুনা ঙাওবা য়াওরবরা করিনো? ইমাবু হান্না লায়য়েঙহৌবনা ফরনি।

তোম্বী ঃ কুইরে ইমাদি ঙাওবা। নখোয় ময়াম পোকপদগী ইমা ঙাওরবনি। নপাবুঙগী মহুত্তা নমা ঐবু ওইনা লায়য়েঙঙু।

রানি ঃ হায়র হায়রগা হেল্লিনে, ঐখোয় ইমাসিদি কিদুম কিজে।

(ইমুংদা চংখি)

তোম্বী ঃ হে ঈশ্বর, চায়াম পোকপা হায়বসি সুমহায়না তৌবোরেকো।

রাজেন ঃ ইমা চায়াম পোকপদগী তৌবা নত্তে। পাবুঙনা ঙাওরকপদা ইমানা তোংশিনবদগী তৌবনি। পাবুঙনা ঙাওবা ফরগা পুন্নমক ফগনি। হয়েং নুমিৎ ফৈ, ইমুং মনুং খৎন-চৈনদনা পাবুঙবু লায়য়েঙশঙ অমদা ঙাওবা ফৎত্রিবফাওবা লৈহনখিসি। ইমানা অমুক বেরা তৌরনুকো। তৌরনুকো ইমা।

(থোকখি)

তোম্বী ঃ ঐগী লাইবকসি ওহ্রোকপা লাইবকনিদকো।

(চংখি– ষ্টেজদা মৈ মমশিল্লকই তোম্বী লালতেন অমা পায়রগা থোরকই, লাই ধুপ থাউমৈ কৎলি, চংখি, ফক শেগায়বা অমা পুদুনা থোরকই, ফক্লাং ময়াদা থায়। অমুক চংখিগে তৌই, বীহারী চংঙকই)

বীহারী ঃ তোম্বী, ঐ ঙসিদি য়াম্না চোকথখ্রেদা। (ফক্তা ফম্মী)

তোম্বী ঃ অয়ুকসু চাক চাবীখিদবা নৎত্রা? করিগীনো মোইপাবুঙনা অসুক য়াম্না চৎপিরিসিবো? নোংমা ফাদোক্তসু চখোক্তনা পোত্থাবীবা য়াদবরা?

বীহারী ঃ নঙনদি পোত্থাবা হায়রি, ব্রাখলগী পোত্থাবা লৈত্রবদা কদায়দগীনো ঐনা পোত্থাগদৌরিসিবো? চুম্মী, নঙগীদি হায়ফম থোকপনি। তোম্বী, নঙনা ঐগীদমক ব্রাবসি ব্রারেদা।

তোম্বী ঃ করিনো তাকপীরিবদুবো? ঐবু কপ্পনবা অমুক শিনবীরনু।

বীহারী ঃ ঐ খংই তোম্বী, ঐ পুম্নমক খংই। ঐখোয়গী, তানবদি লায়রদনা অমুক্তং য়েংজগে হায়বফাওবদা উবা ফংলরোইদবা শেলয়াম অমা খংহৌদনা ঐগী ওইয়ু হায়দুনা ঈশ্বরনা পীবীরকখি। ফংঙকইবা পৈশাসিদা ইচাশিংনা আশা চাওনখি। মখোয় মখোয়গী অপাম্বদু ফংলগনি হায়দুনা হরাওনখি। অদুবু ঐনা মখোয লোয়নমক নীংবা কায়হল্লে।

(বীরেন চংঙকই)

তোম্বী ঃ ফরে, মোইপাবুঙনা তৌবীনিংলিবদো অদুম্মক তৌবীয়ু, ঐ করিসু হায়জরোই।

বীরেন ঃ ইমাদি করিসু হায়দবা য়াই, ঐখোয়দি পাবুঙবু মতম চারিঙৈদা লায়য়েঙহৌদবা য়াদে।

বীহারী ঃ (ঙক্লা) কনাবো? কনাবু লায়য়েঙগদৌরিবা?

বীরেন ঃ পাবুঙবুনি।

বীহারী ঃ ঐদি করিগী?

বীরেন ঃ পাবুঙদি পেঙ চোইরবনে, মতম চারিঙৈ অনাবা হেঞ্জিন্দ্রিঙৈদা

লায়য়েঙবা তারি। হয়েং নুমিৎসু ফৈ লায়য়েঙশঙ অমদা লেঙনবা তৌসি। ঐ বসকী টিকেৎসু লৌরুরবনি।

বীহারী ঃ ঐবু পেঙ চোইরে হায়রিবসি নখোয়না হায়বা য়াদবগীরা?

বীরেন ঃ পাবুঙ, মশাগী মরলবু মাংনে তারুবা তৌবা মীওইবু মীহুল নাম্মা হেনবা নৎত্রগা নাম্মা ব্বাৎপা হায়না ময়ান্না খংনৈ। পাবুঙসু নাম্মা ব্বাৎপরা নাম্মা হেনবরা অমদি তৌরে, অদুনা লায়য়েঙহৌদবা য়াদ্রবনি।

বীহারী ঃ হায় বুদ্, ঐনা ইরল মাংনবা তৌই হায়বদি কনানা নঙোন্দা হায়জিল্লকই।

বীরেন ঃ পাবুঙনা মীঙোন্দা লেম্না লেম্না পীথোকপিরিদুদি।

বীহারী ঃ মদুদি মখোয় মখোয়গী ফংফম থোকপনি। নঙসু নোংমদা চরা অনিরক চারিবদুদি। চরা অমত্তং ব্বাৎপদা নঙ কমদৌনি খংবরা? নঙবু নশাদগী হুমাং মরিক অমত্তং শিঙ্খনা নোমদুনা পৈশা তানবা য়াওখ্রবরা? হায়য়ুনে। নপুঙ্সিদা পৈশা অমফাওবা তানবা ঙমদবা নঙনা মীগী মরলনা নুংঙাইনিংইবা করিগীনো?

বীরেন ঃ ঐখোয়বু পাবুঙগী নচা নৎত্রা? পাবুঙনা নচা পোকথোকঅগা নচাশিংদু পীজনিংদ্রবদি মপাদু ঙাওই হায়বসি মশানা তাবা ব্বাফম নৎত্রা?

বীহারী ঃ নখোয়বু ঐনা পীজদ্রবরা? নখোয়গী শেৎন চানবা ঐনা থোন্দ্রবরা? নখোয়বু ঐনা ইচা নত্তে হায়খ্রবরা?

বীরেন ঃ পাবুঙবু ঐখোয়না হায়জবা তাবিখ্রবরা?

বীহারী ঃ নখোয়গী মথোং হুক্তবা ব্বাখলশিংদুদা ঐনা য়াদে হায়দুনা ঐবু ঙাওরে সিনিনে?

বীরেন ঃ অদু আদা খংদে পাবুঙ হয়েং চৎনবা তৌসি।

বীহারী ঃ নব্বা লৌদে।

বীরেন ঃ চত্তবা য়ারোইনে পাবুঙ। পাবুঙনা য়াদ্রবসু নমদুনা পুগদৌরিবনি।

তোম্বী ঃ করিনো ঙাংঙিবদো? কনাদনো নঙনা ঙাংঙিবদো? মসি নপানি হায়বা নঙ কাউরমাল্লে।

বীহারী ঃ নুপামচা, লাইরবা কনা লৈজদ্রবা, মীওইশিংবু ঐনা মতম অমদা চানিংঙাই লৈতদুনা ৱাখিবগুম ৱারমগনি খন্দুনা মতেং পাংববু পেঙ চোইদুনা তৌরিবনি খল্লিবনিকো। চুম্মী, ইপা ঙাওরবনি। অদুবু লায়য়েঙদুনা ফরক্কদবা অঙাওবদি নত্তেকো নুপামচা। নখোয়না ঐবু লায়য়েঙশঙদা নমশিন্দুনা থম্লগা নখোয়গী অনিংবা, অপাম্বদু থুংগনি খনবরনে?

তোম্বী ঃ নুপামচা চৎলু, নশক্তু য়েংনিংদে, চৎখ্রো চৎলো।

বীরেন ঃ ঐখোয় পাবুঙনা ঙাওরিবসে ঐখোয় ইমাননিকো।

(শাওনা থোকখি)

বীহারী ঃ (কপ্পা) ঐ ঙাওরবনি, ঐ ঙাওদুনা তশেংনা চৎলনি। তোম্বী নঙ ঐগী অৱাবা কয়াদা লোয়নরক্লবীনি, নঙগী খল্লুরবদি ঐ ঙাওনিংদে, অদুবু ইচা ময়ামসিগী খল্লুরগদি ঐ তশেংনা ঙাওদুনা চৎনিংলে।

তোম্বী ঃ ফরে ঙাংবদু লেপ্পীরো, চাক্কা য়াওদবনে, ৱা ঙাংঙগা চোকথবা হেল্লনি।

বীহারী ঃ ঐ খংই, তোম্বী ঐ খংই। ঐগী চোকথবা লোয়বা মতমদা ঐ পুন্নমকপু থাদোক্লল্লগা চৎখিগদৌরিবনি। ইচা ময়াম্না ঐবু অঙাওবনি খন্দুনা ঙাংনবা পুন্নমক ঐ খংই। তোম্বী, হৌজিকসিদি মীনুংশিগী মতম নত্তে, অমনা অমবু তুহত্তুনা অঙম অঙম হাৎনদুনা চানরবা মতমসিদা ঐগুম্বা থম্মোই শোনবা, মীগী অৱাবা খজিক্তং উবদা মিত্তা পি শিন্থবা ঙম্বা মীওইদি হিংদুনা লৈরুবগী কান্নবা লৈত্রে। (শ্বর থিংই)

তোম্বী ঃ (পাখৎনা) মোইপাবুঙ।

বীহারী ঃ (স্বর হন্থরগা) তোম্বী, ঐ ঙাওবা নত্তেকো, ইচাশিংগী ৱাখলগা ঐগী ৱাখলগা মান্নদবনি। ঐগী থৱাইদি নীংথেমগা সনাহনবীগনা য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎখিবগা লোয়ননা চৎখ্রবনি। লাইৱবা চানিংঙাই লৈজদবা মীশিংসু মশাগী ইজ্জৎ অমদি নাপল লোয়নরম্মী। ঐগী ৱাখল লাল্লম্লে খন্দুনা ঐগী লৈজবা পৈশা পুন্নমক নমা নচা নখোয় ময়ামগী মিংদা থনল্লবনি।

তোম্বী ঃ ৱা ঙাংবদু অমুক্তদি লেপ্পীয়ু কৈদৌবগে? অয়ুকসু চাক চাখিদে, ঐহাক চাক থোংজরুরগে, ঙায়হাক্তা পোত্থাবীয়ু।

বীহারী ঃ ফরে, ঐহাক পোত্থাগে, মোন অমগা ফি অমগা পুথোরকউ।

(তোম্বী চংখি, ফি অমগা মোন অমগা পুদুনা থোরকই, ফকতা মোন্দুনা মফম চানা থম্মী, ফি পী, বীহারীনা লৌই)

তোম্বী ঃ ঐ থোংঙুখিগে।

(তোম্বী চংখি, বীহারী ফক্তুদা হীপথৈ, ফিদুনা ফৈজুপ ওইনা শুপ্লী, মমিৎ উইশিল্লি, মৈ মমশিল্লকই, স্পোট লাইট অমা বীহারীদা পী। থোঙ থীল্লকই, অমুক্কা কন্না থীল্লকই, বীহারী মমিৎ পাংথোকই, থোঙদা য়েংই)

বীহারী ঃ কনানো? (খুম্মক্তে) কনানো?

(থোঙ তপ্না হাংদোরকই, কনাসু উদে থোঙ শবাক ফাকই, নুংশিৎ শিৎচিল্লকই। থোঙ ময়াইদা ফিমু শেৎলগা সনাহনবী লেপ্লী)

(হরাওনা) সনাহনবী! নঙ হল্লকঅবা? চংঙকও লাকও।

(সনাহনবী চংঙকই, থোঙ মতোমতা থীংজিনখি)

মপান্দা মী লৈহৌরিবরা?

সনাহনবী ঃ লৈহৌদে।

বীহারী ঃ অদুদি কনাননো থোঙ থীংজিনখ্রিবসে?

(সনাহনবী নোকই)

সনাহনবী ঃ নঙ ঐ লাক্কনি হায়না খনবরা?

বীহারী ঃ নঙ শোইদনা হল্লক্কনি হায়বদি ঐ থাজরুদে। সনাহনবী নঙ হান্নগা মান্নদরে, নঙ য়াম্না হোংলমলে। নঙ সিদগী চৎখ্রগা কদায় কদায় চৎলুরবা?

সনাহনবী ঃ (নোকফেৎ) ঐদি মফমসিদা অমুক্তসু লাকখিদ্রি। ঙসি লাকইবসিনা অহানবনি।

বীহারী ঃ করিনো নঙনা ঙাংলিদুবো? হুম করি মনমনো য়াম্না হৈদবা মনম অমা নম্মীনা। নঙগী মনমলা?

সনাহনবী ঃ ঐ খংদে।

বীহারী ঃ নঙবু সনাহনবী নৎত্রনে? নশক্তি মান্নে অদুবু রাঙাং শাঙাংদি মান্নদে। নত্তে নঙ কনানো?

*সনাহনবী ঃ ঐ অশিবনি।*

বীহারী ঃ ও, ঐ নঙবু নশক খংঙুদ্রে, লেংশিল্লু, চৌকিদা ফম্মু।

সনাহনবী ঃ ঐ ফমথনবগী মতম লৈত্রে।

বীহারী ঃ ঐবু মঙ মঙলিবরা নৎত্রগা তাইবংলা?

(মমায় মমিৎ পায়দুনা য়েংই)

সনাহনবী ঃ নঙগীসি মঙ নত্তে।

বীহারী ঃ অদুদি নঙ মফম অসিদা কৈদৌবা লাকপনো? নঙসু নঙগীনি হায়বা কন্নামত্তা লৈজদ্রবা মীওই অমরা?

(খোঙ হাংদোকই, নীংথেম চংঙকই)

নীংথেম নঙসু লাকঅবরা?

নীংথেম ঃ খুরা ঐ লাকপা নত্তে। ডাক্তরগা নচাশিংগা হয়েং খুরাবু অঙাওবা লায়য়েঙশঙ অমদা ফাজিন্দুনা থম্লনবা ৱা ঙাংনহৌবদু তারক্লুনা খুরাদা হায়গে লাকপনি।

বীহারী ঃ ঐ খংই, মখোয়না ঐবু অঙাওবনি খন্দুনা লায়য়েঙনবা হোৎনরিবনি।

নীংথেম ঃ ঙাওদি ঙাওদনা করম্না লায়য়েঙগদৌরিবনো?

বীহারী ঃ মদুদি ঐসু খংদে।

সনাহনবী ঃ ৱারুগনু, মখোয়না নহাকপু শোক্ত্রিঙৈদা নঙদি ঐগা লোয়ননা চৎলগদবনি।

বীহারী ঃ ঐনা য়াদ্রবসু নহাক্না ঐবু নমদুনা পুগদ্রা?

সনাহনবী ঃ পুগনি।

নীংথেম ঃ (ঙক্লা) কন্নাগনো খুরানা ৱারি শাবীরিদুবো?

বীহারী ঃ সিদা লেপ্পীবা নুপীসি উদ্রা?

নীংথেম ঃ ঐদি উদেনা কদায়দনো?

বীহারী ঃ নমাংমক্তদা লেপ্পীবা নুপীবু উদে হায়রবদি ঐসু খংদ্রে।

সনাহনবী ঃ হায়রুনু কান্নরোই। মাবুদি ঐনা পুনিংদে।

বীহারী ঃ (নীংথেমদা) হৌজিক ঙাংখিবদু তাহৌদ্রা?

নীংথেম ঃ তাহৌদে। খুরাগা ঐগদনি কাসিদা লৈরিবসি।

বীহারী ঃ ঐ ভাব তারে।

নীংথেম ঃ (কীনা) খুরা ঐ চৎলগে, খুরাগী নাক্তা লৈবা ঐ কীশিল্লকএ।

(চেম্থোকখি)

সনাহনবী ঃ হৌজিক কনাসু লৈত্রিঙৈসিদা চৎহৌরশি।

বীহারী ঃ কদায়দা?

সনাহনবী ঃ অশি লৈবাক্তা।

বীহারী ঃ ঐ চৎলোয়।

সনাহনবী ঃ ঐ নঙবু লৌবা লাকইবনি, চত্তবা য়ারোই।

বীহারী ঃ ঐ সংসারসি থাদোক্লিংদ্রি, ঐনা তৌগদবা থবক য়াম্না লৈরি।

সনাহনবী ঃ মীপুম খুদিংমক তৌগদবা থবক ময়াম অমা লৈহৌ লৈহৌনা হুন্দোক্লমদুনা চৎকদবা ঙাক্তনি। নঙ চৎপা কীরবরা?

বীহারী ঃ কীবগী ৱা নত্তে। ফরে অদুদি ঐনা চৎপগী ৱাসি ঐগী নুপীদা হায়রমখিগে। ঐ ঙসিগী চাকসু চাদ্রিবনি। ঐগীদমক মহাক চাক থোংখ্রি। ঐনা চাক চাদনা চৎখ্রবদি মহাক য়াম্না নুংঙাইহৌররোই।

সনাহনবী ঃ মদুগী মতম লৈত্রে।

বীহারী ঃ ধর্ম্ম লৈতবা তৌগনু সনাহনবী।

সনাহনবী ঃ ঐ সনাহনবী নত্তে, অশিবনি ঐদি।

বীহারী ঃ করিগীনো নঙনা ঐঙোন্দা গীরি গীরি তকইসিবো? ঐনা ঐগী শেলনা অৱা অনা তারবা মীওই কয়াগী মতেং খজিক্তং পাংগে খন্দুনা হোৎনরিবসে তোকথোক্লবদি মীনা করি হায়নহৌনি? লাইরবশিংনা করম্না হিংহৌগনি?

সনাহনবী ঃ তাইবংমীগী মচিন্দি কনানসু মেনবা ঙম্মোই। হায়নিংবা হায়নহৌসনু। নঙনা মখোয়গীদমক করি তৌবা ঙমগদৌরিবনো? নঙ য়াওদ্রবসু মখোয়দি অসুম হীংহৌগনি।

তোম্বী ঃ (মনুংদা) নুপীমচা, নঙগী নপাবুঙগী চাক চাফমদু ৱাই অমুক্তা তৈথোকউরলাও-হৈ।

বীহারী ঃ ঐগী নুপীনি, ঐ মাবু অমুক্তা কৌগে?

সনাহনবী ঃ কৌরুনু তারোই।

বীহারী ঃ ঐখোয়না চৎপদা মাবুসু পুবীসিদনা। মহাক ঐনা চৎখ্রবদি য়াম্না ৱাহৌরনি।

সনাহনবী ঃ মতম কুইরকঅগা কাউখিগনি। মসি সংসারগী চৎনবীনি।

বীহারী ঃ ফরে, ঐ নঙোন্দা লুপা লাক্ষ অমা পীরগে নঙ চৎখ্রো, ঐ লৈহৌরগে।

সনাহনবী ঃ ঐঙোন্দদি পৈশা দরকার ওইদে। নঙনা ঐঙোন্দা ফনা য়াম্না থেমদুনসু ঐদি নঙবু পুদনা খক চৎলোয়।

বীহারী ঃ ফরে চৎলসি, অশি লৈবাক হায়বদু কয়াম লাপ্পী?

সনাহনবী ঃ ঐ খংদে।

বীহারী ঃ নঙ নুপীমক ওইজরবসু মরৈ মরা য়াম্না চাওবা মীনি। মপান্দদি ইংঙমগনি ঐ ফি অমত্তা ইল্লকখিগে।

সনাহনবী ঃ ইল্লক্কনু, করিসু ইংঙোই।

বীহারী ঃ নিংথমথাদা ফি য়াওদনা চৎলবদি মীনা ভাব অমা খনখ্রনি।

সনাহনবী ঃ কনাসু উরোই।

বীহারী ঃ (শাওনা) নঙ নবুক য়াম্না ফত্তবা মীনি। চৎসি চৎলো। ৱা অমত্তা নীংথি নুংঙাইনা ঙাংনবা য়াদবা নঙগুম্বা মী পোকপদগী থেংনরক্তি।

(চৎকদবগী তৌই)

সনাহনবী ঃ নঙ মাং থাউ।

(বীহারী মাংদা চৎখৎলি, থোঙ মথন্তা হাংই, বীহারী থোকখি, সনাহনবী ইন্নখি। থোঙ মথন্তা থীংজিনখি)

তোম্বী ঃ কনামত্তনা মৈ চুখৎলমদ্রিবসিবু... ওম্থোকপা অঙাং ঙাক্তনিকো।

(মৈখেৎ খেৎলগা কেন্দল অমা চুখৎলি ফক্তা হিপলিবা বীহারীগী মনাক্তা কেন্দল থাংজিল্লি)

মোইপাবুঙ মোইপাবুঙ, ৱামল্লদনা তুমথখ্রবনিনেসে। (মশা পায়দুনা নোমই) মোইপাবুঙ চাক লোয়রে, মোইপাবুঙ।

(মখুৎ মশা পায়দুনা য়েংই)

ই! মশাসিদি পুমইং ইংইনা। (পাখৎনা) ইচাশা নপাবুঙসি কৈনোমা তৌরেনহে।

(রানি চেঙ্গোরকই)

রানি ঃ কৈদৌরে ইমা? (বীহারীদা পায়রগা) পাবুঙ পাবুঙ (কপ্পী)

(বীরেন চংঙকই, রাজেন ফিংনা চেনশিল্লকই)

বীরেন ঃ (মপা কোনখৎলি) পাবুঙ (কপ্পী) পাবুঙ করিনো পাবুঙনা তৌবী রিসিবো? পাবুঙ নচা লাপ্লে।

রাজেন ঃ পাবুঙ (কপ্পী) পাবুঙ।

রানি ঃ (কপ্পী) পাবুঙ।

তোম্বী ঃ (তেংথাদুনা) মোইপাবুঙ করি মতৌনোনে তৌরিসিবো? মোইপাবুঙ।

বীরেন ঃ পাবুঙ, পাবুঙগী রাংলবা আদর্শবু নচা ঐখোয়না লান্না খল্লুরে, নচাশিংবু অমুক্তদি ঙাকপীরমখোনে পাবুঙ।

(কপ্পী)

(পর্দা তপ্না তপ্না চীংশিনখি)

**(লোয়রবা)**

## "অরোনবা মৈরী"

**এমঃ জিঃ এমঃ থিয়েটর,**

**ৱাঙ্খে নিংথেম পুখ্রি মপাল, ইম্ফালনা**

**অহানবা পুথোকখিবা**

নবেম্বর তাং ১১ শক ১৯৮৮।

**ড্রামাসিদা শক্তম লাংবীখিবা**

**থিয়েটর অসিগী কলাকারশিং**

*নুপা ঃ*

| | | |
|---|---|---|
| ১। | বীরেন | মেঘচন্দ্র কোঙবম |
| ২। | বাজেন | শরৎ চবুংবম |
| ৩। | মাধব | ইবোমচা ৱাং |
| ৪। | কুমার | গীৎকুমার শর্ম্মা |
| ৫। | সুরজ | যানেশ্বর |

*নুপী ঃ*

| | | |
|---|---|---|
| ১। | পুর্নিমা | অমুসনা সরাংথেম |
| ২। | মালা | নির্মালা সরাংথেম |

*ক্রিডিটসঃ*

| | |
|---|---|
| মেক অপ | খোলচন্দ্র |
| মিউজিক | তুঙ্গেশ্বর |
| প্লে-বেক সিঙ্গব | ভ্রমরা |
| ডাইরেক্তর | লোইতোংবম দোরেন্দ্রো |

খুন্দোংবম
ব্রোজেন্দ্রোগী

# অরোনবা মৈরী

(ড্রামা)

## ড্রামাসিদা য়াওবা চরিত্রশিং

নুপাঃ

| | |
|---|---|
| ১. বীরেন | মখোঙ নামা ককখ্রবা অনাবা অমা |
| ২. রাজেন | বীরেনগী মনাও |
| ৩. মাধব | লৈকায়গী অহল অমা |
| ৪. কুমার | ডাক্তর |
| ৫. সুরজ | বীরেন, রাজেনগী মামো |

নুপী ঃ

| | |
|---|---|
| ১. পুর্নিমা | বীরেন, রাজেনগী মমা |
| ২. মালা | বীরেনগী নুপী |

## অহানবা তাঙ্কক

## অহানবা উৎপা

*দ্রোইং রুমনি। ময়াইরপ ওইনা চাওই। প্রোপরতিদি খুদোং চাবা য়েংদুনা হাপ্পা য়াই। সোফাগী ডবল অমদি শোয়দনা য়াওগনি।*

*পর্দা হেক হাইদোরকপদা য়েৎথংবা মখোঙ মখুদা ককখ্রবা বীরেন সোফাদা ফমদুনা লৈ, খবর য়েংই। মহাক্না চৎপ.দা শিজিন্নবা ঙাকলৌ অমি সোফাদা ঙাদুনা থম্মী। অককপা মখোঙদা বেন্দেজ তৌই। ঈ থোকপগী বেন্দেজদা ঈ তৈ।*

*মালা চা পুদুনা চংঙকই, তেবল মথক্তা চা থম্মী। সোফাদা বীরেনগী মনাক্তা ফমথে।*

মালা ঃ চা লৈরে।

বীরেন ঃ (খবর থুপচিল্লি, তেবলদা থম্মী, মালাদা য়েংই) কৈদৌরে চৎলরোইদরা নঙবো?

মালা ঃ কনাগা করম হায়না চত্তোরিনো?

বীরেন ঃ করিনো নঙনা হায়রিসিবো? ঙসাইদা নৎত্রা মামোগা চৎমিন্নৌ হায়খিবদুবো?

(চা পায়খৎলি)

গাড়িদা ফৎ চৎলুরগা দান পীরম্মগা থুনা হল্লক্কদবদুবু -- (চা থকই) মসিবু কয়াম ৱাবা থবক্নো? চৎত্রবদি য়াম্না ফজরোইদৌরিবনি, মালা। য়াম্না নুংশিখ্রবা, চাক চাকলুক অমত্তদা চামিন্নরকপা মরুপ্নী। মহাক্কী অহানবা মচানি। ঐ য়াম্না চৎনিংই, অদুবু ঐগী ফিবমসি য়েংঙু। ঐ য়াম্না চৎনিং চৎনিংনা চৎপা য়াদ্রবনি। মরুপতুনা নঙবু উবদা ঐনি খনগদৌরিবনি। ডাক্তরসু লাক্কনি, ড্রেসিং অনৌবা শিনগনিসু হায়বি।

(মালা ৱা ঙাংদনা তুমিন্না লৈ)

নঙবু তশেংনা চৎলরোই হায়রিবরা? ঐগী ফিবমসিদা ঐবু চৎলু হায়রিবরা?

(মালা শাউরংননা হৌগৎলগা চংখি)

(বীরেন মালাদা য়েংই, মতুংদা মাগী অনাবা মখোঙদুদা য়েংই, তপ্না মখুৎনা নাল্লি, মমিত্তগী মপি তারকই তৈথোকই)

(পুর্নিমা চংঙকই)

পুর্নিমা ঃ (ফিংনা) কৈদৌরে নুপামচা? কপ্পীবরনে নঙবো? (মনাক্তা চংশিল্লি) কৈদৌরগে? (মকোক্তা নানবী) ইমা লৈরিসিদি, করিগীনো নঙনা কপ্পীববো? নঙনা কপ্পগা ইমা নুংঙাইতেসে। মালাদু যষ্ঠি চৎকনি হায়খিবদু চৎখ্রবরা?

বীরেন ঃ (মখোল নীল্লা) চৎত্রি।

পুর্নিমা ঃ করিগীনো অসুক থেংলফাওবা চৎত্রিসিবো? সুরজ লৈত্রা? (লাওনা) সুরজ লৈত্রনে তৌবিসিবো? (লাওনা) সুরজ.

(সুরজ থোরকই)

সুরজ ঃ ইচে করি হায়গে?

পুর্নিমা ঃ রাজেনসু লৈতে। মালাদু যষ্ঠি অমা চৎকদবনি, মাবু গাড়িদা ঙায়হাত্ত। থীনবীরু হায়রগা কৈদৌরবা?

সুরজ ঃ ঐবুদি লোয়রে, মালাবু লোয়রবরা?

পুর্নিমা ঃ ঐসু চৎকে হায়ববু ইচা মতোমতা লৈহৌরনি। ডাক্তরসু লাক্কনি হায়রি।

(মালা থোরকই)

মালাসু থোরকএসে। সুরজ নঙ গাড়ি য়েংনা য়েংনা থৌকো। গাড়িনা মরোল অমা কুংবনে ঐদি ওম্থোক্লা নুংশা থীখ্রে।

(সুরজ, মালা থোকখি)

(লাওনা) দান থাদরম্মগা হেক হল্লকউ, কুইথরক্কনুকো।

(বীরেন্না মাগী মখোঙ অনাবদুদা নাল্লি)

কৈদৌরে? নখোঙদুবু নুংঙাইত্রবরা?

বীরেন ঃ (কপ্পী কপ্পী) ইমা ঐ ঐগী ফিবমসি করিনো তৌরিসিবো?

পুর্নিমা ঃ ইমাগী ইবুংঙো, নঙনা অদুম হায়না তৌরগা ইমা খাংবা ঙমদেনে। পৃথিবীদা করম্বা মমানা মচাগী অৱাবা য়েংদুনা লৈবা ঙম্বা য়াওবগেনে?

মাধব ঃ (মপান্দগী) করিনো ইমুংসিবু ইচিক-চীকপসিবো?

পুর্নিমা ঃ তাদা লেংশিনবীরকউ।

(মাধব চংঙকই)

ঙসিদি ইমা ইচাদা ঙায়হৌরে। লেঙশিনবীয়ু।

(মাধব ফম্মী)

মাধব ঃ রাজেনবু হল্লক্লিবরা? মাগী মবা মখোল তাদবসিবো?

পুর্নিমা ঃ হল্লক্লি তাদা।

মাধব ঃ মাসু থবক অমা তৌরিবনিনা চীল্লমগনি, ঐদবু দরকার ওইবগী পংহং হংবনি। ইচা বীরেনগী অনাবসিদি কমদৌরি? হৌজিক ফাওবা নারিবরনে ইচাগীসিবো?

বীরেন ঃ অমুক অমুক খংচীক খংচীক চীক্লকই খুরা। অমুক অমুক চীক্লকপসিদদি খাঙবা ওম্থোক্লা ৱাখ্রে।

মাধব ঃ নৌরিদনা তৌবা ওইরমগনি। চীকপসিসু গুলি চারগদি ফৈসু হায়নবদায়নে?

পুর্নিমা ঃ গুলিদুসু লোয়থোকখ্রে। ঐগী ইমৌনেনা তৌরিবসিনা পংখিবনা করি ব্বাৎলি, করি লৈত্রে হায়বা ফাওবা করিমত্তা থীজিন্দবনি। মানা হোৎনফম থোকপা পুন্নমক মনাও নুপা রাজেন্না লোয়না তৌরিবনি।

মাধব ঃ আ, অঙাং ওইরিদনা তৌরিবনি, খরগা কেথোক মৌথোক্লা য়োক্লকপদুদা মতৌরিবনি। মচা মশু য়াওরকঅগা ভাব তারকখিগনি।

(বীরেন নুংঙাইতবা মতৌ উৎলি)

কৈদৌরগে ইচাবো? নথ্বাই নুংঙাইত্রিবরনে? ইচাশিদি করিগী অদুক ব্বারুগদগে? ঐখোয় ময়াম লৈরিসিদি। হেরা নঙোন্দগী হেন্না শাথীবা, মখোঙ অনিমক য়াওদবা, মখুৎ অনিমক য়াওদবা মীওই কয়া পীক থন্না লৈরি। মখোয়নদি থৌনা ফনা হিংবা ঙম্মগা ইচানা অদুক নথ্বাই নুংঙাইতবা হৌনবরা? করিমতা খল্লুনু ইচাশিদি।

(কুমার চংঙকই)

এ! ডাক্তর সাহেবসু য়ৌরকএসে।

পুর্নিমা ঃ ইবুংঙো লেঙশিল্লকউ।

(কুমার ফম্মী)

কুমার ঃ বীরেন বাবু করম হায়না তৌবীরি? থোয়দোকপা নুংঙাইতবা লৈবীদ্রেকো?

বীরেন ঃ য়াম্না তোয়না তোয়না চীকই। ব্লীদিংসু মরক মরক্তা তৌরকই।

কুমার ঃ য়াম্না লেংবীগনু, লেংঙিবমখৈ ব্লীদিং তৌবকখিনি। দ্রেসিংসি অমুক্ত শীন্দোকচবমগে। ঐখোয় বাজেনবু...?

পুর্নিমা ঃ মা ঙসিদি য়াম্না থেংখ্রে, কবি তৌববগে খংদ্রে।

কুমার ঃ ঐখোয়গী রাজেনসি থাজদনা য়াম্না খংখ্রে। মাগী ব্বাখল, মাগী মতৌসিগা মানা খংঙীবসিগা ওম্বোক্লা থাজখিদ্রে। মামক লৈরমদ্রবদি ঐঙোন্দসু য়াম্না অবাবা অমা ওইরমগদৌরিবনি।

পুর্নিমা ঃ ইবুংঙো মাননি ময়াম্নগী হোৎনরিবসি।

(রাজেন চংঙকই)

মাধব ঃ ইচাদি ঙসিদি য়াম্না থেংইদা।

রাজেন : ঐ ঙসিদি মীটিং অমা য়াওজরুরে। ডাক্তর ঙসিসি ঐখোয় তামোগী ড্রেসিংসি চেঞ্জ তৌবীগনি হায়বীখিমাল্লে।

কুমার : অদুগীনি লাকইবসি। ঙসাইমখৈ নঙবু ঙায়রম্মীবনি।

রাজেন : করি তৌজরকউগে। হিদাক কাপকদবা লৈবীবরা?

কুমার : বীরেন বাবু সোমদা খজিক্তা লৈশিনবীয়ু।

(রাজেন মোরা লৌরগা কুমারগী তুংদা থম্মী)

রাজেন : মোরাসিদা লেঙশিনবীয়ু।

কুমার : ও থেঙ্ক য়ু। (ফম্মী)

(কুমারনা বেন্দেজ লৌথোকই)

যাম্না ফরম্মে সিদি, য়াম্না থুনা ফরনি। হেক ফবগা জয়পুরদা চৎলগা খোঙগা চপ মান্নবা আর্টিফিসিয়েল লেগ অমা শারগা পানশিল্লগদি লোয়রে। চথোক চৎশিন পুম্নমক নোর্মেল ওইরনি।

(লশিং অনৌবা নপশিল্লি, বেন্দেজ অনৌবা য়েৎশিল্লি)

বীরেন : ঐগী কেন্সরনা নারবা খোঙ অমদি ইশা কন্ননবনি হায়দুনা লৌথোকখিবা যম্বা হৌরকএ। হকচাং মনুংদা লৈহৌবিবা কেন্সরগী শরুকসিনদি ঐবু চেন্নদুনা প্লগদৌরি। ডাক্তর, ঐনা হিংগদৌরিবসি কয়া কুইননো?

(কুমার সিরিঞ্জ লৌখৎনবা হোৎনরম্বদগী খংলেপ লেপত্তুনা বীরেন্দা য়েংই)

ঐ শোয়নায়রবা মীশক অমা ওইনদি কুইনা হিংঙরোই হায়বদি ইশানা খংজে।

(পুর্নিমা মমাই লৈথোক্তুনা খাংই, মাধব ফৈজোম মচিনা মপি তৈথোকই)

কুমার : বীরেন বাবুনা ব্রাখল শেরান্ননা খনবীরে। হিংখিনি, য়াম্না কুইনা হিংখিনি।

বীরেন : (নোকই) ডাক্তর, ঐগী ব্রাখল নুংঙাইনবনি খন্দুনা হায়বীরগসু ঐগী থম্মোইনদি নুংঙাইথোব-পা ঙমদ্রি। ঐসু খংই, ঐখোয় শিগদবনি, অহাল অকোনগী ব্রাদনি। অদুবু ডাক্তর বাবু, শিবগী নুমিৎ লেপ্লবা,

নুমিত্তু খংলবা মীশক অমগী থম্মোইনা নুংঙাইগদবসি কদায়দনো? ঐ ইশাগী ওইনদি থোইনা খল্লুদ্রে। ঐনা চৎখ্রগা ঐগীদমক্তা খনবদা। ব্রাজরবা ঐগী ইমা অমদি ইনাও নুপাসিগী খল্লুবদা ঐ...

পুর্নিমা : (কপ্না) ইমাগী ইবুংঙো, করিনো নঙনা ঙাংঙিবদুবো? ইচা করিসু তৌরোইয়ে, ইচা করিসু তৌরোইকো।

মাধব : পুন্নমকসি ঈশ্বর নঙগী লিলানিকো।

(কুমার সিরিঞ্জদা হীদাক চীংশিল্লি বীরেনগী মপামবোম তাখৎলগা হীদাক কাপ্পী)

বীরেন : ঐ অমুক্তং হৌগৎপা য়ানিকো?

কুমার : য়ানি, তপ্না হৌগৎপীয়ু।

(রাজেন্না মতেং পাংদুনা বীরেন হৌগৎলি, শমদুনা চংমিন্নখি)

মাধব : ইবুংঙো ডাক্তর, বীরেনগী অনাবসি সুকফমক ফরকঅরোইদরা?

কুমার : খুরা, কেন্সর হায়বা অনাবসি য়াম্না নৌরিঙৈদা খংবা ঙমহৌরবদি য়াম্না লাইনা লায়য়েঙবা য়াই। অদুবু মসিগী শাথিবা অমনা নৌরিঙৈদা খংবা লুই। বীরেনগী অনাবসি মখোঙদদা নাবনি হায়না খন্নরিঙৈ থবোম্বীদা নারিবা অনাবদু কন্নানসু থৌশানহৌদ্রে। হৌজিক্কী অনাবসি ষ্টেজ লানশিনখ্রে। ঐখোয়না মাগীদমক তৌগদবা হায়ববু মাবু মথাই নুংঙাইহনবা, চানিং চানিংবা পীজবা মসিখক্তা মঙায়রে।

মাধব : হিংঙরোই??

কুমার : মতম খরদি লৈখিনি।

মাধব : মতম খরা হায়বসি কয়াম কুইননো ইবুংঙো?

কুমার : য়াম্মবদা থা ৫/৬ তি লৈবা য়ারি। মসিদগী পংশাং শাংথগনি হায়বদি থাজদ্রে।

মাধব : ওম্থোক্লা লাংবা পামজখ্রবা, নুমিৎ চুপ্পগী নোকপগা খেবগা, মঙোন্দা অশাওবা হায়বা মচেৎ অমফাওবা পকখিদ্রবা— ঈশ্বরসিনা মীচঙ মীখায় অসুক য়াম্না নায়রিসিবু করিগীনো?

পুর্নিমা ঃ (কপ্পা) মপাগসু নৌনা কায়নখিবদগী মপাগী নুংশিবা ফংজরক্রবা ইচানি। ইচা অনিসিগী মরুমদা মখোয়গী আশাদা ঐ অসুক কুইবসি হিংলকলিবনি।

(কোক কাক মখোল তাবদগী মপি তৈথোকই)

(বীরেন, রাজেন চংঙকই)

(সোফাদা তপ্পা ফম্মী)

বীরেন ঃ ডাক্তর বাবু ঐবু অহিঙ অহিঙ তুম্বা য়াদবগী লায়না অমসু নাখৎলকএ; মসিবু. .

কুমার ঃ তুম্বা য়াদবসি ৱাখলগা য়াম্না মরি লৈনৈ। বীরেন বাবু ৱাখল নুংঙাইতবা খনবীগনু। য়ারিবমখৈ নুংঙাইথোক্লবা হোৎনবীয়ু।

বীরেন ঃ ঐসু খন্দনবা ফনা কন্না হোৎনবনি, অদুবু খন্দবা ঙম্মক্তে। অশিবনা থোঙজিন্দা লেপতুনা ঙায়দুনা লৈরগা ঐনা ৱাখল নুংঙাইনা লৈনবা হোৎনবা হায়বসি অরাইবা থবক্তি নত্তে ডাক্তর।

কুমার ঃ বীরেন বাবুনা হায়বীরিবদু য়াম্নদি চুম্মী অদুবু ঐনা হায়জনীংবদি, বীরেন বাবু শিখিরোই, য়াম্না কুইনা হিংখিগনি। কেন্সরনা নারবনি য়াম্না থুনা শিরগনি হায়বা ৱাখলদুমদি থাদোকপীয়ু। তুম্বা য়াদ্রিবা অদুগীদমক্তি ঐ গুলি পীজরক্তে।

রাজেন ঃ ইমা ঐখোয় ইতৈমদি?

পুর্নিমা ঃ ষষ্ঠি অমা চৎখির্বনি।

রাজেন ঃ করম হায়না চৎখ্রিবা মখোঙনরা?

পুর্নিমা ঃ নঙগী মামোনা গাড়ি থৌখিবনি। গাড়ি থৌবীনবদি কনামফাওবা লৈতে, নঙসু লৈতে চত্তবদি য়াদে। অদুবু মখোয়বু ফনসু মকুইখ্রে. হল্লকপা য়াবে। হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রিবসিনা কৈদৌখ্রবনো?

কুমার ঃ মামো হায়রিসিবু ঐখোয়গী সুরজ বাবু ওইবীরবরা?

পুর্নিমা ঃ মান্নি ইবুংঙো, ঐগা হেক পোকমিন্নবা ইপ্পা অতোম্বনি। চহিদি বীরেনগা নাওরোন অমত্তনি খেন্নরিবা। থামুক্কী মমাংদা ঐগীসিদা লৈরনি হায়দুনা লাকএ, ঐনসু লৈগনু হায়বা ঙমদদুনা লৈহল্লবনি। ঠিকানি হায়দুনা খরা খরা তৌবসু পৈশা মাংবনা অয়াম্বনি। মাগী হেক খনবদা ঐ বিভুলা চুরবনি।

কুমার ঃ ময়ামগী ৱারিসু নুংঙাইরি। ঐ থবক অমত্তং লৈজরি।

(হৌগৎলি)

খজিক্তং নুংঙাইরক্তবদা হেক্তা তাকপীরকউ, অহিং নুংথিল থীবীনু, ঐ অমুক য়ৌজরগে।

পুর্নিমা ঃ ফনি ইবুংঙো। ইবুংঙোসু পংৱা ৱারবনি তৌরিবসে।

কুমার ঃ করিৱানো, ৱাফম থোকপনি। বীরেন বাবু য়ৌজরে। খুরা ফম্বীহৌখো।

মাধব ঃ ইবুংঙো।

(কুমার থোকখি)

(মপান্দা গাড়ি মখোল)

পুর্নিমা ঃ অঙাংশিং য়ৌরকঅমাক্লে।

(রাজেন চংখি)

(মালা, সুৱজ চংঙকই। সুৱজ চংখি, মালা পুর্নিমাগী মনাক্তা লেপ্পী।)

মাধব ঃ ইচা ইমৌশিং য়ৌরকঅবনিনা ঐসু অমুক য়ৌরগে।

পুর্নিমা ঃ ফনি তাদা, ঐখোয় তাদখোয়গী লমন য়াম্না তোনশিল্লবনিকো।

মাধব ঃ কবি ৱানো ইবেম্মা, য়ুমলোন কৈরোন্নবা হায়বিবসি করিদগী হায়রিবনো? অৱা অনা তাবগা মতেং পাংনদ্রবা, লৈত লাইবস্ হংদোক হংজিন তৌনদ্রবদি য়ুমলোন্নবগী অর্থ লৈত্রে। য়ৌরে য়ৌরে

পুর্নিমা ঃ নুপামচা নঙবু ফম্বা বাদ্রিববা? ফমুংদা ঙাযহাক অমুক পোথাগেবা?

বীরেন ঃ ফমুংগা নঙ্গনগা থেংনগনি খনবদা কিরে ইমা, ঙায়হাক্তা ফমখিগে।

পুর্নিমা ঃ মালা নঙসু নফি নবোলদু হোংদোকউরোদনা।

মালা ঃ ঔ ইমা।

পুর্নিমা ঃ মতমসি থেংজিল্লকঅবনি। চাক ঈশিঙ থোংনবা তৌরসি। নুপামচ ইমা চাক থোংঙুখিগে। ননাওদুনা কদায়দা অমুক চৎখরে?

(চংখি)

বীরেন ঃ ঐগী মরুপতুদি করি করি হায়হৌই?

মালা ঃ ঐ লাকপদুদি য়াম্না হরাওহৌই। মাসু নোংমা লাক্কনি হায়হৌই। ঐ ফি হোংদোকউখিগে। (হৌগৎলি)

বীরেন ঃ (মালাগী মখুৎ ফারগা) নঙ ঐগী ইনাক্তা ঙায়হাক্তসু ফন্নীংদবরা?

মালা ঃ ঐনা ফন্নীংদে হায়খ্রবরা? ঐ ফি হোংদোকউখিগে হায়বনি। ইমা থোরকঅগা হৌজিক ফাওবা ফি হোংদ্রিবরা হায়রকওইদরা?

বীরেন ঃ নঙ মহৌশাগা সুকমান মান্নদরে। নহাক ঐঙোন্দগী লাপথোকনিংঙমাল্লে। চুম্মী, ঐ নঙগীদমক করিসু তৌবীবা ঙমদরে। ঐ শিগদৌবসু কুইদরে। শিগদৌরবা মীশক অমগীদমক কনাননো মীনুংশি উৎপীরগদৌরিসিবো?

মালা ঃ তামো নঙ নপুক য়াম্না ফত্তবা মীনি। ঐ য়ুমসিগী মৌনি, নহাক্না ঐগী ইপুরোইবনি। য়ুমসিনা ঐগী ইয়ুমনি। ঐবু হান্নগী মালাদুদগী ঙসিগী মালা করি খেন্নরিবগে? ঐনা তামোনা য়ানিংদবা করি তৌখ্রবগে? তামোনা ঐবু অসুক য়াম্না থাজবীদ্রিবসিবু করিগীনো?

বীরেন ঃ ঐ নঙোন্দা থাজদবা লৈতে। নঙগী নুংশিবখক্তুননি ঐনা ঙসি হিংলিবসি। নঙ চহি য়াম্না নৌরিবীনি। ঐনা শিখ্রগা নহাক চহি য়াম্না নৌনা লুখ্রাবী ওইহৌবা তারবনি। লৈখিদ্রবা ঐগীদমক নহাক্কী পুন্সি মাংহৌগদৌরিবনি। মালা মদুগী খল্লুবদা ঐনা নঙোন্দা লৈবস্মা নুংশিবগী চাং ঙসিদি শরুক চামা হেনগৎখ্রবনি।

মালা ঃ তামোদি কৈদৌবগী শিগদৌরিবা?

বীরেন ঃ নহাক্কী পুন্সি ঐনা মাংহল্লবনি মালা পুন্নমক ঐগী দোষনি।

মালা ঃ করিগীনো চোয়রোল পারোল অদুক য়াম্না লোনবীরিবদুবো?

বীরেন ঃ নঙোন্দা ঐনা পৃথিবী পুন্নমক্কী নুংঙাইবা পীগনি হায়দুনা ঐনা ৱাশকখিবনি। ঐনা বাশকখিবদুগী ওন্নতৈনবদা নঙবু পৃথিবীবাসিদা খ্বাইদগী হেন্না মরাইবক থীরবী মীশক অমা ওইনা থনমগদৌরে।

মালা ঃ ঐদি নুংঙাইনা। তামোদা ঐনা পেন্দবা করিসু লৈতে। ঐনা য়ুমসিদা লাকখিবসু তামোবু নুংশিজবদগীনি। ঐনা য়ুমসিদা হৌজিক ফাওবা লৈরিবসিসু তামোবু নুংশিজবদগীনি।

বীরেন ঃ চুম্মী পুন্নমক চুম্মী। অদুবু মালা, নঙনা ঐগী, ঐনা নঙগী কান্নবা লৈরক্তুবা মতমদুদদি নুংশিবসু মাংখিগনি।

মালা ঃ (বীরেন্দা মুন্না য়েংই) করিনো হায়বীরিদুবো? (লৈথোকঅগা) ঐগী

লমচত্তা তামোনা নুংঙাইতবা করি উরবগে তামোনা অদুম হায়না হায়বীরিদুবো? (লাওনা) ঐনবু করি তৌখ্রবগে?

বীরেন ঃ (মালাদা মুন্না য়েংই) করিগীনো শাওগৎলকইদুনা? নঙবু ফত্তে, নঙগী লমচত্তা ঐনা নুংঙাইত্রে, ফত্তবা থবক তৌরে হায়বদি ঐদি হায়খিদেনা নঙনা ঐগীদমক তৌবিরিবা. নঙনা ঐবু নুংশিবীদুনা ঐগী ইয়ুমসিদগী চৎপীখিদনা য়ুমসিদা লেঙদনা লৈবিরিবসি ঐগীদি লাইবক য়াম্না ফরিবনি। মসি নত্তনা ঐগীদি নঙোন্দা ৱারৌফম লৈতেনা।

(মালা মশা পুম্নমক হীকথদুনা চৌকিদা তুমিন্না উংদুনা ফম্মী)

(মুন্না য়েংঙগা) কৈদৌরে নশা ঙমদ্রববা?

মালা ঃ (শাওরংননা) ঐ করিসু তৌদে।

বীরেন ঃ নঙনা ঐগীদমক ৱাবিখিবশিং ঐ কবিমত্তা কাউদে মালা। ঐনা শিদ্রিফাওবদি কাউবসু ঙম্মোই।

মালা ঃ ঐদি তামোগীদমক কবিসু তৌখিদ্রিনা। তামোনা ঐবু তামোনা নারিবসিগী সেবা ফাওবা তৌহনদবা নৎত্রা? ঐনা তৌফম থোকপা পুম্নমক রাজেনবু তৌহনখিবনি। অদুগা তামোনা ঐঙোন্দা ৱাবৌবীরিবরা?

বীরেন ঃ ঐদি নঙোন্দা ৱারৌবা নত্তে, নঙনা ঐঙোন্দা ৱারৌবমগদ্রা হাযদুনা চীংনবনি। ঐনদি নঙবু নুংশিবনিনা নঙবুদি ঐনা ৱাহন্নিংদে। নঙদি যাম্না নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদগী হৌবকপনি। নঙনা বাবদু ঐবু য়েংঙু হায়রিবরনে?

মালা ঃ ঐ য়ুমসিগী মৌনি, ৱাফম থোকপনি।

বীরেন ঃ মালা, কনামত্তনা কনবসু ঙম্মবোইদবা অনাবা ঐগীদমক শেল অবেম্বদা মাংহনবা, মীবুসু অবেম্বদা বাহনবা ঐ পামদে।

মালা ঃ তামোনা শিবগী ৱাদমক হায়বীবিবসি করিগীনো? ডাক্তবনদি কবিসু তৌথোই হায়বি।

বীরেন ঃ মদু তাইবংমীগী হৌনশানি। শিরগনি খংলবা অনাবা অমদা নঙ শিবনি

হিংঙরোই হায়বদি কনানসু হায়রোই, হায়ফমসু থোক্তে। ডাক্তরনসু ঐঙোন্দা করিসু তৌরোই য়াম্না কুইনা হিংখিনি হায়। মালা, কেন্সরনা নারবা করম্বা মীওইনা মতম শাংনা হিংদুনা লৈবা য়াওথ্রবগে? ঐ কেন্সরনা নারবা মীওই অমনি। ঐনা হিংলিবসিসু মতম খরদগীনি, ঐ নখোয় ময়ামবু থাদোক্তুনা চৎলগদবনি।

(মালানা বীরেন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈ)

করি তৌরে? ঐনা হায়রিবশিংসিদা নঙনা নুংঙাইতনবা করি হায়বা য়াওখ্রে?

(মালা মমিত্তা মপী ঈরা চেল্লকই)

মালা, পৃথিবীসিদা ঙসিদি ঐগী হায়ববু নঙদনি, নঙনা ঐবু খজিক্তং মীবাইরকপদা ঐগী ফিবমসি হেন্না লুশিনখিগদৌবিবনি। ঐগী ৱাখল, ঐগী থম্মোই, ঐগী পুন্সি, ঐগী অবাবা, নুংঙাইবা পুম্নমক নঙগী মখা পোল্লিবনি। অদুবু মালা, ঐগী নুংশিজবা নহাক অসি থাদোক্লমদুনা নোংমদি শোয়দনা চৎলগনি। ঐনা চৎখ্রবা তুংদা নঙনা ঐগীদমক বাহৌদুনা নপুন্সিচুপ্পা শিখ্রবা ঐগীদমক মাংহনবদি ঐদি পামদে।

মালা : তামোনা হায়বীবিবসি ঐবু কবি তৌ হায়বীরিবনো? তামোনা হায়বীরিবসি ঐনা হরাওনবনি হায়দুনা হায়বীবিবরা নৎত্রগা ঐবু করেম্নবীরিবরা? ঐসু মীনে, নুপীনে, থম্মোই পাল্লি, নুংশিবা খংই। মপুবোইবা লৈনা লৈনা ময়ুম পানবা ঙম্বী নুপীদুদি ঐদি নত্তে। যুম পানগদবগী মপুরোইবা শিবা ঙায়দুনা লৈবিবী নুপী ওইরবোই নাঁংবীকুরবরা?

(বীরেন মপী ঈরা চেল্লি)

বীরেন : মালা, যেংঙু, ঐগী মিৎলুদা তুংশিন্দুনা লৈবিবা পিরাংশিংসিদা যেংঙু। ঐনা নঙবু নুংশিরমদ্রবা ঐগী মিৎলুদা পিগী ঈরা চেল্লম্মোই। কদায়দনো নঙনা কাখত্তুনা যেংলিবদো? কুমথরকউ লাউ পৃথিবীসিদা, য়েংঙুবাউ সমাজগী চৎনবীশিংসিদা, মদুদদা খংঙক্নি ঐগী অশেঙবা থম্মোইগী মশক।

মালা : (ইংথনা) তামো, ঐ নুপীনি, ঐ ইশানা মী অমা ওইনা মপুং ফাদে হায়বসু খংজে। অদুবু তামোগী ৱাহৈশিংদুনা ঐগী থম্মোইদদি চৈনা পী।

বীরেন ঃ মালা, পৃথিবী হায়বসিদা লৈরিবা পুন্সি হায়নরিবসি অশিবগীদি য়াওদে। পুন্সি হায়বসিদি অহিংবগীনি। ঐদি শিরবনি, অশিবগীদি পুন্সি লৈতে। পংগনু মালা।

মালা ঃ ঐদি তামোনা অদুক য়াম্না তমথিরমগনি হায়বসিদি থাজরুদে।

বীরেন ঃ চুম্মী, ঐ তমথি, মীগী থম্মোই নানবা ব্রা ঙাংই। অশিবা ঐনা করিগুম্বদা ইচা অমত্তং লৈজরম্লবদি ঐহাক শোয়দনমক হিংনিংঙমগনি। অদুবু লৈরমদবসিনদি হেন্না ফরে। অদুবু মালা নহাক্তি নুপীনি, নঙদি সংসারসিদা মমা অমা ওইরুনবা থারকপনি।

মালা ঃ (শাওনা) করিনো তামোনা হায়নিংইবসে। ঐসি ওক্তে হায়বীরিবরা?

বীরেন ঃ নঙদি খংঙোই ঐগী থম্মোইদা হৌগৎলকলিবা মৈরীসি। মৈরীসি মুথৎকে হোৎনরুবা খুদিং অচাকপা মৈদা থাউ হৈজিনবগুম কননখৎলকই।

(পুর্নিমা থোরকই)

পুর্নিমা ঃ হৈমা! মালা নঙবু হৌজিক ফাওবা নফি হোংদোক্ত্রিববা?

(মালা চংখি)

বীরেন ঃ ইমা ঐ পোথারুরগে।

(হৌগৎলি তপ্না)

(চৎনা চৎনা) লম্বী চৎপশিংনা পম্বুং য়ৌবা তানবগুম, অমম্বনা অঙানব, ঙায়বগুম ইমা, নচাসু শিববু ঙায়রিবনি। (চংখি)

(পুর্নিমা মচাদা মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই)

(তপ্না সোফাদা ফমথে)

পুর্নিমা ঃ ঐমুক লাইবক থীবসিবু লৈরমখিগদ্রা?

(সুরজ থোরকই)

সুরজ ঃ ইচে কৈদৌরে?

পুর্নিমা ঃ ইবুংঙো, ইচে করিসু তৌদে। নঙবু অমুক চখোক্কদৌরিবরা?

সুরজ ঃ অশ্বাইফাওবা চখোকউসিরা খনবনি, অদুবু চৎলরোই তম্বরকএ।

(মালা থোরকই)

মালা ঃ ইমা ইনশাং অসিবু থুম থাকপীখ্রবরা?

পুর্নিমা ঃ থাকখ্রে। চাক্তু ইনেম লোয়শিল্লগে। নঙ চখোকউবগী ৱারম্মনি, পোত্থাজরো। বীরেন্দুবু পোত্থাহৌরবরা?

মালা ঃ ফমুংদা হীপহৌই।

পুর্নিমা ঃ রাজেন হায়বদুনা মৱা মপাউ তাদ্রিবসিনা অমুক চখোকখ্রবরা, লাই। ক পারিবরা?

(হৌগৎলগা চংখি)

(মালা সুরজ ৱা ঙাংনদনা তুমিন তুমিন লৈনৈ)

মালা ঃ মওল মওল য়াম্না খল্লি, অদুবু মেন তাদে। তামোনা ঐখোয়বু খরা চীংনরবরা হায়নদি খল্লি।

সুরজ ঃ নঙদি করম হায়না খংইবা?

মালা ঃ ঙসি মাগী ৱাঙাংশিংদু ঐ য়াম্না চীংনৈ।

সুরজ ঃ (নোকই) হুরানবা নকোক্তা নাপী পকএ হায়রগা হুরানবদুনা মকোক্তা নানবগুম্বনি। বীরেন্না চুম্না ৱা অমত্তং হায়বদা নঙনা ভাব ফমন্দনা চীংনরে হায়বগী ৱানি।

মালা ঃ করিগীদমক্তনো ঐখোয়না লম্বীসিদা চৎলুবিসিবো?

সুরজ ঃ মালা, নুংশিবা হায়বসে রেডিও নত্তে। ঈশৈ তানিংদ্রে হাযদুনা রেডিও মুত্থৎপা য়াবগুম মীওইবগী নুংশিবদি মুত্থৎপা য়াদে। ঐ খংই, ঐ লাল্লি হাযবা। অদুবু খংই হায়বদু মঙায়, করিদি উপায় লৈবি।

মালা ঃ ঐসি পাপ চেল্লবী, ইকাই খংদবী হায়বদুমদি ওইরে।

সুরজ ঃ নুংশিবদা পাপ লৈতে, ইকাইবা লৈতে। ঐনা বীরেনবু নুংশিদে হাযবদি নত্তে। অদুবু মহাক কয়াম কুইননো হিংখিগদৌরিবসি? মহাক্না শিখ্রবা মতুংদা নহাক্কী নপুস্নিদু অরেম্বদা মাংহনবদি পাম্মুদরা?

মালা ঃ ৱাফমদুমক্কি তামোনা ঐঙোন্দা হাযখিবসু। নখোয নুপা খুদিংমক বাখল চপ মান্ননা খনবরা?

সুরজ ঃ শিরগা লোয়রবা পুন্সিসিদা হিংলিঙৈ নুংঙাইহৌদনা শিরগা কদায়দনো

নুংঙাইগদৌবিবসে। পোকঙমদনা পোক্লবা মপোকসিবু ঐখোযনা তবাইনা খন্দোকপদি চুমদে।

(মালা উংদুনা লৈ)

(মুন্না যেংঙগা) কবিগীনো নঙনা মাখা অদুক যাম্না শাবিদুবো? নঙ ঐগী লাইবক্তা তল্লম্বননি হাযনা খন্দোকউ। ঐখোয অনিগী লাইবক্তা তল্লমদ্রবদি বীবেনসু কেন্সবনা নাবম্মোই, ঐসু যুমসিদা লৈবম্মোই। ফাগী নত্তে মালা, ঐখোয অনি য়ুমসি থাদোকঅগা চেনখ্রসিবা?

মালা ঃ মদুমা ঐ সুকঙম ঙম্মোই। মদুম হাযনবু তৌববদি মীনা ঐখোযবু মী ওইনা ঙাংনহৌববোই।

সুবজ ঃ ঙাংনিংঙগা ঙাংনজসনু, ঙাংনিংদ্রগা তোকসনু। মসিদা মখোযগী মথৌ কবি লৈবগে?

(বাজেন থোবকই, মপাল্লোমদা থোকখি)

মসিমনা তৌবিবসিনা কবিনো ঐ ভাব তাদে। শিবগদবা মযাম্বসি হিংহনবা যাগদগগুম খল্লিমাল্লেনে মাদি। শল্লা মবোল অমা তাখৎচবিবা, মবি মওানিগা হাযনিংদে ঐদি। (মপাল্লোমদা যেংঙগা বাজেনসি অমুক্কা চংঙকখিদৌ মাল্লি। (হৌগৎলি)

(মালা চৎখিগে তৌই)

অদোমদা চৎখিনু সোমদা লাও।

(মালা সুবজ সুবজগী কাদা চংখি)

(মনুংদগী) ফম্মু, ঐখোয ইচেনা তৌবিসিনা মবোল অমা শিবগদব লৈববা হিংহনবসু ঙম্মবোইদবা মচা অসিগীদমক মাংহল্লিবা পৈশাসি ঐদি ওম্থোক্লা পাম্মুবীখ্রে।

(বীবেন তপ্পা থোবকই সোফাদা ফম্মী)

মালা ঃ ঐখোযনা থীংঙুবগা হু ওইগদবা থবক্তী সুব ঙাং হেক ঙাংদবনা ফম্লবনি

সুবজ ঃ ঐগী বাখলদদি অসুম হাযনা শিনি খংনা হিংহনবগী মহুত্তা ওলিব হুবা কবিনোমা পীজবগা শিহনখিবনা হেন্না ফববা খল্লি।

মালা ঃ মদুদুম তৌবসিবা কবিনো, মশাদি খংহন্দনা।

সুরজ ঃ মদুম হায়নবু তৌরবদি থবক্তি কোম্মনি।

মালা ঃ হো ইবুংঙো নতাত্তু খিৎ তৌবীরনু। নুপা হায়বা জাৎসে অওইবদি অমত্তা ঙাংদবনি। তামোসিসু মামোনা ঙাংঙিদুগা চপ মান্নে থায়না ঙাংখিবা। হৌজিক্তী অশিবদৌনা লৈরিবসিনি।

(বীরেন খাংফম খংদবা মতৌ উৎলি)

(পুর্নিমা থোরকই)

পুর্নিমা ঃ নুপামচা, কৈদৌরগে নঙনা তৌরিদুবো? কৈদৌরগেমী?

(মনাক্তা চংশিল্লি)

বীরেন ঃ (কপ্পা) ইমা, ঐনা হৌজিক ফাওবা হিংদুনা লৈরিবসিবু করিগীনো? ঐনা হৌজিক ফাওবা শিদ্রিবসি করিগীনো?

পুর্নিমা ঃ (মনাক্তা ফমথরগা) ইমাগী ইবুংঙো কপকনু (মপি তৈথোকপী) কপকনু, নঙনা অদুম হায়না কপ্পগা ইমা নুংঙাইতে।

বীরেন ঃ ঐগী ওইরিবা ফিবমসি য়েংবীয়ু, ঐবু মীরা? ঐবু মী ওইরিবরা? ইখোঙ নামা য়াওদ্রবা. তমথীরবা লায়না অমনা পুগদবগী মতম ঙায়দুনা লৈরবা ঐসিনা হিংদুনা লৈরিবসিগী কান্নববু করিনোনে ইমা? (কপ্পী) ঐনা হিংলিবসে পৃথি লুপ্নবনি। ঐ শিখিবনা হেন্না ফবে।

পুর্নিমা ঃ ইচা শিবা য়াদে, ইচা শিরোই। নঙ ইমাবু নুংশিদ্রবরা? নঙ মনাও নুপা অসিবু নুংশিদ্রবরা? মালা লৈরিবসিদি নঙগীদমক?

(বীরেন খাংফম খংদনা মাগী মখোঙ অনাবদুদা কয়া পাযশিল্লি। অনাবা মফমদুদগী ঈ জোবো জোরো চেম্থরকই)

(পাখৎনা) করিনো নঙনা তৌরিদুবো? (লাওনা) রাজেন, রাজেন, কনা কনানো অমুক্তা লাওনহে।

(রাজেন চেনশিল্লকই)

রাজেন ঃ (য়েংঙগা) করিনো তৌরিসিবো তামো?

(অনাবদা পায়শিল্লি)

বীরেন ঃ (রাজেনগী মকোক্তা নানবীরগা) ইয়াম্বা করিসু তৌদে। ঐ ইনাওগীদমক হিংখিনি। পৃথিবীগী মীপুম খুদিংমক্তা ঐবু শিহনবা পাল্লবসু ঐদি ইনাওগীদমক, ইমাগীদমক হিংখিগনি।

রাজেন ঃ তামো, তামোনা তৌবীরিসিবু করিনো? (কপ্পী)

বীরেন ঃ রাজেন, ইয়াম্বা করিসু তৌদেনে। ইয়াম্বগী অনাবসি খাঙবা ঙমদদনা তৌরিবনি। হৌজিক্তী করিসু তৌররোই।

(ঙায়হাক তুমিন্না লৈনৈ, রাজেন্না ময়াম্বগী ঈদু নপথোকই)

(পুর্নিমা কপতুনা লৈ, বীরেন্না মমাদা য়েংই)

ইমা কপ্পীবরা? কপকদবা ঐনদি কপত্রগা ইমানা ওইনা ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা কপ্পীরে। ঐখোয় ইচিন ইনাও অনিসে ইমানা পোকপীবনি। ঐখোয় অনিদদি অৱাবা কয়া খাঙবা ঙম্বগী থৌনা পীবীবদি ঙম্লগা ইমানা থৌনা ৱাৎপীরিবদি করিগীনো?

রাজেন ঃ তামো পোত্থাবীরো হৌগৎলসি।

বীরেন ঃ নঙনদি পোত্থাবা হায়রি, ৱাখলগী পোত্থাবা লৈত্রবদা ইয়াম্বগী অবাবা কোক্কদবসি কদায়দনো? নঙনদি ইয়াম্বনা ফমুংদা হিপ্লবু পোত্থাবনি খল্লিবা? ফমুংগা ইয়াম্বগী নঙ্গলগা তায়নবদা ইয়াম্বগী নঙ্গলসি মৈশা ফাওরবনি।

(পুর্নিমা করিনোমা খন্দুনা লৈ)

বাজেন ঃ ইমা.. ইমা...

পুর্নিমা ঃ (চঙক্লনা) হা কৈদৌরবা? (হৌগৎলি)

বাজেন ঃ ইমাবু চাক লোযদ্রিবরা? ইতৈমনা কদাযদা চৎখ্রবা?

বীরেন ঃ (ফিংনা) রাজেন।

(রাজেন্না বীরেন্দা মুন্না য়েংই)

## (মৈ মুৎলি)

# অনিশুবা উৎপা

মফম ঃ বীরেনগী য়ুম, হান্নগী অদুম্মক
মতম ঃ অহিং অথেংবা।

*বীরেন সোফাদা ফমদুনা লৈ, মালা বীরেনগী তুংদা পায়রগা লেপ্লী। ঙায়হাক তুমিন্না ৱা ঙাংনদনা লৈনৈ। বীরেন্না মালাগী খুত্তা নাল্লি।*

বীরেন ঃ মালা, ঐ নঙোন্দা ৱা অমদি হায়নিংই।

মালা ঃ করি ৱানো?

বীরেন ঃ সিদা ফম্মোলাও।

(মালা য়াম্না হৈনিংদনা চংঙকই, বীরেনগী মনাক্তা সোফাদা ফম্মী, বীরেন্না মালাগী মখুৎ পায়শিল্লি)

ঐ শিগদৌরে, শিবগী মতম নকশিল্লক্লে হায়বসি নহাক খংলবা নৎত্রা?

মালা ঃ (শাওনা মখুৎ থাদোকঅগা) অমোনা ৱাহংদু হঞ্জিন হঞ্জিন ঐঙোন্দা হংবীরিবসি করিগীনো? ঐবু খংদে হায়য়ু হায়বিরিবরা নৎত্রগা খংই হায়য়ু হায়রিবরা?

বীরেন ঃ (মালাদা য়েংই) ঐনা পাম্বা পাউখুম পীয়ু হায়বা নত্তে। নঙগী অখংবদু হায়য়ু হায়বনি। ঐ ঐগী অরোইবা মতমদু ঙায়বা ঙমগনি হায়বা থাজরক্কবনি। ঐ শিনিংলবনি, অদুবু নঙতগী আশাদা ঐ হিংলিবনি।

মালা ঃ ঐগী উপায় করিনো? ঐবু করি তৌ হায়রিবনো? ঐ যমরাজ নত্তে। অশিবা মী হীংগৎহনবা, অহিংবা মীবু শিহনবা ঙম্বা মহাক্কী শক্তিসু ঐগী লৈতে।

বীরেন ঃ অদুদি ঐ শিবদা নঙোন্দা অকায়বা করিমত্তা লৈতরে??

(মালা শাওনা হৌগৎলি, হন্দোকই)

মালা ঃ করিনো তামোনা হায়বীরিবদুবো? মপুরোইবা শিরগা হরাওবা নুপী লৈবরা?

বীরেন ঃ (নোক্না) নঙনা হায়রিবসিদি ঐনা শিবদা নঙ য়াম্না কপকদৌরিনে?

(মালা বীরেন্দা মুন্না য়েংই)

মালা ঃ ঐবু য়াম্না কপহন্নীংবরা?

বীরেন ঃ কপহন্নিংদে। ঐনা শিরগা নঙনা কপকদবা লৈরবদি ঐ শিনিংদে। ঐনা শিনিংঙিবসিদি ঐগী অৱাবসি খাংবদা ৱাবগী নত্তে। ঐ হিংদুনা লৈবনা মীঙোন্দা অৱাবা পীবগীদমক্কি। ঐনা শিরগা নঙনা ৱাহৌগদবা লৈরবদি ঐ তশেংনা শিনিংদে।

মালা ঃ শিবা চংববু তাইবঙ মীগী খুত্তা লৈবরা? ঐনা শিনিংই হায়দুনা শিবা য়ারবা, হিংনিংই হায়দুনা হিংবা য়ারবদি করিগী ৱানরুগদগে?

(বীরেন ঙাকলৌনা শৌদুনা লেপ্পী)

বীরেন ঃ নঙ ঐনা শিখিবা পাম্বরা, হিংবা পাম্বরা?

মালা ঃ (শাওনা) মদুবু ঐঙোন্দা হংফম থোকপরা? ঐসিবু তামোগী কনানো? কনানি হায়না খনবীবগে? ঐসিনা য়ুমসিদা লৈরিবসি করিগীনো? (চংশিল্লগা) ঐসিবু তামোগী কনানো? তামোনা শিবা চংবগী ৱাফম ঐঙোন্দা হংবীরিসিবু পৃথিবীদা নুপা অমনা মাগী নুপীদা হংফম থোকপা ৱাহংলা? তামোনা ঐঙোন্দা হংবীরিবা ৱাহংদু তামোনা ঐবু য়াম্না চীংনববগী ৱাহং নৎত্রা? ঐনা তামোদা অকায়বা করি তৌখ্রবগে? তামোদবু ঐনা করি লানখ্রবগে?

বীরেন ঃ (তপথনা) মালা, নঙনা ঐবু য়াম্না লান্না লৌরে।

মালা ঃ (শাওনা) লৌফম থোক্তনা লৌরিবনি। তামোনা ঐঙোন্দা করিদা চীংনবীবগে?

বীরেন ঃ (নোক্লা) ঐদি নঙোন্দা কৈদৌবগী চীংনগদৌরিবা? নঙনা করি তৌদনা ঐনা চীংনগদৌরিবনো? নঙনবু ঐনা চীংনবা য়াবা করিবু তৌখ্রবগেনে?

মালা ঃ মদুদি ঐদি খংদে, তামোনা খংফম থোকই।

বীরেন ঃ (ফমথবগা) ঐদি নঙোন্দা চীংনৈসু হায়খিদে। নঙনা ভাব ফদুনা শেরান তুরান লৌজবনিনা।

মালা ঃ তামোনা ঙাংঙিবা বাঙাংদু করি ঈাঙাংনো?

বীরেন ঃ মালা, নঙ ঐ ঙাংনবিবসিনা অরোইবদা পুরক্কদৌরিবা ফলসি করিনো? কান্নবনা কবিনো? ঐনা খনখি, নঙদি ঐগী হকচাং তংখায়নি। নঙনা তৌবা থবক্তা ঐনা থাজদবা হাযবসে ইশানা ইশাবু থাজদবগা অমহানি. ঐনা নঙবু নুংশিবনিনা, ঐনা নঙবু থাজবনিনা নঙনসু ঐবু থাজফম থোকই। নঙনা ঐঙোন্দা মীনমফমসু থোক্তে। অমরোমদদি ঐগী পুন্সিসে লোয়শিল্লক্লবনি। ঐ কয়াম কুইনা হিংখিগদগে হায়বা তম্বা ঙমদ্রবনি। মতমসিদা নঙনা ঐঙোন্দা মীনম্বা তারবসু মদু নঙগী ধর্ম্মনি। ঐ নঙোন্দা দোয তৌদে।

(মালা তপ্না সোফাদা ফমথরকই)

মালা, ঐনা নঙগী নুংঙাইতনবা ঈা হায়খ্রবরা? নঙনা ঐবু লান্না লৌরমাল্লে। ঐগী পুন্সিদি নঙগী নুংঙাইনবগীদমক কথোক্লগদবনি। ওঃ মতমসি ফনা য়াম্না থেংলবনি। ঐ য়াম্নসু চোকথরে, অদুবু তুম্নীংবগী মওংদি লাক্ত্রি। ঐনা তুমদ্রিমখৈ নঙসু তুমদবা তারবদি ইবোইবা হৈতবা মীবু ঈরাক্লবদগী কন্ননবা হোৎনবদা ঈবাকমিন্নদুনা শিমিয়বগা অমহা ওইবগনি। চৎলো নঙ তুমজক্লবো।

মালা ঃ ঐ তুমনিংদ্রি।

বীবেন ঃ (ঘড়ি যেংঙগা) পুংসি ১১ তারে, য়াম্না থেংঙে। চৎলু ঐগী তুম্ননবা গুলিদু অমত্তা পুবকউ। মদু চাশিল্লগা ঐ তুমনিংঙকপরা যেংগে।

(মালা চংখি, রাজেন থোরকই)

রাজেন ঃ তামো হৌজিক ফাওবা তুমদ্রিবরা?

বীরেন ঃ নতৈমনা তুম্নীংনবা গুলি পুথোরকঅনি। ইয়াম্বা মদু চাশিল্লগা তুম্মনি।

(রাজেন চংখিগে তৌই)

রাজেন নঙ মমাংথোঙসি অমুক্তা থীংজিল্লম্মু।

রাজেন ঃ মামো হঞ্জিল্লক্ত্রিমাল্লে। (চংখি)

বীরেন ঃ (শোষ্টাংননা) ঐখোয় মামো হৌজিক ফাওবা হঞ্জিল্লক্ত্রিবা। হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রিবা।

(মালা ঈশিঙ গ্লাস অমগা গুলি পুদুনা থোরকই,বীরেন্দা পী, বীরেন্না লৌই। গুলি চাশিল্লি, ঈশিঙ থকচিল্লি। গ্লাস মালাদা পী, মালানা লৌই)

ঙায়হাক লৈরগদি ঐহাক মীনা কৌবা তাদবমখৈ তুমথখ্রগনি। ঐগী ফিবম কায়রবা হকচাংসিনা মচেৎ-তানা কায়রবা থম্মোইসিবু কয়াম কুইনা পুদুনা চৎখিগনি। হে পুন্সি, ঙসি ফাওবা ঐদি নঙগী অর্থ খংবা ঙমদ্রি। পোকঙমদ্রবা মপোক্লি হায়নরিবা নঙসে ঐদি পামজদরে।

মালা ঃ ফমুংদা চংঙগা পোথাবীরো?

বীরেন ঃ ঐ গুলি চাশিনখ্রেকো। তুম্নীংঙক্ত্রিঙৈসিদা ফমুংদা চংহৌরগে।

(বীরেন হৌগৎলি, তপ্পা তপ্পা কাদা চংখি. মালাসু তুংদা ইন্নখি। ঙায়হাক লৈরগা সুরজ চংঙকই, বীবেনগী কাদা চেপথদুনা য়েংই, হন্দোবক্লগা সোফাদা ফম্মী, চুরুট অমা পুথোকঅগা চম্মী, থকই, মৈখু শাংনা শাংনা কামথোকই। মালা থোরকই)

মালা ঃ অসুক থেংঙফাওবা কদায় চৎপীরুবগে?

সুরজ ঃ বীরেনদি তুমখ্রবরা?

মালা ঃ তুম্নবা গুলি চাবদগী তুমথখরে।

সুরজ ঃ ইচেখোয়দি?

মালা ঃ কুইরে তুমখিবা। মামোবু চাক চাবীরবরা?

সুরজ ঃ কদায়দগী চারুদৌরিনো? ঙসিদি থরাই য়াম্না নুংঙাইতে মালা।

মালা ঃ অমুক্তা ফম্বীরম্মু ঐ তামোদু কমদৌরিবগে অমুক্তা য়েংজরুখিগে।

(চংখি)

(সুরজ হৌগৎলি, মালানা চংখিবা কাদুদা য়েংনা য়েংনা অতোপ্পা কাদা চংখি)

ঙাইহাক লৈরগা মালা তপ্না থোরকই, সুরজনা চংখ্রিবা কাদুদা চংখি।

(বীরেন তপ্না থোরকই, য়াম্না নুংঙাইতনা কোয়য়েং য়েংই, তপ্না তপ্না মপাল্লোমদা থোকখি)

(পুর্নিমা থোরকই, বীরেন্না থোকখিবা থোঙলোমদা য়েংই, তপ্না বীরেনগী কাদা চংখি। বীরেন চংঙকই, সোফাদা ফম্মী। পুর্নিমা থোরকই, থোঙজিন ময়াদা লেপ্লগা মচাদা মুন্না য়েংই। তুংলোমদা চংশিল্লগা তপ্না মচাগী মকোক্তা নানবী। বীরেন্না মমাদা হঙ্গৎনা য়েংই। মচিনবান থক থক নিকই)

বীরেন ঃ (মমাগী মখুৎ পায়রগা, মখোল নিক্লা) ইমা।

(পুর্নিমা কপ্পীংবা থাংই, মমিত্তগী পি শিঙ্খরকই)

পুর্নিমা ঃ ইমাগী ইবুংঙো, ইচাগী অরাবদু ইমা খংই।

(মাংলোমদা লাকই)

হৌগৎলু, তুম্মুরো লাকও, তুমথখ্রবদি সংসারগী অরাবা পুন্নমক্ত কাউথোকপনি। লাকও।

(পুর্নিমানা বীরেনবু কোনখৎপী, বীরেন হৌগৎলি, মমা মচা তপ্না তপ্না চংমিন্নখি)

(অরাপ্পদগী হুই খোংঙকই, পুর্নিমা বীরেনগী কাদগী থোরকই, কোয়য়েং য়েংঙম্মগা মাগী কাদা চংখি। মালা থোরকই, বীরেনগী কাদা চংখি। মৈ মমশিনখি)

(অমুক মৈ তপ্না তপ্না ঙাম্থোরকই, অরাপ্পদা য়েন, উচেক রায়া খোংবগী মখোল তারকই)

(রাজেন এক সুট তা থোরকই। মপাল্লোমদা থোকখি। য়াম্না থুনা হঞ্জিল্লকই)

রাজেন ঃ যাহৌ ঙংবা কনানোনে মমাং থোঙ হাংঙম্মীসিবো? (লাওনা) যাহৌ

ঙনবা কনানো থোঙ হাংদোকঅম্মীসিরো?

(সুরজ থোরকই)

মামোনা থোঙসি হাংদোকপীরম্বরা?

সুরজ ঃ ঐদি হাংদেনা। ঐদি হৌগৎলকপদা ঙায়রি। ইচেনগা হাংদোকপা ওইরিনি।

রাজেন ঃ ইমাসু হৌগৎত্রি।

(পুর্নিমা থোরকই)

পুর্নিমা ঃ রাজেন, কৈদৌরে, নোংসু ঙানফাৎত্রিঙৈনা লাওবা হৌবকইবসিনা?

রাজেন ঃ মমাংথোঙসি... (যান্না ফিংনা) ঐখোয় তামোদুবু হৌগৎলগা থোকখ্রবা জাৎলা? (লাওনা) তামো..

(রাজেন বীরেনগী কাদা চেনশিনখি)

(মনুংদগী লাওনা) তামো, তামো, ইমা তামো কৈনোমা তৌরে।

(চেপ্থোরকই)

ঐ ডাক্তর কৌরুখিগে।

(চেপ্থোকখি)

(সুরজ ফিংনা চেনশিনখি)

মালা ঃ (মনুংদগী) তামো (কপ্লী) কবি মতৌনো তৌবিসিরো? তামো

(পুর্নিমা কপ্লীংবা খাংদুনা লেপ্লী। মমিত্তদি মপি তাবি)

পুর্নিমা ঃ (কপ্না) ইমাগী ইবুংঙো, নঙ ইমাবু ব্রাবৌনুকো। নঙগী অবাবা পুন্নমক ইমানা লৌহৌববনি।

(মশা লেকথরকই, সুবজ থোবকই)

সুরজ ঃ (ফিংনা) ইচে!!

(চেনশিন্দুনা কোনখৎলি)

## (মৈ মমখি)

## অহুমশুবা উৎপা

মফম ঃ বীরেনগী য়ুম, হান্নগী অদুম্মক।

*ফক্লাংদা বীরেনগী ফোতোদা লৈ পরেং অমা য়াল্লি। মাধব, পুনিমা, কুমার, সুরজ তুমিন ফমদুনা লৈ। মালা শুৎ শুৎ কপতুনা লৈ।*

কুমার ঃ বীরেন্না লৈখিদ্রিবসি হার্ট ফেলিয়রনি। মহাক নুমিত্তুগী নুমিদাং পুং ১/২ গা তাবগী অদুরাইদা শিরম্বা যাই, অদুননি মাগী মশাদুনা নোমথোক নোমশিন য়াদনা লীংঙন্মীবদু। ঐগী রাফমসি রাগী রাফম্না হায়জবনি ঐনা নৌহৌনা অমুক নিংশিংদুনা ময়ামগী নুংঙাইতনবা হায়জবদি নত্তেকো।

মাধব ঃ চুম্মী ইবুংঙো। কনানবু মাগী ওইরিবা ফিবমদুদা ঐ ওইরবসু শিগনি। অদুবু হৌজিক্তী মাগী অরাবসু কোকখ্রে। মাগী তৌফম থোকপা ধর্ম্ম কর্ম্মসু লোয়শিনখ্রে। অশিবগী অচংবগদি অচংবা, হিংহৌবনা লুই। নোংমা নোংমগী অকাউবা হায়বদু ওইরকঅগদবনি। মসিনি পুন্সি হায়নরিবসি। অহান অকোনগী রাদনি।

(রাজেন, মমিৎ মমাই পোম্না থোরকই, মাধবনা মুন্না য়েংই)

রাজেন, ইচাবু কপ্পুরিবরনে? মসি তাইবংপানগী হৌনবনি। নঙনা নয়াম্বগীদমক রাজবা, নঙনা নয়াম্বগীদমক হোৎনজবদু খুরাসু খংই। অদুবু ঈশ্বরনদি মদুগী ওন্ন তৈনবদা বীরেনবু পুদুনা চৎখরে। লৈহৌরিবা ঐখোয়দি নুংঙাইতবা, নীংঙমহৌদবনা পীক থলহৌরে, অদুবু নয়াম্বগীদমক্তি অরাবা কোকখরে।

রাজেন ঃ খুরা, মোমবতিদা চাকলিবা মৈরিদু কামদুনা মুখৎখ্রবদা মৈরিদু কদায়দা চৎলমগনি।

কুমার ঃ মুনি ঋষিশিংনদি মীওইবগী আত্মাদি শিবা নায়দে হকচাংসিদনি মাংখিবা হায়না থাজনৈ। অদুবু মসি ঐখোয়দি থীজিল্লুদবনিনা খংবদি ঙমদরে।

রাজেন ঃ ডাক্তব বাবু ঐ মীনি, থম্মোই পাল্লি, অরা নুংঙাই মশক খংই। ঐখোয়গী তামোনা শিরিবসি করি মরমদগীনো?

কুমার ঃ হার্ট ফেলিয়রনি।

রাজেন ঃ (নোকফেৎ) হার্ট ফেলিয়র? চুম্মী, হার্ট ফেলিয়ব না শিখিবা মীগী মশীঙ য়াম্মে। অদুবু ডাক্তর তামোগী হকচাংদি পোষ্ট মোবতেম তৌখিদে।

কুমার ঃ পোষ্ট মোরতেম তৌরম্বগী কান্নবদি করিনো?

রাজেন ঃ তামো বীরেন্না শিখিবসি হার্ট ফেলিয়র নত্তে, মীনা অতম্ননা হাৎখিবনি।

সুরজ ঃ কনানা হাৎলিবা? অহাৎপা মীদু নঙ মশক খংবরা?

রাজেন ঃ ঐনা অমুক্কসু হাযরিবসিনি। ঐগী তামো বীবেন কনাগুম্বনা অতম্ননা হাৎকে হায়দুনা হাৎখিবনি। ঐনা নুমিত্তুদা পোষ্ট মোরতেম তৌসি হায়বা ময়ান্না য়াবীরম্লবদি মীহাৎপদু মশক খংলমগনি।

সুরজ ঃ রাজেন??

রাজেন ঃ (কপ্পা) মামো, ঐ খংই, তামো বীরেন কেন্সবনা নাববা শিবগী মতম ঙাযদুনা লৈখিবনি। অদুবু তামোনা শিবা ঙায়না ঙমদ্রবা মীওই খরনা তামোবু হাৎখিবনি

সুরজ ঃ রাজেন, নঙ ঙাওবে, নঙ তশেংনা বাখল চোইবে।

রাজেন ঃ মামো, ঐ ঙাওদে, ঐগী ৱাখল চোইদ্রি। ঐনা হায়রিবসি করিনো হায়বা ঐ ফজনা ভাব তারি।

কুমার ঃ রাজেন বাবুনা বীরেন্না শিখিবসি কনাগুম্বা অমনা হাৎকে হায়বা অমা য়াওনা অতম্বনা হাৎপনি হায়রিবসি করিদগী হায়রিবনো ? ঐগী পীখিবা ট্রিটমেন্টতা পেন্দবা করি লৈখি ?

সুরজ ঃ ডাক্তর, অঙাওবা অঙাংসিনা ৱাখল চোইদুনা পংঙাং ঙাংঙগা ডাক্তরনা অদুক য়াম্না লুনা খঞ্জিনবীরুরিবসি করিগীনো ? শিগদৌরবা অনাবা অমনা ুম্বদা শিদুনা লৈরম্মে। অদুগা মীনা অতম্বনা হাৎখিবনি হায়রগা ঐখোয়না হোই হায়দুনা করম হায়না য়াগদৌরিবনো ? মচা কায়নবগী ঙাওদুনা লৈরিবী ইচে অসিনা মচাদু মীনা হাৎখিবনি হায়বসি তারগা করি ওইগদৌরি ? ইচে অসিগী অশোকপা থম্মোইসিদা থাঙনা অমুক্তা থীনজিনবগা চপ মান্নরগনি।

কুমার ঃ সুরজ বাবু, রাজেনগী ৱাফমসি ঐখোয়না তরাইনা খন্দোকপা য়ারোই। মহাক্কীসু চীংনবা মরম অমা লৈবদগী হায়বা শোয়দনা ওইগনি। রাজেন বাবু রাজেন বাবুনা কনাবুনো বীরেন হাৎপনি হায়না চীংনবীরিবসে ? বীরেনবু অতম্বনা হাৎখিবনি হায়বগী প্রমানসি করিনো ? রাজেন্না অদু য়ৌনা চীংনবীরগা করিগীদমক থানাদা রিপোর্ট পীবীদ্রিবনো ?

মাধব ঃ রাজেন, খুরা ৱা হায়গে, নঙগী তামো বীরেনদো কনাগুম্বা মীওই অমনা হাৎকে হায়বা অমা য়াওনা হাৎলে হায়নসু খল্লসি। মশান। শিগদৌরবা মীশক অমবু হাৎলগা হাৎলিবা মীদুদা কান্নগদৌরিবসি করিনো ? ইমুংসিদা চংলিবসি ঐ, ডাক্তর বাবুসি নত্তনা কনাসু চংবা নত্তে। ইমুংসিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্না বীরেনবুদি লুনা তৌখিবা ঙাক্তনি। বীরেন্না শিরগা ঐখোয় ময়ামসিদা কান্নগদবা কনাসু য়াওদে। নঙগী ৱাখলদু লাল্লি। অমনা অমবু থাজনরোইদবা নুংঙাইনরোইদবা ৱাফমনি নঙনা হায়রিবদু।

রাজেন ঃ খুরা মীগী পুক্নুংগী ৱা ঐখোয় খংদে। তামোনা শিরগা অহাৎপা মীদুদা কান্নবা কান্নদবা ঐ খংদে। ঐনা খংবদি ঐগী তামোদু হার্ট ফেলিয়রনা শিখিবা নত্তে, হাৎখিবনি। ঐনা নুমিত্তুদা পোষ্ট মোরতেম তৌহনখিসি হায়খিবদা অচুম্বা অশেংবদু খংনরক্কনি হায়দুনা কিবা য়াওবদগী পোষ্ট মোরতেম তৌসি হায়বা কনাসু য়াবীখিদে।

মালা ঃ (শাওনা) নঙনা হায়নিংঙিবসি ঐনা ইপুরোইবদু হাৎপনি হায়বসিরা? নুমিত্তুদা মোই তামোবু পোষ্ট মোরতেম তৌদনবা থীংখিবদি ঐনি। ঐনা থিংই হায়দুনা ঐনা হাৎপনি সিনিনে?

রাজেন ঃ ইতৈমা ঐঙোন্দা অদুম হায়না হায়বীরক্কনু। ইবান্নি ওনশিন্নদুনা ঙাংনরবদি নঙগী ওইজবা য়াম্না মাংগনি।

মালা ঃ ঐগী করি মাংগদৌরিবা?

রাজেন ঃ ইতৈমগীসি ঐঙোন্দা তশেংনা হৌবিরিবা হায়দুরা?

সুরজ ঃ বাজেন, নঙনা তৌরিবসি করিনো? কবিনো (লাওই)

কুমার ঃ অমুক্তা ঙায়বীখো। ঐখোয় লাওনদনা জ্ঞান তানা ভাব তানা ঙাংনসি।

সুরজ ঃ ডাক্তর বাবুনা রাজেনগী ৱাফমসিদা অসুক য়াম্না লুনা খন্নবীরিবসি করিগীনো? রাজেন নঙনা পাম্মীবসি করিনো? ইমুংসিদা নঙনা নুংঙাইতবা মীসি কনানো?

বাজেন ঃ মামো, মবাল লৈজদবা মীওই অমবু মশাগী খুদোংচাবা যেংদুনা হাত্তোকপীববা ফাওবদা শিবগদবা মীশক্কী হাযদুনা তুমিন্না লৈথোকফম থোকপরা? লৈবাক অসি আইন লৈত্রববা? অঙম অঙম হাত্তোক্লববদবু হিংবগী অর্থ কবিনো? শিখ্রিবসি ঐগীদি ইযাম্বনি। শিগদবগী নুমিৎ লেপ্লবা ইয়াম্বদো ঐনা অহিং নুংথিল খাক্তনা সেবা তৌজখির্বনি। অদুগুম্লবা ইপা শক্লবা ইযাম্বদুবু নাবোলদা হাত্তোকপীবগা ঐনা তুমিন্না লৈবা ঙমফম থোকলিববা?

মালা ঃ তুমিন্না লৈথোকপা ঙমদবা নঙনা পাম্মীবসে কবিনো? নঙনা ইমুংসিগী অৱাবদা হেন্না বাননবা, ঐখোয মযামবু হেন্না বাহনবদুবা পাম্মীবসে? নঙনা পাম্মীবদু ফল মমৈদা ফবোই।

বাজেন ঃ ফলদু ঐ খংদে, অদুবু ঐ তুমিন্নদি তোকলোয়দৌরি।

মাধব ঃ খংদেদা ইচাশা, হন্দক্কী রাজেনগী বাফমসি য়াম্না লুদৌবি।

বাজেন ঃ ইমুংসিগী মীদি লাইরদনা খুবা ফাওবা খংবীবমগনি, ঐখোয়গী তামোদু অহিং তুম্বা য়াদবা লাযনা অমনসু নায় হাযবসি।

মাধব : অদুবুদি খংইনে।

রাজেন : অহিং তুম্বা য়ারক্কবগা চাননবনি হায়দুনা ডাক্তর সাহেবনা গুলি ১০ খক পুবিরকখি। তুম্বা য়ারক্কগা গুলি অমমমদগী হেন্না পীজদনবসু তাকপীরম্মী। মসি ডাক্তর সাহেবসু নিংশিংবীরমগনি।

কুমার : নিংশিংই, ঐনা ক্লোরেলিন ১০ খক পুবিরকখি। তুম্বা য়ারক্কগা গুলি অমমমদগী হেন্না চারবদি খুদোংথীনিংঙাই ওই, হেন্না চাদনবসু হায়খি।

রাজেন : তামোনা লৈখিদবা অহিং অদুদা লিক্লীদা গুলি ৭ খক য়াওদুনা লৈহৌই হায়বনি ঐ ফজনা খংই।

মালা : মদুদগী গুলি অমদি নুমিদাংদা তামোনা তুম্মু য়াদ্রে গুলি চারগা তুম্মগে হায়বদগী ঐনা পুথোক্কুনা পীজখি।

রাজেন : গুলি ৭ তগী অমা পীজখ্রগা লেমহৌবা গুলি ৬ তুদি কদায়দা মাংখিরমফম থোকই? অহাংবা লিক্লিদু নুমিত্তুগী নোংঙানবদা উপু মথক্কগী ঐনা থেংনখি।

সুরজ : থমফম ওন্নবা ওইরমগনি।

রাজেন : থমফম ওন্নরগা গুলি হাপ্লা লীক্লীদু উপু মথক্তা লৈরমফম থোক্কে মামো।

সুরজ : কনাগুম্বনা লৌথোকপা ওইরল্লবদি?

রাজেন : লৌথোক্রমগদবা মীশক্তু কনানো?

কুমার : ঐখোয়গীসি মথোং মবম খংদনা পংলাউদা লাওনবা ওইনা তৌরে। মসিদা ওইথোকপা য়াবা মরম কয়ামরুম লৈরি। বীবেন মশানা গুলিশিংদু লৌথোক্লগা চারম্মোই হায়নিংঙাইসু লৈতে।

রাজেন : ডাক্তর সাহেব, তামোনা লৈরম্বা কাদু ইতৈমগা পুনবনি। অহিং অথেংবা ফাওবা তামোগা ইতৈমগা তুমদনা ফন্না কুইনা দ্রোইং রুমসিদা লৈহৌই। তামোনা তুম্ননবা গুলি অমা চাশিল্লগা তুমখ্রবা মতুংদা তামোনা হৌগৎলগা অমুক্কা গুলি ৬ মক পুন্না চারমগনি হায়বসি ওইথোকনিংঙায় ওইদে। অমনা পুন্না লৈমিন্নবা কাদা তামোনা উপু মথক্তগী গুলি লৌথরগা চাবা তারবসু ইতৈমদি লৈমিন্নবনিনা খংফম থোকই। তামোগা কা অমত্তদা লৈমিন্নবা ইতৈমনা তামো শিবা খংদবা করিগীনো?

মালা ঃ তামোদু ঐনা হাৎপনি হায়গে হায়রিবরা? নঙনা হাৎলগা ঐঙোন্দা তায়শিন্নবা হোৎনরিবরা?

রাজেন ঃ ইতৈমনা হাৎপনি হায়বদি ঐদি হায়খিদে। তামো শিবা খংফম থোকই হায়বনি। তামোগীদমক ঐনা অহিং নুংথিল খংদনা হোৎনজরক্লগা তামোনা শিবগী মতম ঙায়বা ঙমদদনা মরকসিদা মপুক ফত্তবা মীওই খরনা তামোবু হাৎখিবনি। মসি পুন্নমকসি খংনা খংনা তুমিন্না লৈথোকপদি ঐদি ঙম্মোই।

সুরজ ঃ করিনো নঙনা ঙাংইবদুবো? ইমুংসিগী মী কনাননো বীরেনবু হাৎকদৌরিসিবো? গুলি হাপ্পা লীক্লীদা গুলি য়াওরমদ্রে হায়রগা বীরেনবু গুলি পীজদুনা হাৎপনি হায়বা ৱাসিবু; তানিংদে নৱা লৌদে, নঙগী ৱাদো অঙাও অফৈগী ৱানি।

রাজেন ঃ ঐনা হায়রিবসিনি। তামোদু কনাগুম্বনা হাৎকে হায়দুনা হাৎখিবনি।

সুরজ ঃ মদু ভাবনা শাবনি।

রাজেন ঃ ভাবনা শাবা নত্তে। অশেংবনি। মীহাৎপা মীদুদি ঐনা হায়রিবসে অশেংবনি হায়বা খংলমগনি।

সুরজ ঃ করিসু নত্তবদা নঙনা ৱা য়ামহল্লিবসি করিগীনো? নঙনা নুংঙাইত্রিবসি কনাদনো?

রাজেন ঃ (নোকফেৎ) মামো, লেমহৌবা গুলি ৬ তু অমুক্তদা গ্লাসতা নৈখায়রগা পীথকখিবনি হায়বসি মামোবু খংবীবরা?

সুরজ ঃ নঙগী অঙাওবা ৱাদু হায়রক্কনুনে। গুলি ৬ অমুক্তদা নৈখায়রগা পীথকখিবনি হায়বসিদি নঙনা করম হায়না খংই? নঙদি নমিত্তুনা উহৌবরা?

রাজেন ঃ উহৌদে, অদুবু থকখ্রবা মতুংদা গ্লাসতা লেমহৌবা গুলিগী চাংদুনা গুলি ৬ মক অমুক্তদা নৈখায়রগা থকখিবনি হায়বসি হেক্তা খংবা ঙমগনি। লেমহৌবা চাংদু য়েংনিংবরা? হৌজিক ফাওবা ঐনা কায়দনা থম্লী। অদুগা মসিমসু ময়াম তাবীয়ু, তামোবু গুলি হেন্না পীজদুনা

হাৎখিবা মীশক্তু পুথোকপদা ঐগী লনাইগী ওইনা কান্নবা করিসু লৈতে। অদুবু হাৎনিংবা মী হেক্তা হাৎপা য়ারবা, মানা মানা অনিংবা অপাম্বা খুদিংমক তৌনিংবদা তৌনরবা, করিসু হায়নদবা তারবদি ঐখোয়গী মী ওইনা হীংঙিবসিগী কান্নবদি করিনো?

মালা ঃ তামোবু হাৎলগা হাৎলিবা মীদুগী কান্নবদি করিনো?

রাজেন ঃ কান্নবদুদি হাৎলিবা মীশক্তুদা হংঙগা খঙগনি।

সুরজ ঃ বীরেন্না সুইসাইদ তৌরম্বা তারবসু মদু মীনা হাৎপনি হায়গদৌরিবরা?

রাজেন ঃ সুইসাইদ তৌবনি নৎত্রগা তৌদবনি হায়বদুদি কাদা লৈমিন্নবা মীনা খংফম থোকইনা। কনাগুম্বা মীওই অমনা সুইসাইদ তৌরগে হায়না খল্লবদি গ্লাস কী মনিংদা গুলি লেমহনফম থোক্তে। লোয়নমক থকচিনফম থোকই। গ্লাস কী মনিংদা লেমহৌরিবা গুলিগী চাংদুনা তাকপদি তামোনা সুইসাইদ তৌগে খনখিদে তাকপনি। তামোনা সুইসাইদ তৌরগে হায়না খল্লবসু লৈমিন্নবা মীনদি খংফম থোকই।

মালা ঃ নঙ ঐঙোন্দা করি নুংঙাইতবা লৈ? নঙনা ঐবু ইপুরোইবা হাৎপী মীহাৎপী তাহন্নিংইবসি করিগীনো? (কপ্পী)

রাজেন ঃ ঐ নঙবু মীহাৎপী তাহনবা ঙম্মোই। ঐনা হায়বদি খংফম থোকই হায়বনি।

মালা ঃ ঐ নঙবু য়াম্না কিশিল্লকএ। ঐ য়ুমসিদা লৈবা ঙম্মোইদৌরি। ঐ য়ুমদা চৎখ্রগনি।

রাজেন ঃ (নোকই) হা হা হা ঐবু কিরিবা!!! কিফম থোকপদি ঐনি। ঐনি ইতৈমবু কিরিবদি।

মালা ঃ (লাওনা) হো ঐদি হীংচাবীনি. মৱা হাৎপা ঙম্বীনি। মসিরা নঙনা ঐবু হায়হন্নিংইবসে?

রাজেন ঃ লাউগনু। ঐগী তামোদুনা নঙবু য়াম্না নুংশিজখিবনি। নঙনা হায়বদা মানা য়াদুনা ঙাক লাকখিবনি। মরাইবক থীবদগী তমথীরবা লায়না অমনা নাদুনা মখোঙসু ককথৎলবা, মদুদসু নত্তনা শিবগী মতম

লেপলবা মীশক অদুগীদমক নহাক নোংমত্তা নমিত্তগী নপি শিন্থখিবরা? নোংমত্তা নথাই য়াওনা মাগী সেবা তৌবীখিবরা?

মালা : ঐ মাগী নুপীনি, তৌফম থোকপা পুন্নমক ঐগীনি। অদুবু ঐগী তৌফম থোকপা পুন্নমক্তু নঙনা ঐঙোন্দগী মুনখিবা নৎত্রা?

রাজেন : মুনবা নত্তে, নঙনা পীথোরকখিবনি। শিরনি খংঙবা তামোবু ইতৈমনা নুংশিখিদে, মনাক ফাওবা নকশিনবা পামখিদে। কা ফাওবা পুন্না লৈমিন্নবা পামখিদবনি। নৎত্রা? অদুগা মসিমদি খংজিনবীবা দরকার ওই, তামোগা ঐগা লৈমিন্নরম্বা তারবসু তামোনা শিরিবসি ঐ খংঙমগনি। ইতৈমনা গুলি পীজরমদ্রবসু, তামোনা মতোমতা শিগে হায়না খঞ্জরল্লবসু, নৎত্রগা মীতোপ অমা চংঙক্তুনা তামোবু হাৎননবা হোৎনরম্বা তারবসু ইতৈমদি খংফম থোকই। ইতৈমনা মদু পুন্নমক্তু খংদে হায়বা তারবদি ইতৈমবু কনানা থাজগদৌরি? ঐগা লৈমিন্নরগা তামোনা ক্লোরেলিন হেন্না চাশিন্দুনা শিরম্বা তারবদি ঐঙোন্দা চীংনফম থোক্তবরা?

মালা : ঐ খংদে, ঐ সুকখং খংদে। (কপ্পী)

রাজেন : (লাওনা) খংদবা য়ারোই।

মালা : (লাওই) ঐ খংদে।

রাজেন : (লাওনা) নঙনা মদু খংদবা তারবদি ঐগী তামো নঙনা হাৎপনি।

মালা : (কপ্পা লাওনা) ঐ হাত্তে, তামোনা শিরম্বা অহিংদুদা ঐ কাদুদা লৈতে।

(কপ্পী)

(ময়াম মালাদা ঙক্লা য়েংই)

(পুর্নিমা চেনশিল্লকই)

রাজেন : (শাওনা) অদুদি নঙ অহিংদুদা কদায়দা লৈ?

পুর্নিমা : রাজেন, করিনো নঙনা ঙসি তৌরিবসে? মী অসুক য়াম্না তিল্লগা নঙনা ঙাংঙিবশিংদু করিনো? মী তিল্লগা অদুম হায়না ঙাংগদবা নত্তে।

তাদা, ইবুংঙো ডাক্তর ময়াম ৱারৌবীগনুকো ইচাসি ময়াম্বা শিখিবদুদা মথাই নুংঙাইতদনা পংঙাং ঙাংখ্রে।

মাধব ঃ পেন্দবা হায়বসিদি ঐসু মীসু চপ মান্নে।

(কুমার হৌগৎলি)

কুমার ঃ ইমাইবেম্মা, ঐখোয় অমুক য়ৌজরগে।

পুর্নিমা ঃ ইবুংঙো য়ৌরোকো। ৱারৌনুকো।

কুমার ঃ করি ৱা'নো ইমাইবেম্মা, করিগী ৱারৌরুগদগে? রাজেন বাবু ঐ অমুক য়ৌজরে।

(কুমার থোকখি)

মাধব ঃ রাজেন, নঙগী পেন্দবদু খুরাসু খংই। অশাওবনা মীওইবগী অচুম অরানগী জ্ঞান মাংহল্লি, শাওদবা তম্মু। শাওদবা হায়বসে মসিদগী হেনবা অমমুক লৈত্রবনি। শাওনু শাওনু।
ইবেম্মা তাদ অমুক য়ৌরগে।

পুর্নিমা ঃ ফনি, তাদা।

(মাধব থোকখি)

রাজেন ঃ ইতৈমনা ঐখোয় তামোনা...

পুর্নিমা ঃ রাজেন, নঙ মখা তারনু। ৱাফমসি শ্বাইদা তেনশিল্লসি। ঐ মমানি, অদুবু নুপীনি। নুপীগী ৱাখলদি নুপীতনা খংগদবনি। ঐসি অহল ওইরে, করিমতা খংঙম্মরোই হায়না নখোয়না খল্লবসু ইমাদি লোয়না উই, লোয়না খংই। ঐগী ইচা বীরেন্দো হিংঙম্বনি সুপ্নগী মালাগী আশাদা, ইমানা পোকচরবসু মানা মালাবু মথাইদগীসু হেন্না নুংশিজখি অদুবু মালানদি মঙোন্দগী নোংমা নোংমগী অসুম অসুম লাপথোকপা হৌরকখি। মদু পুম্নমক্তু ইচা বীরেন্নসু খঙখি। মদুনা মাগী থম্মোইদা অরোনবা মৈরী অমনা চাকখি।

মালা ঃ ইমা। (চংশিন্দুনা মখোঙদা কোল্লি) ঐ লানখ্রে, ঐবু অমুক্তদি ঙাকপীয়ু।

পুর্নিমা ঃ মালা, নঙ ইমৌনি, ঐনা ইচাশিংদগীসু হেন্না লুনা তৌবনি। নঙগী লমচত্তা অরানবা পুরকখিবদি ঐননি। ঐনা ঐগী ইপ্পা নুপা সুরজবু

য়ুমসিদা পুশিন্দুনা থম্মুবনা নঙনা ইচা রাজেন্দগী লাপথোক্লবগী মরম ওইখিবনি।

মালা ঃ ইপুরোইববু মীরাইদুনা মীতোপ অমবু নুংশিবা ঙম্লিবা ঐ মী নত্তে শানি, ইমা ঐ শানি।

সুরজ ঃ করিগী শা ওইরুনি। শিবগী মতম ঙায়দুনা লৈরবা অশিবা মীশক অমগীদমক্তা ইনখৎলক্লীবা নুপী অমগী পুন্সি অরেম্বদা মাংহনফম থোকপরা?

রাজেন ঃ মামো, মী অমনা মাই পাক্লরোই হায়দুনা মাই পাক্লক্লবদি উপায় লৈতে হায়নবদুদি চুম্মীদা। নঙ ঐগী ইমাগা হেক পোকমিন্নবা মামোমক ওইরমদ্রবদি ঐগী ইতিকসু খংঙমগদবনি। খুরক্কী ঈনা লাই শাবা হায়বদুনি মামোনা তৌবীরিবসি। ইতৈমগা মামোগা অনীনা পুল্লগা ঐগী তামো হাৎপনি হায়বসিদা চীংননিংঙাই করি লৈরি?

পুর্নিমা ঃ নুপামচা ঙায়খো ইমা রা হায়খিগে।

রাজেন ঃ করিগীনো ইমানা ইকাইখংদবা ইকাইখংদবী অনীসিবু কনখৎনবা হোৎনবীরিসিবো? ইমানদি অদু য়ৌনা খংবীরগা করিগী নৌরিঙৈদা থীংবীনবদি হোৎনবীহৌদে? মসি পুন্নমকসি ইমানা উনা উনা খংনা খংনা তৌহনবনিনা তামো হাৎপদা ইমাসু য়াওরবরা?

পুর্নিমা ঃ (রাজেন্দা) ইচানা হায়বা চুম্মী। খংঙবদি থিংবীহৌবা য়াদবরা? য়াই। ইমানা খল্লম্বসু মদুনি, অদুবু রাজেন, নতৈমসিনা চৎলিবা লীচত্তু ইমানা খংঙে হায়বসি হেক খংখিবদা মহাক য়ুমসিদা কয়াম কুইনা লৈবা ঙমগনি? মহাক য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎখিরোইদরা? মহাক চৎখ্রবদা নয়াম্বা বীরেন করি ওইহৌনি? ইমানা মতমদুদা কনামত্তগী ৱাখল খনখিদে সুপ্নগী নয়াম্বগী ৱাখল খক্তনি। অদুবু ইমানা খল্লুবা ৱাখল লাল্লম্মে। মালা অমদি সুরজগী মরী মহাক্না হান্না খংলমলে।

রাজেন ঃ তামোনা খংলক্লগা তামোনা করি ওইগদগে হায়বদুদি খন্থবীহৌদ্রবরা?

পুর্নিমা ঃ ঐ খলহৌদরে। মহাক্না হিংলিঙৈগী পুন্সি মতেক অদুমখক্তং নুংঙাইনা

লেঙ্গবা ঙম্লবদিকো হায়বসিদনি ইমানা খনখিবা অদুবু ঐগী রাখলসু নুপীগী রাখল ওইরম্মে। (কপ্পী)

রাজেন ঃ ইমা হৌজিক্তী মীহাৎপা মশক পুথোক্তবা য়াররোই।

পুর্নিমা ঃ নুপামচা ইমাগী রা লোয়দ্রি তাখো।

বাজেন ঃ ইমা, শিথ্রিবসি ঐগীদি অমত্তা ঙাযববা ইয়াম্বনি। ইতৈমনা তামোদগী লাপথোকখিবা অদুক্কী মখৈ ঐবু তামোগী মনাক্তা চীংশিনখি। ঐনা তামোদ নুংশিজখিবদি মহাক উপায লৈজখিদ্রবা মীশক হাযবদু ওইখ্রবনি। মহাক ঐগী পাম্বোমমনুংসিদা (কপ্পী) অঙাং মচাগুম মশীঙ খংদবমখৈ কপখ্রবনি। অদুবু ইমা, ঐগী তামোদুনা পামজখিবদি ঐগী নুংশিবদু নত্তে, মমাগী নুংশিবসু নত্তে। সুপ্নগী ইতৈমগী নুংশিবদুনি মহাক্না পামখিবদি। ঐগী ইযাম্বদুনা ইতৈমগী মফমদগী নুংশিবা নীজখিবদা ইতৈমনা নুঙ ওইনা পীবীখিবনি।

মালা ঃ (কপ্না) ঐ হীংচাবীনি, ঐ ইকাইখংদবীনি, মপুবোইবা হাৎপা ঙম্বী নুপীনি।

বাজেন ঃ (শাওনা) কপশিন্নগনু। হৌখ্রবগীদমক হৌজিক্তদা নীংঙমহৌদবা শাশিন্নদুনা কপশিন্নবনা শিখ্রবা তামোদু অমুক হল্লকউ যাবোই। ঐগী শিখ্রবা তামোদু নঙগী কনা ওইখি? ইমাদদি কনানো? ঐঙোন্দদি মহাক ঐগী ইচানি, ঐগী মকুপ্পা, ইপানি, ঐগী লাইগুম্লবা গুরুনি। অদুগুম্লবা মহাক অদো ঙসিদি ইমুংসিগী মপুক ফত্তবা মীওই খবনা চুংশিন্নবগা হাত্তোকপীখ্রে।

সুবজ ঃ (নোঙ্গুনা) বাজেন, কনাবুনো নঙনা মীহাৎপনি হাযবিবদো।

বাজেন ঃ নঙোন্দা শোকপগীবা নঙনা লাউবিবদো? থৌনা ফৈ থাগৎনিংঙাইনি। ইতৈমা নঙগা তামোগা লৈমিন্নখিবদো চহী ৩ খক্তনি। মতম খবা লৈমিন্নখিবদুদা নঙগী থম্মোইদা মাগী নুংশিবা খজিক্তং ওইববসু লৈবম্লবদি মহাক অদু যৌনা শোকচিল্লম্মোইদবনি। অদুবু নহাক্তি মপুকচেল শেংজখ্রবা মীশক অমদা বীশ্বাশঘাটক ওইবতা নত্তনা হাৎপা ফাওবা ঙমখিবনি।

পুর্নিমা ঃ রাজেন, ইমাগী ইবুংঙো, নঙনা ফনা শাওদুনসু লৈখিদ্রবা নয়াম্বদুদি হিংগৎলকউ য়াররোইদবনি। শাউদবা তম্মু, মীনা লাল্লবসু ঙাকপীবদা হৈয়ু...

রাজেন ঃ ইমানা হায়বীরিবসিদি অরানবা তৌবদা পাপ লৈতে, ধর্ম্ম তৌবগীসু পুন্য লৈতে হায়বনি।

পুর্নিমা ঃ মান্নি। নুপীগী অশোনবা লৈ হায়বসি নহাক খংদ্রমাল্লে। নুপীশিংনা ঙায়হাক্কী ওইবা ৱাখলবু নমথবা ঙম্লবদি ঙসিগী সংসারসি শান্তিগী সংসার অমা ওইরমগনি। তুরেলনা তোর্ব্বান অনীগী কারক্তা চেল্লিবা মখৈদি তোর্ব্বানগী কান্নবা লৈ, অদুবু ঈশিঙ ঈচাও লাক্তুনা তোর্ব্বান পাথোকখ্রবদা তোর্ব্বানগী কান্নবা করিনো? নুপামচা, মীওইবগী লমচৎ শাজৎ হায়বসে মতম পুন্নমক্তা লেংদনা লৈয়ু হায়বা য়ারোই। মফম অমত্তদা মতম অমত্তদা মীপুম খুদিংমক্কী লীচৎ শাজৎনা চপ মান্নবসু য়ারোই। ইনাকখুনবগী লীচৎ শাজৎকা লাইরবশিংগী লীচৎ শাজৎকা মান্নবসু য়ারোই। নহাশিংগী লীচৎ শাজৎকা অহল্লোনগী লীচৎ শাজৎকসু খেন্নগনি। ঈ খেগৎলকপা নহারোলশিংগা হনুবশিংগা মান্নৌ হায়বা য়ারোহ।

রাজেন ঃ ইমানবু মদু য়ৌনা খনবীরবদি করিসু কায়দে। অদুবু নচাদি য়ুমসিদা তামো হাৎপা, মীশিংগা পুন্না লৈমিন্নবদদি ঙম্মোই। (সুরজদা) মামো, য়ুমসি থাদোক্তুনা থুনা লেঙবীখ্রো নৎত্রবদি ঐগী থম্মোইদা ওমখৎলক্লীবা লমন খুম্নিংবগী ৱামৈসিনা মৈরী থোক্লক্তুনা মামোবু তাঙ্গোয় তানা চাকথেকখিবা য়াই।

সুরজ ঃ চৎখিনি, ঐখোয য়ুমসিদা লৈরোই। মালা, চৎলসি লাকও। ঐখোয় য়ুমসিদা মিৎকুপ অমা ফানা লৈথনবগী অধিকার লৈত্রে।

মালা ঃ ঐ চৎলোয়।

সুরজ ঃ করিগী চৎলোয়দৌরিবা?

মালা ঃ য়ুমসি ঐগী ইপুরোইবগীনি। ঐ লানখি তামোগী মফমদা। ঐ প্রাইচিং তৌখিনি।

সুরজ ঃ অদুদি ঐ লাল্লবা! চুম্মী, নঙনা ফংইবা অৱাবসিগী মরু ঐনি। ইচে, ঐ লানখ্রে অদুবু ঐনা লানগে খন্না লানখিবদি নত্তে।

রাজেন ঃ মামো, তাইবং মীনা মী ওইবা তোক্তুনা শা ওইরক্লবদা পৃথিবীসি করি ওইরক্কনি খংবীবরা?

সুরজ ঃ রাজেন, ঐ চৎলবনি, য়ুমসি ঙসিদগী থাদোক্লগদবনি। নঙগী হায়গদবা লোয়রবরা করি করিদি ৱাৎলি?

রাজেন ঃ মামো (লাওই)

পুর্নিমা ঃ রাজেন, করিগী লাওরিবনো? মখোয়সু মীনি হায়বসি নঙ কাউরমাল্লেনে?

মালা ঃ ইমা, লানফম থোক্তনা লাল্লে খংঙবা ঐঙোন্দা ৱাহৈ অমফাওবা হায়বীদনা ঐবু কনখৎ কনখত্তুনা ঙাংবীবা ইমাগী ৱাখলসিবু করিনো? (চংশিন্দুনা) ইমা ঐ য়ুমসিদা অমুক চোঙ্গুনা লৈবগী হক ঐগী লৈত্রে। ইমানা ঐহাকপু নমৌ অমনি হায়দুনা লুনা চান্না তৌবীখিবা, অরানবা তৌই খংনা ঙাকপীবা ঙস্বা ইমাগুম্বী অমবু ইনেম ওইনা ফংজরম্বী লাইবক ফব্বী ঐসে ইশানা লাইবক থীহঞ্জরে। নমৌনা লানখিবা পুন্নমক ইমানা ঙাকপীরে খংনা, খংনা অমুক্কসু ঙাকপীয়ু (খুরুম্মী)।

পুর্নিমা ঃ (চীংখৎপীরগা) হৌগৎলু, হৌগৎলু ইনেমনা আশির্ব্বাদ পীরিবসিনি। ইমৌ লান্দে, লাল্লিবদি লৈবাক্কী চৎনবীননি। ফম্মু, সিদা ফম্মু। (ফমহল্লি) ইনেমগী ৱারি অমা তাখো।

(ময়াম তুমিন তুমিন লৈনৈ)

অহিং অথেংবদুদা ইচা বীরেন্দু করম হায়না তৌরিগদগে হায়দুনা তুম্বা য়াদদুনা লৈরিঙৈদা ইমুংদা কোক-কাক তৌবগী মখোল তাখি। ঐনা কাদগী থোরক্লগা কনানো হায়দুনা য়েংবদদি ইচা বীরেন মাঙ্গোলদা লেপতুনা লৈরম্মী। মাগী মতৌদু য়েংবদা ঐগী থম্মোইসি কায়খি। ঐনা নখোয়গী কাদা চংঙুবদসু নহাকসু লৈরমদরে। নুমিত্তুদা ইচাগী থম্মোইদা ফাউরমগদবা অৱাবদু মমা ঐগী থম্মোইদসু ফাউখি। ইচাগী অৱাবদু ইচানা কয়াম কুইনা খাংগদৌরি?

মালা ঃ (কপ্পা) ঐ য়াম্না নীংঙম্মক্তরে। ঐসে হীংচাবী ওইরম্মে।

পুর্নিমা ঃ ইচাগী অৱাবদু মমা ঐনা য়েংবা ঙমদ্রদুনা ডাক্তরনা পীরম্বা তুম্নবা গুলিদু পুন্না গ্লাসতা নৈখায়রগা তেবল মথক্তা থনম্লগা ইচাগী মনাক্তা থোরক্লে। ইচাদু সোফাসিদা ফম্লগা কপ্লম্মী। ঐনা তপ্পা কোনশিনবীরগা ইচাদু ইমুংদা পুশিনবীখি। ইমাগী ইবুংঙো অহিংসি থেংলে, সে মসি থকচিল্লো তুম্নবা তৌরো হায়দুনা ঐনা ইখুৎসি থক থক নীক্তুনা গ্লাসতু থাঙ্গত্তুনা পীখি। নোকফেৎ তৌরগা ইচাদুনা ইমাগী খুত্তগী গ্লাসতু লৌরগা ইচানা, "ইমা, ইমানা পীরিবসি থকচিল্লগা নচা পোখাজরগেকো ..." হায়রকখিবদু ঙসি ফাওবা ইমানা তাদুনা লৈরি। রাজেন নঙনা নয়াম্বা হাৎপা কনানো হায়দুনা তত্তনা হংখিবদো নয়াম্বদো ইমানা থৱাই পীদুনা চাওননবসু য়োকলকখিবনি অদুগা অমুকসু ইচাগী থৱাই ইমানা (কপ্পী)

রাজেন ঃ (কপ্পা) ইমা, করিনো ইমানা হায়বীরিসিবো?

পুর্নিমা ঃ মালা, ইনেমগী ইবেম্মা, ইনেমনা নঙগী নপুরোইবদু হাৎকে হায়দুনা হাৎখিবনি। তুংদা লাক্কদবা মহৈগীদমক্তা ইনেম করিমত্তা চীংনদে। পৃথিবী পুম্বনা ঐবু মচা হাৎপা ঙম্বী মমানি হায়দুনা খুদোম্বী থীন্দুনা ঙাংনরবসু ঐদি মমানি, নুমিত্তুদা ইচাগী থম্মোইদা ফাওখিবা অৱাবগী চৈনাদু মখোয়না খংদবননি। (কপ্পা) ইচাদুগী অৱাবদি কোকখবে অদুবু ইচাদুগী অৱাবা চৈনাদুদি ঙসিসু ইনেমগী থম্মোইদদি ফাওবি। ইচাদুগী থম্মোইদু অরোনবা মৈরী অমখক্লা চাকখি।

মালা ঃ ইমা, তামোদু ইমানা হাৎপা নত্তে, নমৌ ঐনা হাৎখিবনি। তৌ ঙম্বী মৈতৈ নুপীবু চেম্থনবা পোক্লকলবা ঐননি।

পুর্নিমা ঃ (নোকফেৎ) নঙগী নরাল নত্তে। সুরজ, চৎলো মালাসি পুখ্রো, নখোয় ননীং তমজরুরো ইচেনা বর পীরি নখোয় নুংঙাইনা পাল্লু।

সুরজ ঃ ইচে..

মালা ঃ (কপ্পা) ইমা ঐ চৎলরোই। ঐ য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎলরোই। ঐ প্রাইচিৎ তৌখিনি। ঐনা লংজখিবা ইবালগী দন্দি, ইশানা য়ানা লৌরবনি।

পুর্নিমা ঃ ইনেমগী ইবেম্মা নঙ কপ্পীবরা?

(সুরজ তৌফম খংদনা তপ্পা তপ্পা থোকখি)

থোকখ্রবা পুন্নমক্কী মরাল ঐগীনি, ঐনা ইচা বীরেনবু ইখুৎমক্না হু পীজদুনা হাৎখিবনি। ইমাগী বীরেন ইমাগী ইবুংঙো, (কপ্পী) নঙগী অৱাবা ইমানা কোকপীখিবনি নঙগী নহুত্তা নঙগী অৱাবা ইমাগী থম্মোইদা লৌহৌরবনিকো।

রাজেন ঃ ইমা..

পুর্নিমা ঃ (মকোঙ। নানবী) ইমাগী রাজেন নয়াম্বা ইমানা হাৎখিবনি। নয়াম্বা হাৎখিবা নমা ঐবু দন্দি পীররোইদবা?

রাজেন ঃ ইমা মপোক মপোক খুদিংমক্তা ইমাগী নচা ওইনা পোকচবা বর পীনবীয়ু নচাদা। মদুনা ইমানা তামোগী অৱাবা কোকপীখিবগী দন্দি ওইবীয়ু। ঐনা তাইবংদা খংহনগনি, মমা অমগী থম্মোইদি নুংশিবগী হৌরকফমনি। ঙাকপীহৈবগী তুংনফমনি। মমাগী গুন্না তাইবংপানবসি লৈরিবনি। ঐসু ইমাগী মচানি।

পুর্নিমা ঃ ইমাগী ইবুংঙো, ইমানা নঙোন্দা য়াম্না লানখ্রবরনে? ইমানা ইচাগী অৱাবদু উরগা খাংবা ঙমদদনা ইমানা নঙগী অৱাবা কোক্লনবা তৌখিবনি, নঙ ইমাবু ৱারৌগনুকো। পৃথিবীদা ঐ গুম্না মচা হাৎপা ঙম্বী মমা লৈরম্বা হৌনদে, লৈফমসু থোক্তে। অদুবু মচাগী অবাবা য়েংদুনা লৈবা ঙম্বা মমা লৈরমফমসু থোক্তে। ইমাগী ইবুংঙো নমা ঐসে থম্মোইকনবী, মীনুংশি খংদবী, মচাবু মীরাইবা ঙম্বী মমা অমদি নত্তে। নঙগী অবাবা কয়াদুনি ইমাগী থম্মোইনা লৌহৌরিবসি। (কপ্পী) ইমাগী ইবুংঙো, ইমাগী মিত্তুগী তাবকপা পিশিনা ইমাগী থম্মোইগী অৱাবশিংসে চামথোক্নুনা কোকহনবসু ঙমদরে। (মখোল থোক্না) ইমাগী বীরেন, থম্মোই কনবী নমা ঐবু বারৌনুকো।

রাজেন ঃ ইমা...।

(রাজেন্না মমাবু কোনশিল্লগা পুশিনখি)

(মালা মতোমতা উংদুনা লৈহৌই)

মালা ঃ (কপ্না) তামো, নঙ অমুক্তা হিংগৎলকখো, মিৎকুপ অমত্তা ওইববসু হিংগৎলকখো। নঙনা হিংগৎলকপা মিৎকুপতুদা নঙনা হাযবা খুদিংমক ইল্লগে। তামো নঙবু অমুক্তদি হল্লকখো। নঙবু অমুক্তদি হল্লকখো।

(মখোল থোক্লা কপ্লী)

নঙনা ঐবু নুংশি হাযবা ঐ খংই, খংনা খংনা ঐনা নঙবু মীবাইখিবনি, মদুগী দোষনা ঙসিদি ঐগী থম্মোইদা মৈশা ফাওবকলে। নিংঙম্মক্তবা ঐনা তামোদা লাক্লে ঙাকপীযু হাযজনবা থিবকপদা নঙদি লৈবমদবে। তামো নঙবু অমুক্তদি হল্লকখোগবা।

(লৈবাক্তা হিপথৈ)

## (মৈ মমখি)

## (লোয়রবা)



## অইবগী ফোংখ্রবা ড্রামাশিং

১। বর ইন্টরভিউ (১৯৭৮)
২। ইচাশা ইপা লম্বোইরগে (১৯৮৪)
৩। করিনুংগী নুপী লোঞ্জরবা (১৯৯৪)
৪। হিংমিন্নবৈ মহুৎ শিমিন্নবা (১৯৯৪)
৫। ঐ মমানি (১৯৯৭) (অনিশুবা খুৎনম ১৯৯৮)
৬। কনানা কনা.না (১৯৯৮)
৭। ঐখোয় পাবুঙ পেঙ চোইরে (২০০১)
৮। অরোনবা মৈরী (২০০১)

## রেডিওদা শন্দোকখ্রবা অইবগী ড্রামাশিং

১। অঙাওবীসে ঐগীদি ইমানি
২। কনাগীসু মরাল নত্তে
৩। নাইনু অমা
৪। রাহং অমা
৫। থম্মোইগী লীপুন
৬। অহঞ্জাওগী ইমুঙ (ইমুঙ মনুঙ লীলা পরিং)
৭ চাউথোইগী য়ুম (ইমুঙ মনুঙ লীলা পরিং)
৮। হিংমিন্নসি (ইমুঙ মনুঙ লীলা পরিং)
৯। মসিনা পম্বুংদি নত্তে (ইমুঙ মনুঙ লীলা পরিং)

## শান্নখ্রবা অইবগী শুমাং লীলাশিং

১। ঈগী পল
২। মৌ অহুম
৩। মখোঙ তরাগী চৈঙাক
৪। অনুতাপকী মৈরি
৫। তৎলুরবা বীনাগী তার
৬। পুন্সিগী হীদেন্দা ঙায়হাক্তং
৭। কংখ্রবা ঈচেলগী তোর্বান
৮। মঙলান্নগী তাইবঙ

*অতৈ কয়া অমা*

## রূপমহল থিয়েটর, ইম্ফালনা শান্নবীখ্রবা অইবগী ড্রামাশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। | বর ইন্টরভিউ | (১৯৭৭) |
| ২। | হাইগৎলাং | (১৯৭৭) |
| ৩। | ইমাগী মমৌ | (১৯৭৮) |
| ৪। | ইচাশা ইপা লম্বোইবগে | (১৯৭৮) |
| ৫। | ঐ মমানি | (১৯৮২) |
| ৬। | করিনুংগী নুপী লোঞ্জকব্বা | (১৯৮৪) |
| ৭। | হিংমিন্নবৈ মহৎ শিমিন্নবা | (১৯৮৬) |
| ৮। | ইকাইখংদ মাইথাবা | (১৯৮৭) |
| ৯। | লৈইসিগী ব্রাংমদনি | (১৯৮৮) |
| ১০। | মীহাৎপা কনানো | (১৯৯০) |
| ১১। | ইচাগী মরাল নত্তে, ঐগীনি | (১৯৯২) |
| ১২। | মৌ ইন্টবভিউ | (১৯৯৬) |
| ১৩। | কনানা কনানো | (১৯৯৬) |
| ১৪। | মেরিযেজ ব্যাবো | (১৯৯৭) |
| ১৫। | কনাগীদমক্লো | (১৯৯৮) |
| ১৬। | থাগৎচবি মযামবু থাগৎচবি | (১৯৯৯) |

## এমঃ জিঃ এমঃ থিয়েটর, ব্রাঙ্খ্রে নিংথেম পুখ্রি মপাল, ইম্ফালন শান্নবীখ্রবা অইবগী ড্রামাশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মৌ মবি | (১৯৭৮) |
| ২। | তরাগী চৈখৈ | (১৯৭৯) |
| ৩। | নমাংসু লাং নতুংসু তেন | (১৯৮০) |
| ৪। | ইতৈমা | (১৯৮১) |
| ৫। | নোংলৈ নুংশিৎ | (১৯৮২) |
| ৬। | ঈচেলদুগী ঈরৈদুদা | (১৯৮৩) |
| ৭। | ঙমখৈগী ব্রাথোক | (১৯৮৫) |
| ৮। | গেরুবা টুপি | (১৯৮৭) |
| ৯। | অরোনবা মৈবী | (১৯৮৮) |
| ১০। | পিরাং | (১৯৮৯) |
| ১১। | ঐখোয় পাবুঙ পেঙ চোইবে | (১৯৯১) |
| ১২। | মৌ থিবা | (১৯৯২) |
| ১৩। | ইচাশা তোঙান চানরো | (১৯৯৩) |
| ১৪। | মংলা তাইবঙলা | (১৯৯৬) |
| ১৫। | লুহোংবা মথেল | (১৯৯৭) |
| ১৬। | রীফ্যুজি | (২০০০) |